# লম্বীদা চৎলিবী অঙাওবীদো

[illegible]

লক্ষ্মি এন্দ মোনালিশা পব্লিকেসন্দ, মণিপুর

# Lambida Chatiibee Angaobido

A collection of short stories
written by : Phurailatam Rebati Sharma



অফোঙবা : ফুরাইলাৎপম ওংবী ইবেমচা দেবীনা
লক্ষ্মি এন্দ মোনালিশা পব্লিকেসনগীদমক্তা

অহানবা থোঙবা : ২০১১

কোপি মশিং : ৭০০

ফংফম থোকপা : অইবগী

মখুম য়েকপা : মুক্তা

মখুম দিজাইন : এ সি নেত্রজিৎ

মমল লুপা : ৯৯ (লুপা মনিফুত্তবা মাপন)

নম্ফমঃ কংলা ওফসেট প্রিন্টর্স, গভর্নর রোড, ইম্ফাল।



## কৎচবা

তাইবংপান থাদোক্‌না চৎখ্রবী
ঐগী ইমা 'নিংঙোল লৈমাদা'
নাচাগী খুদোল চম্লবা
ঋাধী মচাগী লাইবিক
"লম্বীদা চৎলিবী অঙাওবীদো"
কৎচরি লৌবিয়ু লৎনদা।

নচা
রেবতি শর্ম্মা

# ৱাহৈ খরদং

অওনবা সমাজগী মচু মখল কয়াগী শক্তম, সমাজগী মিংশেল ওইরিবা সাহিত্যদা শোয়দনা তাবমক্লী। মিংশেল্দা উরিবা মওং চাদ্রবা ফিভম অদুবুদি শেংদোকপদি পাল্লগা পুমশেং শেংদোক্লবা হোৎনবদি ঙম্মদনা লৈবা কয়ামসুনি। অফবা ফজবা সমাজগী শক্তমশিংনা সমাজ অদুবু চাওখৎনা উহল্লি অদুগা অমোৎপা শক্তম অমদি থৌদৌ কয়ানা সমাজগী শক্তম অমদি ইজৎ কয়া লৈখা তাহল্লি। মোংফম খুৎ অনীমক পুনশিল্লবা উপাই লৈত্রবা নীংগুম্মা পাঙ্গল থৌনা লৈত্রবা পেশেন্দ মংশেনজদ্রবা কয়া অমনদি করম্মা ফিভম অদুবু শেংদোকপা ঙমগদগে। হিরম অসিগী মতাংদা মীয়াম্না চুশন্নবা দরকার ওইরবনি। ইজকরিবনিনা ইনিংবগী ইহুল থশ্মোইসিদগী লাপথোকহনবা ঙমজদে। ইজারবা খরসিসু সমাজ অসিদা থমজবনি। মীয়াম্না খঙনরবা থৌদোক ৱাথোক কয়াদুগী শক্তম কয়াদুবু নৌহৌননা নিংশিংহন্নবা ঐগী হোৎনজবদি লৈতে; ঐদি গুপ্লগী ইনিংবগী ৱাখলদা কলমগী ইচেলদা কলশনাগী শক্তম খরাদং মীয়ামদা থমজবনি। অমবোমদা মণিপুর সমাজদা লাইবিক পাবা থংশনা অইবশিংবু পূক্নিং থৌগৎপনা ৱাংপগুম্মী। মসিমক্তি লাল্লবা ৱাখল অমা ওইবগী মতৌ ঙইগদ্রা খল্লি। মণিপুর সমাজদা সমাজগী শক্তম্ব মযেক শেংনা উৎপা ঙম্বা, নস কয়ানা লৈতেংলবা অলংকার মপুং ফানা হাপ্পা অভ্যাস লৈরবা অইবা কয়া লৈরি। ঐহাকসু মণিপুরগী লমজিংবিরম্বা সাহিত্যকারশিংগী তুংইনজনা পামঙাবদগী অমদি সাহিত্য সমাজদা শরুক য়াজনিংঙুবদগী ঐগী ৱারী মচাগী খুদোল "লক্ষ্মীদা চৎলিবী অঙাওবীদো" সাহিত্য সমাজদা লানথোকচবনি। মসিদক্তা কনাগুম্বনা মথশ্মোইনুংদা ফুমদুনা লৈবা অৱাবা মৈচাক কয়া কনাগুম্বা মীত্রোপ কয়াদা লিথোকচরগা অরাবা খবা কোকচনগুম ঐগী থশ্মোইগী মৈচাক

খরা ইংথবগুম্না তৌজরি। অমনা লাইরিক অসি ফোঙবদা থৱাই হকচাং য়াওনা মোরেল সপোর্ট পীবিরিবা কংলা ওফসেট প্রিন্টরগী প্রোপাইটরবু থৱাই য়াওনা থাগৎচরি। ওঝা শরৎচন্দ্র লোঙজোম্ববুসু ঐগী ইবগী লমদা থৌনা পীবিবতা নত্তনা ঙাক্রৌ পীবিরকখিবগীদমক্তা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। ঐগী ইয়াম্বা পেচিময়ুম মংলেম সিংহ অমসুং রাজেন খুমুকচমবুসু লাইরিক অসিবু প্রুপনচিংবা ককপদা য়েংশিনবীবগীদমক্তা থোইদোক্লা থাগৎচরি। ঐগী ইচল অনী পুখ্রম্বম ওংবী ইবেম্মা দেবী অমদি তখেল্লম্বম ওংবী শান্তিবলা দেবীবুসু লাইরিক অসি ফোঙননবা মীৎয়েং চংবিরকপগীদমক্তা অপেনবা ফোঙদোকচরি। ওঝা আর কে সনাতন, অশেম বসন সিংহ, আই লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ অমসুং কোন্সম মাইকেল সিংহ হায়রিবা হায় ওফিসিএলশিং অসিনা লাইরিক অসি ফোঙবদা অঙম্বা তেংবাং খরা পাংবিরকখিবগীদমক্তা থাগৎচরি। অদুগা লাইরিক অসিবু নুংশিবিদুনা পাবিরিবশিংগী মফমদসু তোল্লবা ঐনা মঙ্গল অশির্বাদ নিজরি। মখোয়না পিবিরকপা মত অদুবু তরাম্না ওকচগনি হায়না থমজরি। অদুগা অমরোমদা ৱারী মচাশিং অসিদা শীজিন্নরিবা মিং, লৈফম অমদি মতম পুম্নমক অসি হিংলিবা অমদি লৈখিদ্রবা কনা অমত্তগা মরি লৈনজদে।

পুম্নমক্তগী অশিবাদ নিজরি।

রেবতি শর্ম্মা

ম্যাওফম তাকপা





# ফোরেম্নর ওইখ্রবী

থৌবালদগী ডাক্টর ওইবা ইবোবীগী মচানুপীদু মবুং অনীগী মখাদা নাইতোম পোকপীনি। মমিংনা সুনিতা কৌই। মংশক মতৌ চঙখোনবী কুচু ঙৌবতা নত্তনা মশা থাতক তৌনা রাশি লৈনা চুং ফিরাল চানা ফজবী শকহেনবী অমনি। মপাবুং অমসুং মমা ইবেম্মনা মবুং অনীগী মনুংদা অমত্তা ওইবী মমোমনি খন্না কেনা নৌনা য়োকচবীনি। মহাক হৌজিক পুনে য়ুনিভর্সিটিগী মখাদা লৈবা ফ্রাবোক্সন কোলেজ পুনেদা বিএসি থার্দ ইয়ার তম্লি। মণিপুরী মচা কয়াদা নত্তনা কোলেজ অদুদা তম্বা মহৈরোই কয়ানা সুনিতাগী শুমহৎলবা শক্তম অদুদা ঙাওনবা কয়ানি। নোংমা পুনে য়ুনিভর্সিটিগী মণিপুরী ষ্টুদেন্ট য়ুনিয়নগী মিটিং অমা ফ্রাবোক্সন কোলেজদা তৌই। মিটিং অদু য়াওননবগী সুনিতানা তরু-তনান্না ফিজেৎ লৈতেংলদুনা কোলেজগী হোষ্টেলদগী থোরক্লুনা কোলেজ হোল তম্লা খরা থুনা লাকপদা ইরাক মচা ইব্রাহিমগা গম হেক থেংগাইনৈ। সুনিতানা শাওনীংমনখ্রদুনা ইংরাজি লোলদা 'নমিৎ তাঙলব্রা নঙবু' হায়দুনা শাথিনা চৈখি। মীচৈ অদুনা খুবাক্লা থাবদগী হেন্না নারবা ইংরাজি লোল খঙবদি খঙলবা ময়েক শেংনা ঙাঙবা ঙমজদবা ইব্রাহিম্না মহাক অথুবা অমা চৎপদগী লানখ্রে হায়না উর্দুদা হায়রম্মী। অদুবু সুনিতানা খঙবা ঙমখিদে। মতৌ অদু লাপলপ্না উরিবা মৈতৈ মচা ধবলোনা চংশীল্লক্লুনা সুনিতাদা করি তৌবগীনো হায়না হঙলুই। সুনিতানা 'মমিৎ মনা ইথক থক্লুনা মঙোন্দা কন্না থেংজিল্লক্লিবনি, মণিপুরী মচাশিংবু উশিত্তদুনা তৌরিবনি, মণিপুরী ষ্টুদেন্টস য়ুনিয়ন পুনে য়ুনিভর্সিটিদা ব্রাকৎতুনা মতিক চানা ব্রারক্কদবনি' হায়না পাউদমখি। ধবলোনা খঙখি বুদ্ধি চমম্লরবা মহৈরোই অদু ইংরাজি খঙলবু ঙাঙথোকপদা খরা ব্রাবা ইরাক্লীনি।

মহাক্না ভৰ্দুদা মহুক অথুবা অমগী লাকপদা শোয়খিবনি হায়দুনা ধবলোদা লিজরকখি। মতৌ অদুদা ধবলোনা সুনিতাদা পুন্নমক্তু হায়জরক্লবদা মীরম অদুদা মণিপুরী মচা অমনা ঙাকপানবা হায়জরক্লিবা অদুগী মমায় ঙাক্তুনা সুনিতানা অযাবা পীখি, অদুক্নমক মথংম্মোয়দি পেঙ্গখিদে।

ফর্গুসন লোইরদুনা হোস্টেলদা হল্লক্লবদা নুমিদাংগী চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা ফমুংদা গীপথবকপদা ঙসাইগী থৌদোক অদুগী মতাংদা সুনিতানা খঙ্গরকই। ইবাক মচা অদুনা তশেংনা শোয়খিবা ওইরম্লবদি মহাক্কী ব্রাঙাগু অদু কনর্মল্লি হায়বসিদা মহাক্কী ব্রাখল ওইরকই। ফাগী ফাগীদগী অহীং অদু ব্রাখল অদুনা তুম্ব সুকয়া যাখিদে। মহাক্না মৈতে মচা ধবলোদা হঙলগা মহাক্কী পূক্লিং ব্রাখল অদু চন্নগনি হায়দুনা মথম্মোয়দু কয়ারক খেমখি অদুবু মহাক্কী খুদক্কী অশাওবা অদুনা উৎখ্রিবা চমৎকার অদুনা মহাক্কী থম্মোয়দু অহীং অদুমদি পোখানবা ঙমখিদে।

মথংগী নুমিৎতা কেমিস্ট্রিগী ক্লাসতা পনবা মণিপুরী মহৈরোই ধবলোগা উন্নজদুনা ঙরাংগী থৌদোক অদুগী মতাংদা হঙজরকই। ধবলোনা ইব্রাহিম হায়রিবা ইরাক মচা অদু ফিলোসোফিগী মহৈরোইনি, মরম অদুনা কুপ্পা খঙ্গনবা ফিলোসোফিকেল আইদিয়াদা তুম্বা চাবা য়াদনা কিজবনা মহাক ক্লাস ফাওবা য়াওবা ঙমজদ্রে হায়দুনা পাউদম্লক্লবা অদুদা সুনিতাদু হেন্না নুংঙাইরক্তে। মহাক্না ইব্রাহিমবু কান্টিন্দা ধবলোগা লোয়ননা কোফি অমমম থকমীন্নরগা ব্রাতাইনসি হায়জরক্লে।

মথংগী নুমিৎতা ধবলোনা ইব্রাহিমবু পুরক্তুনা কান্টিন্দা মখোয় অস্তম কোফি থক্লদুনা অনী অদুগী সন্তাই ধবলোনা তৌপ্রে। হৌজিক্তি সুনিতানা ধর্ম্মসু মান্নদ্রবা ইব্রাহিম্না নাইতোম তানা দিপ থিক্কিংদা পার্কতা অমদি কোলেজগী লৈকোলদা অমদি কান্টিন্দা নাইতোম তাদুনতা লৈবা অদুদা মাগী থম্মোয়দু মঙল-মঙল খনখিদুনা ইব্রাহিমবু তশেংনা নুংশিরক্লে। অদুবু ইব্রাহিমদি ইংরাজি লোন্দি খঙদি খঙলগা অপান্ননা ঙাঙবা ঙমদবা মীওই ওইরি। অদুবু মণিপুরগী ধবলোনা পাউখোল্লোই নৎত্রগা ট্রান্সলেটর অমা ওইনা ব্রারী শান্নরকপদগী সুনিতা অমসুং ব্রা লান কয়া ঙাঙদবা ইব্রাহিমগী থম্মোয় থম্মোয়দা নুংশিবগী অয়ৌবী থাক য়ৌনরক্লে। পূন্নমক্তু খঙবদি মরুওইনা ধবলোখক্তনি। অদুবু মতমগী মতুংইন্না নুংশিবদা কখোক্লরবা নুংশিববু মীৎতাংবগী লম্বী অমরোমদা পুথখিবদগী সুনিতানা কখোকখিবদগীনি খঙদে, নুপা নুপী ওইবগী পামজবা য়ান্নবদগীনি খঙদ্রে, শুমহৎনবদগী ওইখিবনি খঙদে, সুনিতাগী শুমহৎনিংঙাই ওইরবা হকচাং অদুদি

লোন্না ইব্রাহিমগী ওইম্রে। মতৌ অদুদি মণিপুরী ধবলোমক্তি খণ্ডি।

ধবলোনা ইব্রাহিমদা তত্তনা হায়জখি "মণিপুরী নুপীশিংদি মশা শোকখিবদা নুপা অদুবু ফরবসু ফৎত্রবসু মপুরোইবা অমনি হায়দুনা লৌনবনি, থাদোক্লদবনি, মরম অদুনা মণিপুরগী কলচর অদু নহাক্লা ঙাকউ, চমজবশ নুপীজা অমনু মফম মরাং খণ্ডদনা সিবিলাইজেসন্নি হায়দুনা লমখাংদা হুন্দোকপদি মহাকসু মণিপুরী অমা ওইনা অমদি মৈতৈগী ঈশ্বরগী য়েংদুনা য়ানিংদে" হায়না কন্না পাউদমখি।

মতৌ অদু মণিপুরগী থৌবালদগী ডাক্টর ইবোবীনা অনাবা অমগীদমক্তা টাটা মেমোরিএল হোস্পিটাল, মুম্বাইদা থা অমা লৈরকপদা খণ্ডখি। মবুং অনীগী মনুংদা নাইতোম পোকপী অদুনা মুস্লিম নুপা ইরাক্কী অমগা নুংশিনরে খণ্ডলবদা থম্মোয় শোক্লা মচানুপীবু চৈখি। অদুবু পরিক্ষা ফাইনেলগী মতম ওইবনা মচানুপীধু মতম অদুদা পুদুনা চৎপদি য়াদবনা পরিক্ষা অদু হেক লোইবগা মচাবু থুনা মণিপুরদা লাক্লবা হায়রম্লগা মচাবু চেকশিন্না লৈহন্নবা মণিপুরী মহৈরোইশিংদা শিন্নরম্লগা ইবোবী মণিপুরদা লাকখি। মোবাইল ফোন অমদি অতৈগী শক্তিনা মচানুপীনা কৈদৌরি করম্না মপূন্সি লেপ্লি তৎতনা পাউ ফাওনরি।

ঙসিদি ফ্রাবোক্সন কোলেজগী বিএ আর্টস অমসুং সাইন্সকী পরিক্ষা লোইখ্রে। পরিক্ষা লোইবগী নুমিৎ অদুগী অহীং অদুদা ইনখৎলকপগী ইঙাও ঙাওনা সুনিতানা মহাক্কী হকচাং পোলাং অদু ভারতকী সিটিজেনসু নৎতবা মুস্লিম পাখং অদুদা কৎথোক্লরবনিনা মহাক ইরাক্কী ওইরবনি মরম অদুনা মৈতৈগী চৎনবীদা নমশিন্দুনা মমং অনী শুফদে হায়দুনা ধবলোগা তান্নদুনা হয়েং নৎত্রগা হংচিৎমক মণিপুরগী মমা মপা অদু খণ্ডহন তাহন্দনা ইব্রাহিমগা লোয়ননা ইরাক্তা চৎনীংবগী অপাম্বা অদু ধবলোদা ফোঙদোকখ্রে। ইব্রাহিম্নসু 'চৎলসি' হায়না য়ারকপদগী ধবলোদা পাউ পূন্নমক শিন্নবম্লগা সুনিতা ইব্রাহিমগা লোয়ননা ইরাক্তা চৎননবা ভিসানচিংবা লৌবা লোইখ্রে। মণিপুরদগী চৎপসু নত্তবনা মহারাষ্ট্রগী পুনেদগী মুম্বাই তম্না চৎলগা মহাক্লা মরৈবাক মরমদম মণিপুর অমসুং ভারতপু থাদোক্লুনা ইরাক হায়বা মুস্লিম লৈবাক অদুদা চৎচরগনি খল্লুরুবদা মিৎলু পিরাং শীল্লুখিদবদি নত্তে। মণিপুরগী মপাবুং, মমা অমসুং মবুংশিংবু নুংশিখিদবদি নৎতে, অদুম্নমক শেংলবা গঙ্গাগুম্না লৈরম্লবা হকচাং পোলাং অদু নুংশিবনা খুদুম চন্দুনা সংসার অদু কাউথোক্লবগীদমক দন্দি ওইনা নৎত্রগা মশাগী ইজ্জৎ শম্মান অমদি নুপী অমনা মমং অনী সুফদে হায়বা মণিপুরগী মৈতৈগী চৎনবী অমা ওইবদগী

মুসলিম ওইরজগসু ইব্রাহিমদা মপুন্সি কখোল্লগে লাইবক্কীনি হায়দুনা খঞ্জরগা সুনিতানা ঙসিদি ইব্রাহিমগা লোয়ননা ভারতকী চাউরবা সিটি মুম্বাইদগী ইরাক্কী কোনুং বাঘদাদকীদমক এরোপ্লেনদা ফমথখ্রে।

ঙসিদি মণিপুরদা লৈবা মপাবুং অমসুং মমানা থম্মোয় শোক্লা মচাগী ফিভম অদুদা পেন্দনা পিরাং শীঙ্খি। মতম খরা থম্মোয় শোক্লা লৈনরুরবা মতুংদা মমা ইবেম্মা অদুনা মচা নাইতোম পোকপী অদু শিখিবমকসু নত্তনা মমা মপা অমা ওইনা মচাগী খোঙ্গুল লীদুনা মচাবু উন্নদনা হেক্তো লৈরদ্রা হায়দুনা মপাদা কন্না কপ্পনে লাউবনে তকশিল্লকখি। ফিভম অদু মুন্না খঙ্গুরুরগা গ্লোবেলাইজেসনগী মতম অমা ওইরক্লবা পৃথিবী অসিদা হিন্দু মুস্লিম খৃষ্টান হায়দুনা ধর্ম্মগী চয়েৎনবগীদমক্তা মশামক্লা পোকপা মচানুপীবু পুন্সিগী ওইনা শকউনদবদি ফংত্রে। করিগুম্বা মাগীদমক্তা কনাসু লৈত্রবা মীরৈবাক অদুদা মপুরোইবা অদুনা নংত্রগা মাবু য়ানিংদবা ইমুং মনুংনা হাংতোক্লগা থম্নম্লবসু খঙনররোই খন্দুনা ভিসা লৌনবা মপাবুংদু চেনবা হৌখ্রে। মহাক্লা মণিপুর অমসুং ভারতকী মফম অমদসু নত্তনা ফোরেন্নর ওইখ্রবসু মমা মপানা মচাবু উনরোইদবগী মরম লৈতে হায়বসি চপ চানা খনদুনা ইরাক্তা ওইরবসু মচাগীদমক্তা চৎননবা ভিসা লৌখ্রে।

## নিঙ্খমলনা ইরমনমলা

[illegible] লক্ষ্মী অদু [illegible] নাগালেন্দ স্টেটকী [illegible] অদুদা [illegible] চিংবা ফঙজরব [illegible] কয়া [illegible] মাঙ্গনা ফজাখি। অদুবু নাগালেন্দগী কোনুং কোহিমাদা [illegible] তব [illegible] অদুদদি কোহিমাসে চিংদা [illegible] অমা ওইনা উবা [illegible] ওইনা শকহেন্দু রাজ্য ওফিসতা এলদিসি ওইনা এপোইন্টমেন্ট ফংবদা [illegible] ওফিস অদদা রেগুলর সোনয়ার এলদিসি ওইনা লৈরিবা [illegible] শঙ্খকপদগী শকহেন্দু মফম অদুদা এপোইন্টমেন্ট ফংলবনি। শকহেন্দু মমা লখাইবা যোক্লকপনি মচল নুপী অমগা মনাও নুপা অমগা লৈরি। মমাদুনা কৈথেল লুকমায় পান্দুনা মচা অহুম অদুগী শেংপা চাবগী ভার পুবতা নত্তনা মহে তম্বগী খরচসু হুল্লকপনি। মহাক্না বিএ পাস তৌরবা মতুংদা পৈশা নুংশাগা অন্নাংপা লৈবনা সরকারগী থবক্তি লায়রদুনা প্রাইভেটকী থবক ফাওবা তৌবা ঙমদনা ব্রানা লৈরকপনি। মমাগী মতেং পাংনিংবা অমদি মনাও অমদি মচলবু মতিক চানা শেম্লিংবগী ব্রাখলনা মণিপুরগী ব্রাংমদা ওইরবসু থবক অমবু ফংলবদি হায়না আশা তৌরকপদু খঙসবা মরুপ খেলম্বনা নাগালেন্দগী কন্সর্ন ওফিসিয়েলশিংগা তান্নরুবদগী য়াবিরকুনা শকহেনগী এপোইন্টমেন্ট অদু ফংহনখিবনি। হৌজিক্তি খরা হরাওজরবা শকহেন্দু থা অমরোম নাগালেন্দগী ব্রাজ্য ওফিস্তা থবক তৌরকপনা য়াম্বা য়ামদবা তলব ফংজরে। ঙসিদি মখোয়না ভারাদা লৈরিবা যুম অদুগী ময়াগী মীওই খরা অমদি ওফিসিএল কয়াগসু খঙনা চান্নরক্লে। তলব ফংবা নুমিংকা ওইবনিনা হিদাক মচা অমমম পায়রুসিরা হায়দুনা অনীদু লাপ্লপ লৈবা ভেন্দর অমদা ফন্নুরে। মীওই য়াম্না তিল্লমদ্রবসু মঙা তরুক্তি নাকন্দা ফন্নি হায়বসে

শকহেন্না খঙই। অদুবু মখোয়না ঙাঙনরিবা নাগামী লোন অদুনা করি ঙাঙনরিবনো হায়বদুদি খঙলুদ্রে। খেলেম্বনা য়ুদু গ্লাস অমমমতং হৈবিরক্লবা হায়জগ্রবদা ভেন্দর অদুগী মপু অদুনা গ্লাস অমমম হৈদুনা থাংজিল্লকই। শকহেন্না য়ু গ্লাস অদু গৎ গৎ থকচিল্লি। গ্লাস অদুনা তেবলদা খালিদা লৈরবদা মপু অদুনা গ্লাস অমা অমমুক সৎ হৈজিল্লকই। শকহেন্নসু হৈরকখো হায়রুদে খেলেম্বনসু হায়রুদে। গ্লাস অদুদা মুন্না য়েংলম্বগী মমাঙদা থম্বা মহৌশাদগী হৈনরক্রবা শকহেন য়ু অমুক গৎ গৎ থকচিনখি। খেলেম্বদি হান্নগী য়ু গ্লাস অদুনা অনী অহুম থোক্লা চিংবনিনা থকপা লোয়দ্রি। অহাংবা শকহেনগী গ্লাস অদু ইকুই কুইদনা ভেন্দর মপু অদুনা হায়নবা ঙাঙনবা তৌদনা অমুকসু গ্লাস অদু থন্না য়ু অমুক হৈজিল্লকই। শকহেন্দু মথম্মোইদা চরাংনবা অমদি ফাওরকই নাগামী খঙবা খেলেম্বানা শকহেন্দা হায়রকখি, "নঙনা য়ু থক্লগা ওক্লবদি য়ু অদু থক্লবা মতুংদা অহাংবা গ্লাস অদু উপশিন্দুনা থমগদবনি, মদু নৎত্রবদি য়ু থকপা মতমদসু পিৎ পিৎ চা থকপগুম্না থক্কদবনি, নঙগী য়ুথক অদুনা নঙবু ফূরসি হায়দূনা নাকলদা ফন্নিবা মীওই খরা অসিনা ঙাঙনরে নঙ ঐ শোয়দনা ফৃখিবা তারে মন্নম অদুনা গ্লাস অদুদা য়াওরিবা য়ু অদু থকচিল্লগা মপান থোকপা শাদুনা থোকখ্রে অদুগা খরা লাপ্না লৈরমগেরা নৎত্রগা ভারাগী য়ূম য়ৌবা ঙন্নগনা য়ৌখ্রো, ঐসু উপাই অমনা থোরক্লগে।"

খেলেম্বাগী ৱাহৈ অদুদা খরগা কিগনবা শকহেন্দু চিং লাওখি, তেবলদা লৈরিবা য়ু গ্লাস অদু গৎ গৎ থকচিল্লগা খোংগ্রাওগী ক্লাই সাইডতা হায়রপ পায়বা শাদুনা থোক্লিংবা শাদুনা থোকখি। ফনা শাংনা থাবলগী মঙাল অমদি ইলেক্ট্রিকী মঙালদা লাকপনা লম্লোং মরি ফাংবা অমদা থুংলরৈ। খরগা পাখৎপগা লম্বী কদোমনো জ্ঞান মাঙলদুনা শকহেন্দু লম্বীগী মচি অমদা ফমথরকই। ৱাখলদুদা মথম্তা নীংজিং মাংজিং মতা অমা ওইনা চরাংনরকই। "ঐ ঙসিদি নমদুনা ফৃখিবা তারেসে, খেলেম্বা অদুনা ফৎ হেক লাক্লবা অমা উপাই অমা লৈসে। মরোল মরি খঙনবা ইরমদমগী মফমসু নত্তবা মফম অসিদা য়ুগাকা থক্কনি হায়দনা ভেন্দরদগা চঙদূনা য়ু থক্লরিবা অসিসু অমম্বা অমনি। হুং মতুংদা অমুক হন্না য়ু থকপা য়াবা নত্তে।" তপ্না নাগালেন্দগী নহা অহুমখক লম্বীদুদা লাক্লিবদু উরুই। স্বাই লাওনা কোকতোন শক চপ য়ুংগ্রবোই নীংলবা শকহেন্না মপান থোকপা শাদুনা নাকল অদুদা পৈথোক্লুনা লৈ। মীওই খরা অদুনা ৱারী শার-শারদনা অদুমক চৎখি। শকহেন্দু জ্ঞান খরদি তারে, অদুবু চিংনবদি কোক্ত্রি। খেলেম্বাসু

মরাকত্রি লম্বীসু ককঙাওরিবনা কদোমদা চৎকদৌরিবনো খঙদ্রে। শকহেনগী পুক্লিংদা ঙসি থেংনরিবা অৱাবা অসুম্না ৱাবা থেংনরকত্রিবা মতৌ অমা ওইরি। মতম অদুমক্তদা নাগাগী লোন্দা ৱারী শান্নদুনা নোক খেদুনা য়ু ঙাওবা মানবা মীওই অনীখক লাপলপ্না লাকপদু উরুবদা শকহেন্দু অমুক হেন্না নুংশা থিরক্লে। করিগুম্বদা নাগামী লোন্দা মহাক্লা লৈরিবদু করিগীনো হায়না হংলক্লুবদা মহাক্লা কমদৌগদগে খম্থুরুবদা খাঙফম খঙদনা অৱাবা অমা ওইরক্লে। চেনবসু য়াদ্রবা ফিভম অদুদা য়াম্না চিংননা লেপ্লিঙৈ অদুদা খেলেম্বানা কৌরক্লে। হরাওবনা থুমহৎলবসু মপুক্লিংদা খেলেম্বাবু ৱারৌরিবা শকহেন্না মখোঙ হামগে তৌরম্বনি হায়দুনা খুন্নক্লে। মমৈদা মরুপ জেমসতুগা শক খঙনহল্লগা খেলেম্বাগা শকহেনগা মখোয়গী ভারাগী য়ূম তম্নক্লে।

নোংমদি—

"দুকানগী জুলি অসিবু কোইগেরাও"?

"হুম, ঐ তল্লি, ঐ নুপী ফাওবা য়েংবা কিজরিবসিদা"।

"হায়, ঐনা হায়রবদি য়ানিনে, মশকসু অদুম ফজরিবসিদি"।

"ফজবুদি ফজৈ, অদুবু মচল নুপী অদুনা হেন্না অমুক ফজৈ।"

"মচল অদুদি ৱা লান কয়া ঙাঙগন্দে, আশাসু চাওবা মাল্লি, মদুদি অঙাংসু ওইরি, মচেবুদি শোয়দনা য়ারক্কনি হায়বনি"।

"তল্লিদা"।

খেলেম্বানা অওইবা ওইনা শকহেন্দা হায়রকখিবা, নুংশি নুংওনগী মতৌ অদু মহাকসু পাখঙনিনা অদুমক খম্থখিদবদি নত্তে, অদুবু মহাক্কী কিগনবা মতৌ অদুদা নুপী অদুনাগা চৈরক্লুবদি হায়না খঞ্জানৈ। তশেংনমক্তি খেলেম্বানা জুলিবু নুংশিজৈ অদুবু জুলিনদি মঙোন্দা য়ারক্কদবা মান্দে খল্লি, মরম অদুনা শকহেন্দা থংজনবনি। ঙসিমক চঙদুনা খেলেম্বানা জুলিদা শকহেনগী মরমদা হায়রপ কাংলুবদা খঙননিংবগী মতৌ তৌরক্লে। শকহেন্না আশা লৈবগী মতৌ উরবদা জুলিবু কৌদুনা মাগী শক্তম পেন্না য়েংজবা উজবা ঙমগনি হায়বা আশা অমা লৈরক্লি। জুলি হায়রিবা অঙ্গামি নিংঙোল অসি খেলেম্বখোইনা লৈরিবা ভারাগী য়ূম অদুদগী কাখৎলক্কদবা লম্বী অদুগী অঙম্বা ফুট ১০ রোম চৎলগা লৈবা য়ূম অদুদা দুকানওই য়ূমওই লৈবা পোৎয়োনবী অমগী মচানুপীনি। মহাক্কী মচল অমসু লৈ মমিংনা লিলি কৌই। মখোয় অনীমক অয়াম্বা মতমদা মমাগী মতেং পাংদুনা পোৎ চৈ য়োনবা য়াওই। খেলেম্বদি মহৌশাদগী মখোয়গী দুকান্দা

পোৎচৈ লৈনবা মরম্না দ্রো দ্রো অদুম তৌনরিবা ওাক্লি। শকহেনসু খেলেম্বাগা তত্তনা পোৎচৈ লৈনবদগী তত্তনা উনরে, অদুবু ব্রারীদি শান্নবদি পঙয়াও য়াওদ্রি।

খেলেম্বনা পাও পিরুবদগী জুলিদু মরক মরক্তা খেলেম্বগী ভারাগী কাদা লাক্লুনা খেলেম্বগা শকহেনগা ব্রারী শানবা হৌরকই। শকহেনবু হায়রপ নুংশিবগী ব্রাখল লৈরিবী জুলিনা শকহেনবু উন্ননিংবগী মরক মরক্তা লাকপা অদুনা খেলেম্বগী থম্মোয়দা ওকচাক্লুনা চাকচাদুনা নুংশি মৈরি অদুদা মিকাজে। শকহেন্নসু জুলিনা মহাকপু নুংশিবগী মতৌ কয়া উৎলক্লিবা অমদি মিংয়েং নায়েং ব্রাঙাং ব্রাতাদা নুংশি লম্বীদা পুথরক্লুবা মতৌ থন্নকপদু খঙলবসু কা হেন্না হকচিন্না লৌদবগুম তৌরি। জুলিনা মরক মরক্তা ‘চাক চারব্রা, করি য়েনশাংনো, চাক থোংলব্রা’ অসিনচিংবা হঙবা লাকই। মখোয়গী জগা অদুব্রাইগী মীওই খরদি মৈতৈ মচাশিংগা মহৌশাদগী তোইনা লোয়নরকপনা মণিপুরী খঙই। খেলেম্বনা থেমদুনা করিগুম্বদা জুলিবু চাক থোংলম্মু হায়দনা নমদুনা থোংহনবা ফাওবা য়াওরকই। শকহেন্না ঙসিদি খঙলকই, মাগী মরুপ খেলেম্বনা জুলিবু তশেংনা নুংশি, জুলিবু লৌদুনা নাগালেন্দ অসিদা মহৌশাদগী লৈবগী লৈবা অদুম লৈবা ফাওবা পামই হায়বসে অদুবু জুলিনদি খেলেম্ববু পামদে, মহাকপু পামই হায়বসে তশেংনা জ্ঞান তারকই। মরম অদুদগী জুলিনা মরক মরক্তা মখোয়গী কা অদুদা লাক্লুনা অচাপোৎনচিংবা চামিন্নবা কয়াদা শকহেন্না খেলেম্বাবু শৌগৎতুনা জুলিগা নুংশিননবা কন্না হোৎনরকই। শকহেনগী মতৌ অদুদা খেলেম্বনা মথম্মোয়দা শকহেনবু কয়াগী মতিক থাগৎচৈ, অদুম্নমক জুলিগা থম্মোয়দি ঙসি ফাওবদা ওনবা লৈত্রি। মশক মতৌ ফজবতা নঙনা লাইরিক হৈবা, ঈং তপ্পা, চাও শাংবা, ব্রা লাং কা হেন্না ঙাঙদবা শকহেনগা মতৌনা জুলনা নপাশিল্লক্লিবা মতৌ অদুনা খেলেম্বনা পাখৎপা মতৌ এমা ফাওরকখি। মরম অদুদগী খেলেম্বনা শকহেন্না ফজে হায়দুনা থাগৎলিবী জুলিগী মচল নুপী লিলিবু শকহেনগীদমক থেন্নগা লিলিনা য়াবক্লুবদি মাগী নুংশি লম্বী অদুদা এাশা অমদি লাকপা য়াই হায়বসিদা খেলেম্বগী ব্রাখল ওইরক্লে।

নোংমদি—

“নঙনা ঐগোন্দা চিঠি অমা পিব্রা”?

“করিগী চিঠি, করি হায়না”?

“নঙনা ঐবু নুংশি হায়না”।

“অ... খেলেম্বনা ... ‘পি অদু কৈদৌরবা”?

“করিগী নঙনা অদুম্না ঐগোন্দা হায়বা য়াব্রা”?

"নুংশিদুনা পিবনিদনা"।

"দৎ, ঙাইখোও নঙ ঐনা চৈনা ফৃগনি"।

লিলিদু শাওনা ময়ূমলোমদা চৎখি। শকহেনদু পাখৎতুনা মাগী কাদা চংশিল্লকখি। মহাক্কা খেলেম্বনা তৌরুরিবা মতৌ অদুদা শাওনিংদুনা ঙাঙ শকখি অমসুং অচুম্বা পাও অদু তমদুনা লিলি অমসুং মখোয়গী ইমুং-মনুংদা মহাকপু লান্না লৌদনবা হায়রু হায়রকখি। অদুবু খেলেম্বনা করিসু থৌশাখিদে, লাকসনু মাগা ঙাঙনগে হায়দুনা লৈথোকখি। শকহেনগী ব্রাখলদু য়াম্না নুংঙাইরকত্রে মশাদু হৈনদবনা লোয়ররক্লে। মহাক মরমদম মণিপুরদগী পৈশা তান্নবগীদমক্তা লাকপনি অদুবু মীরম অদুদা পৈশা তানবা পাল্লকত্রে। তাঞ্জা অদুদা লিলিগী ইমুং-মনুংদা খৎনা লাওনবগী খোঞ্জেলদু শকহেন্না তারক্লে। মহাক পাখৎপনা জ্ঞান মাঙলক্লে; অদুম্নমক ঙরাংদগী হিদাক কা হেন্না থকস্ত্রবা খেলেম্বদি চাক তোক্লবা মতুংদগীদি ইশি শিনা নিঙাইদনা তুমদুনা লৈথোকখ্রে। ব্রাখলনা চরাংনরবা শকহেনদু ব্রাবগী পঙখৈ লৈতনা খাঙঙমদনা কা মনুং অদুদা লেল্লক্লে। নুমিদাংব্রাই য়ৌরক্লে, শকহেনগা খেলেম্বগা তৎতনা ঙাঙনরে। অদুবু মতমনা থেংজিনখিবনা ফমুংদা হিপ্নরে। শকহেন্দি তুম্বা য়াদ্রে। নুমিদাংগী পুং তরা অদুব্রাইদা মখোয়গী কাগী থোঙদু দক দক থিল্লকই। কিজরবা শকহেন্না খেলেম্ববু তুমিন্না হৌদোকই।

"কনানো"।

"ঐনি, থোঙ হাংদোকউ"।

"লিলিরা, ঐখোয় তুম্লে, নোংঙাল্লগা ব্রাব্রা শারসি"।

"থোঙ হাংদোকউ য়াদ্রবদি কাউখাইরগে, থোঙ হাংদোকউ"।

লিলিনা অশাওবগী মৈরি কানা থোঙ থিল্লীঙৈদা জুলিগা মমাগনা লাক্লুনা লিলিবু থেম্মী। অদুদগী লিলিদু ঈংথদুনা মচে অমদি মমাগা চৎমিন্নখ্রে। শকহেনদু স্বর শাংনা হোম্বগা উপাইদি লৈতনা তপ্পা হিপথখি।

শকহেনদু মাগী চৎননবা শেম শাবা লোয়খ্রে, খেলেম্বনা থিংজবনি অদুবু য়াখিদ্রে। খেলেম্বনা শকহেনবু থিন্দোক্লবা তৌবগী মহুত্তা ব্রাখল নুংঙাইতবদগী ফমুংদা ফিরুক খুমজিন্দুনা হিপ্পুনা লৈখ্রে। শকহেন মাগী বেগ অদু য়াল্লদুনা মাগী ভারাগী কা অদুদগী থোরকই। শুমাং মতোন্দা লিলি লেপ্পুনা লৈরমই।

"নহাক চৎলগদ্রা"?

"উম"?

"অমুক লাক্লরোইদ্রা"?

"লাক্করোই"।

"নাগালেন্দ, মণিপুর ভারতকী মনুংদা লৈবা ষ্টেট ওাক্তনি। মসিদা ঐনা অদুনি ঐনা অদানি জাতি তিন্নদে লোন তিন্নদে হায়বগী খেৎনবা থম্বদি ফত্তে। নঙসু নাগালেন্দা নুপী থিদুনা অদুম লৈবদা করিসু কাইদেনা"।

"ঐদি ইমা লুখ্রাবীনা য়োকপনি, ইমাবু কোন্দবা য়াদবনি"।

"দাদা শকহেন, নুংশিনবদি নুংশিনরিবা থম্মোয় অনীদুনা সংসার পূন্নবু কাওবা ঙম্মী হায়বদাই"।

"ঐ, ঐ চৎলুখিগে"।

শকহেন্দু তপ্পা তপ্পা চৎখি। খরা থাপ্লবা কান্দা তুংহন্দুনা য়েংলকপদা লিলিনা ফক্লাংদা মখুৎনা ঙাক্লগা ঙারগা মাইথোং থাজ অদুদা তরুরবী মিৎল্লা অনীদগী পিগী ইরানা ওর ওর শিন্থুনা খাঙলিবদু উরকই। খঙলকই, মহাক লাল্লে, মহাক্না ঐহাকপু নুংশিরক্লে, মহাক্কী মশক মতৌগা হায়রবদি মহাকপু পামজৈ, নুংশিজৈ, অদুগা মহাক্না হায়রকখিবশিং অদুমকসু অচুম্বা ঙাক্লি অদুবু নাগালেন্দগী ৱাখল নত্তনা দিল্লী, মুম্বাই, কোলকটা অমদি ভারতগী মফম কয়াদা ঐখোয়বু ৱেল বিহেপ অমদি রিগার্দ তৌবদি, ফিভম খরখক্কী নত্তনা ফিভম অয়াম্বদা য়েংলুবদা খরদি ৱাৎপগুমই। তশেংনমক ইন্দিয়ান কন্সটিট্যুয়েন্সিগী আর্টিকল ১৯(১)(ই) অসি মীওই কয়ানা য়াল্লরক্তে। মরম অসিদগী ভারতগী লমদম কয়াদগী লম অদুগী মীওই নত্তবা কয়ানা খুন্দাবা য়ানিংদবা উৎনরকপা মতৌ লৈরক্লবনি। ঐ লিলিগী লৈহৌরিবা নিঙমদবা শক্তম অদু পূক্নিদা কাওবা ঙল্লরোই, ঐ লিলিবু নুংশি, পাম্মী অদুবু পুকচেল পিকপা হায়গদ্রা ৱাখল থেনবা হায়সিরা, হনসি হনঙমদা ঐ নিঙমদনা ইরমদমদা থুংলখি।

# ঐদি য়ূম পাম্লরোই

মরক মরক্তা অমুক অমুক মানা ঐখোয়গী বজার মচা অসিদা কুফেৎ কফেৎ ফাওরকপসি ঐগী য়াখলদা স্বগগী ফজবগী লাইরেম্বা শুমহৎনিংঙাই ওইবা কামদেব হায়বদুম ওইরব্রা নীংজরুই। ওম্বোক্রসু ফজে, চীংলেম্না। মমিংসু ফজে 'দিনমনি' নুমিৎকী মঙাল। অশপ্পীদা ময়াম্না দিনা, তশেঙনা মঙাল লৈনা নীংথিজবনি। লমদম অরাপ্পা ইম্ফাল শহরদগী ওইবগা মানা শেৎ চাবা ইপক্তা পকচৈ, ইফদা ফজে। তৌবতবু ইম্ফাল শহরদগী য়াবগাইগী বজার মচা অসি ফাওবদি য়াম্না লাপ্পনা মরম ওইদুনা মহাক নুংতিগীদি লাকপা ঙমদবনা মরক মরক্তা ঐবু নুংশিজবগীদমক্তা লাক্লিবনি। খরচসু নোংমা লাকপদা ফনদি চঙলমগনি। অসুক ফজরবা মগুণ লৈবা পাখঙ অসিবু ঐনা খুদুম চলহৌরগে হায়দুনা অচীকপা কয়াদা, মাবু শুমহৎনবা লাক্লখি। অদুবু মহাক্না ঐবু শুমহৎত্রিবা অসিনা করিগীনো? ঐবু মীয়াম্নদি ঐখোয়গী লমদম অসিদা শকহেনবীনি, তোমথিন্নি, ঙৌনা য়াং চাওনা গৎ লৈনা ফজবীনি হায়দুনা শোন্নরিবনি। নোংমদি মহাক্না ঐবু নুংশিনা য়েংলকই অদুগা,

"চান্দনি, নঙগী থাবলগুপ্পী মাইথোঙ অসি ঐগী পুম্বিনা লৈরিবমখে থম্মোয়দগী মাঙখিগদবা মান্দ্রে। নঙতগী শক্তম্বু উনিংবনা পুংজা কয়া মীকুপ কয়া ঐবু তত্তনা য়াহল্লি। অদুবু ঐগী থবক অসিমক্তং ফংদ্রি ফাওবদি হায়দুনা ঐনা খাঙলিবনি।"

"থবক ফংবা ঙাইব্রা হায়ববু হনুশনখিনিকো। মণিপুরদা লাইরিক লাইশু ফনা হৈবা লৈরবসু থবক ফংবা হায়বসে অরুবা য়াফমনিকো।"

"চুম্মী, অদুবু পাবুংগা ইমাগনা কন্না হোংনজরিবা অসি মায় পাক্কনি

হায়বসিদি ঐগী অশানি।"

"খঙদেদা, নঙসে প্রাশাজাও ওইদুনা অদুম লৈগদৌরিব্রা?"

ঐগা রাহে অদুনা পর্গী পৃক্লুংদা খরদি নুংঙাইখিদে, অদুম্নমক নুপা অমা ওইরগা, অদুগীসু মথক্তা চাওখৎলবা শহরদগী লাক্লগা হালৎ অসুক খঙদ্রিবসিবু কবমো? লৈশাবী ওইবগী সংসারবু কাওদুনা নুংশি মিলনগী স্বর চনীং তানা হোনবা ঙমদবা মীকুপ কয়া ঐদি য়াওখ্রে, অদুবু মঙোন্দদি করিমত্তা ফাওদবগুম্না তৌখি। খঙদে, ইতারোই ফজবী, ঐগী ব্রাখলসে মতম অদুদা য়াম্না চরাংনখি।

নোংমদি ঐনা অরোইবা ফিরেপ অমা লৌরগে হায়দুনা ইতারোই নন্দিনি অমদি দিনাগী মখুরাগী মচা, মাগীনা ব্রাবগাইসিদা লৈবা মনাও সুরজিৎকা শীন্নদুনা য়ুম কারক অমগী শিঙ্গারে মখোঙদা নুমিদাং অমা উনখি।

"অমুক্তা লোইরবা নুপী ওইবগী পৃঙ্গিনি, অমুক্কী দাগ অদুনা পৃঙ্গিদা মীৎলু ঈরা কয়ারক তাবা য়াবগী ফিভমসু নুপীজা ওইবী কয়ানা তম্বা ঙমদ্রবা মীওইপোক্কী পৃঙ্গিদা থেংনদবা নত্তে। ঐদি নুপী ওইবীশিংবু সাতিত্ববু ঙাক শেলহন্নীংই, ঙাইহাক্কী ওইনা অপাম্না মিহৌবনা পৃঙ্গবু...!"

"খঙদেসে নঙগীসে ব্রাইকুপ পুবীনা দোলাই পুবীগীদমক্তা ব্রায় হায়বদুগুম্বনি।"

অদুম্না ঐনা মাধু থৌশাদদুনা খোইরাং খোইশাওননা মিকুপ্তদা মপান থোরকই। মানা কন্না খামহৌই, ঐনা তাবীখিদে:

অযুক অদুদা ঐবু থিরবে, ঐনা থৌওইদবা অদুদগী মহাক ইস্কালগীদমক গাড়ী ঙাইনব পার্কিংদা থোকখ্রে। মহাকপু নুংশিদবদি নত্তে ঐ, অদুবু মহাক্কী মীঙমদবা মতৌ অদুনা পেন্দবা কয় লৈরকপদগীনি, চৎলমদাই অদুদা ঐনা ফজববা মোনখুমদা 'লমলানবও' হায়দুনা ইখুৎনা ফজনা লোঞ্জবা অমগা অরোইবা চিঠি অমগা পাকংদা পীখি। ইতারোই ফজবী, ঐনা মাধু মতম চারবা কান্দা লাকও হায়দুনা চিঠিদা ইদুনা ইহোকপিখি:

ইকুই কুইদনা ঐ খুরাই খোইদিংজুম লৈকাইদা ওংলিবী ঐগী ইচেগী মচা পোকপগী সেবাগীদমক্তা চৎলে। ইচেগী সেবাগীদমক্তা লৈবদা ঐগী খুরাইগী ইতাশিংগা অসুম লোয়নরকপদগী লৈকাই অদুমক্কী চাউদম শাংদম্বা দিনাগুম্বা শক্তমদা চুং ফিবাল চানা ঙৌনা ফজবা শশিগা ওক্লকই। শশিনা ঐবু মিতারকপা ইতারোই কয়াদগী পাউ ফংবতা নত্তনা তত্তনা থোঙ্গালদা অমসুং করিগুম্বদা ঐখোয়গী ইচেখোয়গী শুমাং ফাওদুনা চৎপা হৌরকই। মীৎয়েং নায়েং মতৌদুদা মহাক্কী, ঐগী থম্মোয়দা করিগুম্বা ইনোৎ অমা তত্তনা ফাওরকপগুম তৌরকই।

ইনাক কৈরাক কা হেন্না খুনবমক নৎত্রবসু মণিপুরগী মপান্দগী ইঞ্জিনিয়াররিং লোইরবা থবক থিরিবা পাখণ্ড অমনি হায়বদুদি খণ্ডলে। ঐগী ঝাখলনা লাংবনে, ইতাশিংনসু ফৈ হায়জিল্লকপনে, ঐগা উনরে। ঝাঙাং শাঙাং ঈংতম্বী, হাদে শশি, প্রোগ্রাম শিল্লকই। ঐসু য়ুমথংনবদা লৈবী ইতারোই সুনিগা লোয়ননা থোক্তুনা উনবা হৌরকই। অহাও-অথুম অচাপোৎ কয়া লৈদুনা মাগী ঝা খণ্ডবা মতৌ কয়াদগী ঐবু কণ্ডাওনহল্লি। মমৈদা সিনেমা প্রোগ্রাম থারকই। ঐসু ইনখৎলকপগী ঙাওখৎলকপগা ওইবনা শুমহৎখ্রসনু মতাগুম কেদুনা, নীংথিনা মমল য়ান্নবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা কয়ারক সিনেমা য়েংমিন্নখি।

"স্বর্গগী লাইরেম্বীগুম্বী নঙবু ঐগীদমক্তা মফম অসিদা ঈশ্বরনা থাবীরকপনি। ঐগী পুন্সি অসি নঙ নত্তনা কনাগীসু ওইররোইদবনি। নঙ ঐতগী ওইবা সংসার অমদা হিংমিন্নরসি।"

অসুম্না থোৎ নৌরবা খোইথুন্নবা ঝাহে কয়ানা ঐবু শুমহৎতুনা অমরাবতিগী লৈগী লৈকোল অমদা মা ঐ কেকু লোৎপী শান্নবদু তত্তনা মীৎমাঙদা ভাবনা উরকই। নুংঙাইরবা সংসার অদুবু পান্নকখি। অসুম্না ককণ্ডাওননা চেম্থরক্লিবা নুংশি ঈচেল অদুদা ঐহাক্তা ঐগী ইন্দ্রিয়াগী অমদি লু-তোংনা শাবা হকচাং পুম্বা শশিদা কথোকচখি। হৌজিক ঐহাক লুহোংদনা মাগী লোয়নবী নুপী হায়বদুমক ওইখ্রে। ঐবু ইকুই কুইদনা লুহোংবীদুনা ময়ুমদা পুশিল্লগনি হায়না মানা হায়বীখিবা অদুদা থাজবদগী ঐগী নুংঙাইরবা মঙলান অমনা মাতবু খৌরাংলক্লি, উনীংলক্লি। ঐ তশেংনা নুংশিবদা ঙাওরে। মতম অসিদা য়ুমদগী ইমানা লাক্তুনা ইচেনা থবক শূবা গুল্লবনিনা ঐবু লৌবা লাক্লবনি হায়দুনা লাকখি। ইচেনসু ইতৈনসু ঐখোয় অমুক ঝাজবা হায়দুনি হায়দুনা থিন্দোরক্তুনা ঐ ইমাগা লোয়ননা ইপেন হেক পেঞ্জদ্রবা থম্মোয়দুবু পুদুনা ঐখোয়গী খুঙ্গংগী বজার য়ৌরক্লে। ইতারোই কয়াদা মনুংগী ওইবা অরোন-অথুপ কয়া লীথোক্তুবসু ইম্ফালগী ইঞ্জিনিয়ার ওইগদৌরিবা শকহেনবা পাখণ্ড অমগা নুংশিনরে হায়দুনা লেন্নজে। মরক অসিদা দিনানা মরক্তা লাক্তুনা ঐবু থিরম্মী, অদুগা ঐবু কয়াদা নুংশিজবা হায়দুনা ইতা অমনা তম্লম্বগী ঝারীসু তাখি। অদুবু ঐনা দিনাগুম্বা নুপা মান্দবা মী অদুগী ঝারীদু তম্লক্লনু, হৌজিক্তি ঐগীসু নুংশিনজবা, থঝায়না তাজবা মঙোন্দগী হেনবা লৈজরে। হৌজিক্কী মতমদদি নুপীজা ওইবীশিংনা অঝাংবা থাক্কী পাখণ্ড খন্দুনা লৈবতনা পুন্সিদা মায় পাক্কদবনি হায়না কল্লক পেন্না হায়জখি।

নোংমা খণ্ডহৌদনা ঐগী মপূ ওইরিবা শশি ঐখোয়গী বজার মচা অদুদা

মারুটি কার অমদা মাগী মমান্নবা অমগা লাকখি। পাউ ফংবদগী ঐসু ইতারোই নন্দিনিগা থোরকখি। হোটেলদা অচা-অথক কয়া চামিন্নদুনা শশিগা ৱারী শানৈ। মানা মহাক থবক অমগী বেঙ্গলোরদা নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা চৎলগনি। থবক্কীদমক কৌরকপনি। অফ-ফত্তা য়েংলুরবা মতুংদা থবক অদু তৌবা য়াবগী ফিভমসু লৈবনা ঐবু ইম্ফালদা মচেগীদা লাক্কুনা অমুক্তা উননীংই হায়জরকখি। ঐনসু হংচিৎ নোংমাইজিং নুমিত্তা শোয়দনা লাক্লগে হায়দুনা নুংশিনা বিদায় পীবদগী মখোয় মারুটি কার অদু থৌরদুনা চৎখ্রে। ইতারোই ফজবী, মানা ইশুংলাংগীদমক্তা লাপ্লবা লমদম অসিদা মারুটি তোংদুনা লাকপদুদা ঐনা চাউথোকচখি।

নোংমাইজিং নুমিৎ অদুদা ইমা পাবুংদা হায়রম্লগা ঐ ইচেগী য়ুমদা চৎলি। অয়ূক অদুদা শশিগা উনরদুনা সিনেমা য়েংদুনা ঐখোয় অৱা-নুংঙাই ৱারী কয়া শানজৈ। ইচেগী য়ুমদা হল্লকপদা নুমিৎ অদুগী থাবলগী অহীংদা উননবা মানা শীল্লকখি। ঐসু তঙাইফদবা মওংনা য়াখি। অহীং অদুদা মঙোন্দা ঐগী নুংশি ৱাফম কয়া থম্মোয় শেংনা ফোঙদোকচখি অমসুং ঐগী লৈজবা পূম্বা কখোক্তুনা মাগী নুংশি আশা নৌহৈননা থুংহনখি। নুমিৎ নীনি ইম্ফালদা লৈরুরগা ঐ য়ুমদা লাকখি। মাগী মীরমদা চৎপা অদুদা মঙ্গল ওইননবা ঈশ্বরবু খুরুমজখি।

ঐনা ইম্ফালদা চৎখিবা নোংমাইজিং নুমিৎ অদুদা দিনা ঐখোয়গী বজার মচা অদুদা লাক্লম্মী। মহাক থবক ফংলে হায়। মহাক হৌজিক কোলেজ অমগী লেকচরর ওইরবনিনা নোংমা ঐনা মঙোন্দা চিঠিদা মতম চারবা মতমদা লাকও হায়বদুগী লাক্লিবনি হায়দনা ইতারোই নন্দিনিদা হায়রম্মী। মহাক থা অমরোমদি পাগদবা নৈনগদবা কয়া লেবনা লাক্লরোই, তলব অহানবা ফংবগা ঐগী নুংশি খূদোল অমা তম্লরগনি হায়বসু হায়রমখি। পাউ অদুনা নন্দিনিগী মমাঙ অদুদদি থওইরুদে অদবু ফমুংদা হিপথরকপদা নীংঙমদবা অমা লাকখি। অদুম্মক ইঞ্জিনিয়ার অমনা লেকচরর অমদগী ইজ্জৎ লৈবা হোল্ল খন্দুনা নীংঙমদবদু খাঙজখি।

মতমনা কনাবুসু ঙাইবীদবনা থা অমরোম হেল্লকপদা দিনানা ৱাবগাই বজারদা মখুৎতা ফজনা পেকেট তৌরবা ময়োম অমা পুরদুনা ঐবু থিরকখি। ঐনা ঐদি ইম্ফালদা লৈপ্রি হায়না নন্দিনিদা পাউ পীহনবদগী মহাক নীংবা কায়না নন্দিনিদা পেকেট অদু ঐঙোন্দা খরা শিন্নবীয়ু, মহাক নোংমা অফবা নুমিৎ য়েংলগা লাকপনা ফবা তারে হায়রম্লগা চৎখি। নন্দিনি অমদি ইতারোই কয়াগা লোয়ননা ঐনা ময়োম অদু হাংদোক্লবদা ফজখ্রবা সনাগী অনৌবা মোদেলগী লীক

অমা য়াওরমখি। পূম্নমক্তা মমল অসুক য়াম্নবা পোৎ অমবু চান্দনিগীদমক্তা খূদোল তম্বা ঙম্লিবসিনদি দিনানা চান্দনিবু তশেংনা নুংশিবজাৎনি হায়দুনা নোকমিন্নখি।

থা অনীরোম হৌজিনখ্রে, অদুবু হৌজিক ফাওবা ঐগী মপূ ওইরিবা শশিগী মব্রা মপাউ অমত্তা তারক্কুবা অদুদদি ঐহাক মিপাইবগুম তৌরকই। ঙসিদি ইমানা ইচেগীদা পাউ অমত্তা হায়রুচো হায়দুনা হায়রকখিবা অদুদা ঐনা তান চারে হায়দুনা কেবা য়াবা কেরগা ইম্ফাল তম্লকই। চাক চারগা অহীং অমা লেক্লবসু হায়না নুংথিলদা লাকপনা পূং ৪.৩০ মুক তাবদা খুরাইদা থুংলরে। খঙহৌদনা কার পরেং পরেং অমা লৈবা অমদি শশিখোয়গী থোঙ্গাল্লোমদগী ধন থীন্দুনা লুহোংবগী বরগা লোয়ননা মীয়াম অমা থোরকপদু ঐগী ইমিৎ অসিনা উখি। চিংনবা অমা য়াওনা মুন্না য়েংলুবদা কোযেৎ য়েত্তুনা বর ওইনা মাকুটি জেন অমদা কাখৎখ্রিবদু শশিনি খঙলে। ঙাইহাক জ্ঞান ঙাওনা লম্বীদুগী চিদাইদা লেপ্তুনা পিরাং পিরোইনরিঙে অদুদা অতৌবা লুহোংবগী যন্ত্রশিংগা লোয়ননা নিল্লদুনা কার ময়াম পরেং ওইনা চৎখ্রিবদু ঐনা নীংবা কায়বগী পিরাংলক্তা উহৌখি। ঈফুৎকী মতৌগুম্লবা পিরাংশিং তৈথোক-তৈথোক্লা ইচেগী যূমদা চঙলকই। ইতৈদু শশিগী লুহোংবা চৎখি হায়, ইচেনা হবাও হরাও তৌরদুনা চা থক্কুনা, শশিদু বেঙ্গলোরদা থবক তৌবদগী বেঙ্গলোবদা থবক তৌমিন্নবী কোংপালগী শক-চু ফজবী অমগা থোরক্লগা চেনশিল্লকপদগী য়ান্নদুনা থুনা লুহোংলগা হুম্লিদং লৈরম্লগা চঙখ্রগদবনি হায়না ইচেনা তমখি। ইচেদদি মকা ইফোং ফোঙদনা তম্না চত্তুনা ইতারোই সূনিবু হৌরুবগা রারী কয়া নীংঙমদনা শানরবা মতুংদা ইচেগীদা অহীং অদমা কপ্পদতা তূমখিদে। নোংঙানবা ঙাইঙমদনা ঐনা ইম্ফালদগী যূমগীদমক রাবগাই বজার তম্লকই। নেশনল হায়রে ৩৯ গী নাক য়েৎকী লৌবুক লমহাঙ অমদি চীং-মান, উ-রা পূম্নমক অদুনা ঐবু তত্তনা লক্লবগুম্লকই। ইমীৎ অসিনা য়েংবা ঙমদ্রদুনা উইশিন্দুনা সীটকী ঙাথফম অদুদা ঙাথরগা ঐনা ঐগী মীৎলুদগী পিরাং ফাখৈজে; তশেংনমক ইতা ফজবী, ঐ অসে লুহোংদনা মৌ ওইররবী, তৌঙম্বী, মাঙ-তুংগী রাখল যাওদ্রবী অমা ওইরবীনি। লৌনম্বা শশিনা ফনা হৌদুনসু ঐ ইশানা য়ানা কথোক্লমদ্রবদি শশিনা ঐঙোন্দা করিবু তৌবা ঙমগদৌরিবনো? অদবু ঙাইহাক্কী অপাম নুংশিনা ঙাওখিদুনা তুংগী ফিভম উরুদবদগী ঐ ঙসিদি লৈখা তারবী মৈতৈ চনু অমা ওইবে। ঐবু পাজবা গশ্যোয শেংনা নুংশিজবা দিনানা ঐবু শোয়দনা থিরকখিগনি। মহাক্লা মতম অমদা ঐনু

নুপী ওইবগী সতিত্ব ঙাকহনবা পামজবনা হায়খিখিবা অদু ঐগী ঙসিগী ফিরেপ ওইরগে নীংলে। খুনাং চারবা ঐগী হকচাংবু চন্নবা মঙোন্দা নৎত্রগা কনাদসু থম্মোয় পীদুনা ঐ অমুক হন্না য়ূম পাল্লরোই। ফজবী ঐ.. ঐ.. ঐদি য়ূম পাল্লরোই।

# নুংশিনবগী লংলা

মপা অহল সিমিওলনা মবুক শাওগত্তুনা খাঙবা ঙমদনা ফমুংদা ফর ফর হায়রদুনা অহীংদুদা অয়ো নাহেদুনা খাঙলক্লিবা অদুদা কোরাদিনস্ মপাগী সেবা তৌজদুনা অহীং অদু মৈচাক পুদুনা তুমদনা লৈখি। খুনগী মাইবা কৌরুদুনা নোঙাল্লমদাই অদুদা য়েংখি, অদুবু ফবদি ঙমদ্রে। কোরাদিন তৌফম খঙদনা ককঙাওনরকই। কোনখাং হায়রিবা খুল অসিদি তেংনৌপলদগী কিমি: ৮/৯ লাপই। চীংদা তাবা খুঙ্গং অমা ওইবনা তেংনৌপলদা অনাবা পুদুনা চৎকদবদুসু গাড়িদি মোরেরেমদগী লাকপা গাড়ি ঙাইবা নত্তনা উপাই লৈতে। কোরাদিনদু তেংনৌপল পিগ্রৈচসিদা চৎননবা শেম শারক্লে, অনাবা অদুগী নাহেবগী খাঙবা ঙমদবা মতৌ অদুদা খাঙমদ্রবা কোরানা মগুক থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা বস য়েংজরি। মোরেবোমদগী টাটা সুমোদি লাকপা হৌরে অদুবু মী ফুল ওইনা লাকপনা তোংগে যাদ্রে। কোবাদিনস্ খোইশাওননা খাঙমদনা খাঙলকপদগী উচিন নাচিন্না বস যৌনরক্লে। হরাওরবা কোবানা মপাবু মরুপ নিংথিংগা লোয়নননা বসতা পুদুনা তেংনৌপল তল্লক্লে। যৌবগা পন্থবা তৌদনা অনীদুনা মপা অনাবা অদু হোস্পিতালদা পুশিল্লক্লে। ডাক্টর অমগা নর্স অনীগা ফল্লিবদুদা অনাবা অদু পুশিল্লক্লে। ডাক্টর অদুমক্তি কোরানা ইম্ফালগী জোনষ্টোন স্কুলদা তমিন্নরম্বা মাগী মরুপ রাজেস ওইরম্লে। রাজেসনা হরাও-হরাও তৌরদুনা য়াম্না চেকশিন্না কোবাগী মপাগী অনাবা অদু য়েংলক্লে। মতুংদা মবুক শাওগৎপা অদুগীদমক মশামক্লা হিদাক পুথোক্লুনা নর্স অমদা কাপহল্লে। মিনিট ২০গী মতুংদা মপা অদু অনাবা ফরক্লে। কোরাদিনগা রাজেসকা অৱা-নুংঙাইগী ৱারী কয়া মরুপ ওইবগী অমসুং মতম কুইনা উন্নরুদ্রবগী শানজে। ঙসাই মখৈ অনাবগী চৈনানা খাঙমদনা লৈরম্না

অহল অদুনা ডাক্টর অদুবু মচাগী মরুপনি খঙলবদা মপা সিমিওলদুনা হরাওনা "ঐগী ইচাগী মরুপ ওইরবদি ঐগীসু ইচানিদনা, ঙসিদগীদি নঙনা ডাক্টর ওইরবসু ইচা হায়না কেঁগেকো" হায়দুনা নোক্লা ঋরী তৌরক্লে। ডাক্টর রাজেসনসু হরাও-হরাও "হোয় হোয় ইপানা অদুম্মা কৌবিবদু ঐসু য়াম্মা নুংঙাইজেয়ে, মতুংদসু অদুম কৌবিয়ো" হায়দুনা মোমোন্ননা হায়জখি। মমৈদা হিদাক লাংথক লৈগদবসু লৈদনবা মশানা হৌগত্তুনা হিদাক থিরগা অহল অদুদা পীবিখ্রে। অহল অদুনা মথম্মোইদু পেল্লদুনা 'ঐদি শিরগদরা হায়না খল্লুরে অদুবু ইচানা কল্লেদনা, ঐ ইচা লৈরবদি কুইনা হিংগদবা মাল্লক্লে' হায়না নুংঙাইনা হায়রকখি। ডাক্টরনসু "নচা হিংলিবমখৈ ইপাবু শোয়দ-ঙামদনবা য়েংবীগনি, করিমত্তা ব্রারুরনু, ঐ ইরাই নুমিত্তা মরুপকী য়ুমসু খঙবা ওইনা ইপাবু য়েংশিন্নবা লাক্লেকো" হায়দুনা বিদাই পিরক্লে।

ঙসিদি ইরাই নুমিৎনি। অয়ুক্কী পুং ৮ তাবদা রাজেসনা নর্স অনীগা ডাক্টরগী গাড়ি অমদা ড্রাইভরনা থৌদুনা কোনখাংগী খূনয়াদা থুংলরে। খুনগী কাখৎফম লম্বী অদুদা কোরাদিন নিংথিংনা অমদি খুলগী মরুপ-মপাং খরনা ডাক্টরবু ঙাইদুনা লৈরম্লে। ডাক্টরবু হরাওনা ওক্লদুনা কোরাদিনগী ময়ুম তম্না খোঙনা কাখৎমিন্নবক্লে। অঙকপনি খুলগী অঙাং-অহল, নুপী-নুপা কয়ানা কোরাদিনগী শুমাংদা ডাক্টরবু লাকপা ঙাইরম্বগা লোয়ননা হরাও তয়াম্না নোক খেদুনা ওকখ্রে। রাজেসনা পুন্নমক্কী ব্রেল কম অদুবু হরাওনা ওক্লদুনা অহল সিমিওলনা মাঙ্গোলগী ফক্তা ফমদুনা লৈরিবা জগা অদুদা চম্না ফমথররে। সিমিওলনা "ইচা নুংশিবা লাক্লেদনা, ফিদা ফিদা"হায়রকপদুদা নিংথিংনা লাক্লিবা অতৈদুগী চৌক্রি পুথোক্লনা ফমহল্লে। ডাক্টবনা অহল অদুদা "ইপাগীদমক্তা ঐ লাক্লবনি" হায়দুনা নর্সতুবু কৌশিল্লগা নর্সতুগী মতেংগা লোয়ননা সিমিওলবু ফক অদুদা হিপহল্লগা অনাবা য়েংবা হৌরকখ্রে। মতুংদা 'ইপা য়াম্না ফগৎলেদনা' হায়দুনা মাগী বেগ অমদগী হিদাক লাংথক বিটমিন্নচিংবা কয়া পুথোক্লনা থক্কদবা চাগদবা মতম্নচিংবা কোরাদিন অমদি অহলদুদা তাকপিরগা পীরে। মতম অদুদা পেল্লবা অহল সিমিওলনা মাগী খুঞ্জাগী অনাবা খরসু ইচা ডাক্টরনা লাক্লিদৈদা য়েংবিরম্মু হায়না হায়জরক্লে। রাজেসনা--"ইপানা হায়বদু করিগী য়াদনি" হায়দুনা হায়রক্লবা মতম অদুদা তিল্লন্নীবা খুঞ্জাগী নুপী অঙাং য়াওনা মী ৪০/৫০ অদু হরাওনা নোকখ্রে। মতুংদা অমমমতং ওইনা অনাবা ২০ লোম য়েংলক্লে। অদুগা অয়াওবা হিদাক খরসু লেম্না পিজরে অদুগা খরামদি ফার্মসিদগী লৈবিরো হায়জরে। মতুংদা চা

অমমম হরাও হরাও ইকোই কোইদুনা থকমিন্নরবা মতুংদা রাজেস মাগী কাংবুগা লোয়ননা তেংনৌপলগীদমক খোংশানখ্রে।

খুল অদুগী মীওই কয়ানা মখোয়গী ৱারবা অনাবা কয়া কোরাদিনগী মরুপ ডাক্টর অদুনা য়েংলম্বদগী ফগৎলকপা অদুদা কোরাবু থাগৎখ্রে। ঙসি ঙসিসু খুঙ্গং অদুগী মীওই কয়ানা তেংনৌপল হোস্পিতালদা চত্তুনা লায়েংলুবদা ডাক্টর অদুনা ঐগী মরুপকী, ঐগী ইপাগী খুনগী মীনীনা হায়দুনা তরাম-তরাম্না তৌদুনা নিংথিনা সেবা লংবা তৌরকপা অদুনা খুঞ্জা অদুগী মীপুম খুদিংমক্কা ডাক্টর অদু য়াম্না নুংশিজখ্রে। নোংমদি খুল্লাকপগী মশুনুপা অমা ফংবগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপদা খুঞ্জাশিংনা ডাক্টর অদুবু য়াওহন্নীংবগী অপাম্বনা কন্না হায়জরবদা কোরাদিন্না ডাক্টরবু খুঞ্জাশিংনা চামিন থকমিন্নদুনা খুল্লাকপগী মশুনুপা পোকপগী নুংঙাইরবা থৌরম অদ য়াওবীয়ু হায়জররে। ডাক্টর রাজেস্নসু হরাও-হরাও য়াবীদুনা নুমিৎ অদুদসু মখোয়গী গাড়ি অদুদা ডাক্টরগী ষ্টাপ ৫/৬ লাক্তুনা য়াওররে। ডাক্টর অদুগী মিৎমাংদা খুনগী পাখং নৈশা কয়ানা জগোই ঈশৈ উৎপগা লোয়ননা হাওরবা চরা অমা চামিন্নরে। অসুম্না ডাক্টর রাজেসকী পোপুলারিটি অদু থংনবা খুঞ্জা কয়াদসু তান্নরক্লে।

থা অমা খরা হেন্না হৌখ্রবদা, নোংমা নিংথিংনা মাগী মমাগী অনাবা য়েংবা তেংনৌপল হোস্পিতালদা চৎলুবদা ডাক্টর রাজেস ইম্ফালদা ট্রান্সফর তৌখ্রে তারে। অতোপ্পা ডাক্টর চীংমী অমা তেংনৌপল পিঐচসিদা ফন্নরে। নিংথিংনা ডাক্টর অদুদা মমাগী অনাবী ৱারী অদু লিজ্জদুনা অনাবা য়েংহল্লে। মতুংদা ফার্মসিদগী হিদাক্লচিংবা লৈজরগা ময়ুমদা হল্লক্লে। মহাক্কা কোরাদিন অমদি খুঞ্জাগী মরুপ মপাং কয়াদা ডাক্টর রাজেস ইম্ফালদা ট্রান্সফর তৌখিবদু তম্লুবদা পুম্নমক্কা নুংঙাইনখিদে।

মতমনা কনাবুসু ঙাইবিদনা চহী অমা অনীগী মতুংদা কোরাদিনগী মপা অহল সিমিওলদু অনাবা লোয়দুনা ফমুংদা য়াতাদুনা লৈরক্লে। মতম কয়াদা সিমিওলনা মচা ডাক্টর রাজেসপু কাওজদে, মহাকপু ঙসিসু নৌহৌননা শোঞ্জরক্লে। ফমুংদা অয়ো নাহেদুনা য়াতারবা অহল অদুনা মচাদা ডাক্টর রাজেসনা তেংনৌপলদা লৈরম্লবদি মহাক্কী অনাবা অদু শোয়দনা ফগনি হায়জবকখি। অদুবু মহাক্কা লাপ্লবা ইম্ফালদা লৈখ্রবনা মহাক ফরক্লনগী মতৌ লৈতবগুম্না মচাদা পেগঙ্গদোক্লক্লে। কোরাদিন্না মহাক নৎত্রবসু তেংনৌপলদা ডাক্টর লৈরি অদুনা মদুদা পুদুনা মপাবু ফননবা য়েংগনি হায়দুনা মপাগী পূক্কিং ফাথজে। তেংনৌপলগী হোস্পিতালদা

মপাবু পুদুনা লায়েংলে, অদুম্নমক মপাগী অনাবা অদুদি ফরকপগী মহুৎতা হেঞ্জিনলক্লে। খুঞ্জা কয়ানা কোরাদিনদা মপানসু অসুক পামজবা থাজজবা মাগীসু মরুপ ওইরিবা ডাক্টর রাজেসপু ইম্ফালদগী কৌরুদুনা অনাবা অদু য়েংহন্নবা হায়জিল্লকই। খর. অমন। অহল ওইবগী মশিগদবা লৈজরবসু মাগী মনিং থুংহল্লগা শিহনবনা অফবা ওইগনি য়ারবদি কৌদুনা য়েংবিয়ু হায়নরক্লি। কোরানদি লমদম অসিগা লাপ্পগা ইম্ফালদা পুবা ঙম্বগী শক্তিসু লৈতবনা কন্নারোইদ্রা হায়না নীংজিং মাংজিংনৈ। খরা অমনদি, মরুপ ওইসনু ইম্ফাল অসুক লাপখ্রবা অসিদগী মৈতৈ ডাক্টরবু মফম অসিদা কৌবদা লাকপিগদবা নত্তে, অদুগী মথক্তা লমদম তাম্না লৈরিবা চীংমী ঐখোয়বু পাক্লা নুংশিবিগদবা নত্তে, কৌরুদুনা করিসু লাকপিরোই কন্নারোই হায়নসু ইথৌ থওই উশিত্তনা করেম্ননা হায়বসু য়াওরকই। কোরাদু তৌফম খঙদে, মমৈদা নারিবা শোল্লবা মপাগী মচিনমক্লা "ইচা ডাক্টর, ইচা ডাক্টর" হায়না শোন্দুনা অনাবা খাঙলকপদু উরুবদগী খাঙমদনা চৎতদি চৎলগে হায়দুনা ফুক হৌগৎতুনা মোরেগী বস ঙাইখ্রে। মবুক্লিংদা মরাং মরাং তৌনা ইম্ফাল য়ৌবক্লে। ময়ুম থিদুনা চংলুবদা তান চাবদগী ডাক্টরগী য়ুমদা ডাক্টরগা থেংনরে। ডাক্টর রাজেসনা য়াম্না হরাও তয়াম্না কৌশিল্লি, মাগী নুপীদা চা লোলহন্দুনা থকমিন্নৈ।. কোরানা ব্বারী পুম্নমক অদু লিজরবদা রাজেসতু খঞ্জননা লৈখি। ডাক্টরগী নুপী অদুনা অদুক লাপ্পা চাংগী লমদম অদুদা ইরাং মতা অসিদা করম্না চৎকদৌরিবনো হায়দুনা চৎতনবা হায়জখি। রাজেসনা নুংশিনবদা অরাপ্পা অনকপা লৈবা হৌনদে, তৌবতবু নুংথিলদা ডাক্টরদা মিটিং য়াওগদবা অমা লৈবসিগী ব্বানি হায়দুনা মাগী নুপীদা ঙাঙই। মাগী নুপীনা ইম্ফালদা পুখৎপিরক্লগা য়েংবিবনা ফগনি, থবকসু লৈবা অদুগা লমদম অদুগসু কা হেন্না লাপ্পদা নত্তনা খুদোং চাদবা কয়াসু থেংনগনি চৎপিখ্রনু হায়দুনা কন্না হায়জিল্লকই। কোরাদিনদু নিংবা শাথিনা কায়বগা লোয়ননা 'মরুপ ঐ হনখ্রগে' হায়দুনা থোকখি। রাজেসনা ঙাইখোনে হায়দুনা খামখি, অদুবু কোরাদিন মপুক্লিং হায়রপ নুংঙাইতনা ডাক্টরনা কৌবদু তাদনা চৎখি।

কোরাদিন লুলুক্লনা মাগী খুন্দা থুংলখি। কনানা করেম্নবগুম্না মঙোন্দা ব্বাহং-পাউহং কয়া তৌখি। চীংমী তম্মী হায়বসিদি মচিন-মনাও ওইজরবসু তাম্ন রবনিনা মচিন-মনাওনি কাওনবা ঙাক্লি, তিন্নবা হায়বদুসু লম্বী মরুপকী ব্বানি অসুম্না অসিনচিংবা কয়ানা ঙ্রুং ঙ্রুং ঙাঙনবা নত্তনা নোকশিল্লকখিবা কয়া অদুনা মাগী অরোইবা মতম য়ৌরবা ফাওবা মপুক্লিংদা নিংহন্নবা অমদি মীয়ামগী ব্বাহৈদা

থম্মোই শোক্লা ফমুংদা লোংনা চিন্তা তৌদুনা লৈখি। মপা করিনো অমা তৌখ্রে লাংনরকপদগী হুপচিন্নরকপগা লোয়ননা কোরাসু চেনশিল্লক্লে। মমা মচল অমদি মনেনচিংবা কয়াদু সুৎ সু কপ্লরি। কোরাদিনসু নিঙমদনা মাইবনা শেন্নরিবা মপাবু য়েংদুনা লেপ্লি। তাঞ্জা অদুদা নিংথিংনা চেনশিল্লক্কুনা ডাক্টর রাজেসকী গাড়ি থুংলখ্রে, মহাক কন্না চেনখৎলকপদু ঐনা উখ্রে হায়না তম্মী। কোরাসু স্বাই লাওই, ময়াম্নসু অওইব্রনে হায়দুনা ঙক্লা শোন্নে। মীয়াম অদু ঙ্গুং ঙ্গুং ঙংনরকই। মতম অদুদা স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না ডাক্টর রাজেসতু বেগ অমগা 'ইপা ইপা' হায়দুনা কৌরদুনা চেনশিল্লক্কুনা মপানা হিপ্লিবা ফমুং অদুদা সৎ ফমথখি। খুৎলাই থাদুনা সিমিওলগী হকচাং য়েংখি। মথন্তা মচিন্দা শোনখি "খরা ঙন্না থুংলম্লবদি ও!" হায়রম্লগা মমাই খুমজিন্দুনা সুৎ সুৎ কপ্লকখি।

# মথন্তা শিজবনা ফরমগদবা

নুমিদাংবাই পুং ৪.৩০ রোম তারকপদা ওফিসিএল অয়ামবা কুম্মখ্রে। থকপা চাবা পাম্বা ওফিসিয়েল খরদি ওফিসকী খরা চাউতক তৌবা কেসিয়রগী কা অদুদা চৌক্রি অমমমদা ফমদুনা ব্রারী রাতাই তৌরি। ইউদিসি কান্তনা মানা খরা পামজবগা মখোয় ৫ অদুদগী পেশা খোম্বা হৌরকই। মাসু পৈশাদি ইপাই পায়দনা লুপা নিফু পুথোবকই। কেসিয়ারনা য়াঙ্খে হাপ্লে হায়বদা অতে অহুম অদুসু কুপ্তু, নিফু, পুথোক্লদনা খরা পামজবা পিওন বিমোলদা য়ুং লোয়ননা অচা-অথক লৌরুনবা শিন্নখি। থবক ফবদা, থবক য়াংবদা হায়নরিবা বিমোলবু ময়ামদুনা ওাইনারি। কুইদে বিমোলদু সং লাকই। ধন্নানা গ্লাসতু সং সং চান্নগা জর জর গ্লাস তরুক্লদা য়ুদ হৈখি। মখৃৎশং অদুনা গ্লাসশিং অদু তপ্না তপ্না পায়খৎনরগা মখৌনাওদা গর গর য়ু থক্লপদুদা খর। ওাওগনবা বিমলাদু মরোল মরি ফাইবা হৌরকই। শশিনা 'নঙঃ হীনবী তৌরক্লব্রা' হায়না হৌদোরকপদা ময়ামদুনা বিরলাদা শান্নশাল্ল! মতুংদা চাবা থকপা লোয়রদনা মাগী মাগী বেস্পাদা থৌনখ্রে। কান্তগা বিমোলগদু সাইকল তোংদুনা খুরাই মাইগে তমকই। ফজনা থক্লপ্রবা য়ুনি অদুবু পেনাদ্রবা মতৌ হংযদুনি, পন্দোল য়ৌরকপদা কান্তনা মচা অমমতং থরুগা ইচিল ইনাও কায়নাস হায়দুনা ভেন্দর অমদা চংলকই। কান্তনা পৈশা পুথোক্লনা কান্তগা বিমোলগা গ্লাস অমমম গর গর চাংখি। হৌজিক্তি অনীদু সাইকলনা লাইরিকয়েংবম লৈকাই য়ৌরকপদা কান্তনা 'ইনাও ইবো য়ৌখ্রোকো' হায়দুনা ময়ুম য়ৌনবা থৌজিল্লকই। মাগী নুপী শখিনা চাক থোংলম্বদগী থোরক্লনা 'নোংমতসু ওন্না হল্লকউবা নুপা নঙবো, নঙবু নোংমতা য়ু অসি থকহৌদ্রবদি য়াদ্রবগুম্না তৌরিবসিদি হেন্দি হেনমল্লবনিকো' অসুম্না কান্তবু ময়ুমদা হল্লকপদা

ওকলকপা অদুদা কান্তসু খণ্ডশাও শাওনা নিশাগী ময়াইগা সাইকলদু মাঙ্গোলদা ইনশিল্লগা 'করিনো নুপী নঙনা নথৌ তৌগে হায়দনা য়ৌরকপগা ঙংখৎলক্লিবদুবো, নঙ চৈ চানিকো' হায়না হায়রকখি। ইমুংদা লাইরিক পারিবা মচানুপা শিতলনা শাওরংননা ফৎ থোরক্লগা 'ইমানা হায়রিবদুবু চুমদত্রা পাবুং, নচা পাখঙ লৈশাবী ফারে খঙলবদি নচাশিংগী ইজ্জৎসু য়েংবদি ফরবনি, পাবুংগী হেনমল্লবা মতৌ অদুদা ইমানা পেন্দদুনা ঙাঙজবনি ইমাদগা ফু চৈবা ফত্তেকো পাবুং' হায়দুনা কান্তগী মমাং অদুদা হেক্তা লেপই। মচানুপী শুশিলাসু থোরক্তুনা 'চংলো চংলো পাবুং' হায়দুনা ঈংথরকই। শাওনিংলম্বনি অদুবু মচানুপীগী ব্রাহৈদুদা চংবনা ফরগদবা মাল্লে হায়দুনা মাগী কাদা চংদুনা ফিরোল হোংদোক্লে। ফমুংদা লোংনা হিপথৈ। শখিনা চাক্তু পরপ পরপ থিরদুনা মপাবু কৌরুনবা হায়দুনা মচানুপীদা হায়রকই। মচানুপী শুশিলানা মপাবু চাক চারনবা নুংশিনা কৌরকখি। কান্তদু তপ্পা হৌগৎতুনা চাকশংদা চংলকই। ব্রারীদি অচম্বা ঙাক্লি, অদুবু তলব ফংলগা অদু অদা লৈগদবা পিগদবা হায়বা দিমান্দদি কান্তাদা অহুম অদুগীনি। চাক্তু ফনা য়াম্না চাশিনখি। কান্তাদু মহাক খণ্ডই, য়ু থকপা ইকুই কুইদিঙৈদা চাক্তু ফৎ ফৎ চাশিনল্লবদি চাক চংই, অদুগা য়ু খরা কুইনা থক্লুরগা য়ুনা ঙমখ্রবা মতুংদদি চাবা থকপা চংদবগুম্না তৌই। মরম অদুনা মাগী নুপীনা চাক ঙন্না ঙন্না থোংদুনা মচা মশু ঙাইদনা পিজনবা থৌরাং তৌরিবা, পূম্নমক অসিবুদি থাগৎনিংঙাইনি হায়না মাগী ব্রাখলনা লৌখি। মখুৎ মশা হামদোক্লগা হোয়, হোয় হায়দুনা ফমুংদা হিপথরকপদগী অদুমক তুমথখি।

অসুম্না অয়ুক পূং তরাদা নুংতিগী চাকঙন চাদুনা ওফিস চৎপ্রগা নুমিদাং অথেংবদা য়ু থক্লগা লাকপসি চহী কয়াদগী কান্তগী লিচৎ অমা ওইদুনা লাক্লি। মচানুপা অদুগা নুপী মচা অদুগনা পিক্লিঙৈ মতমদদি ব্রা ব্রা লাওবও খোংবও তৌরম্বনি, অদুবু অনীদুনা পাখং লৈশাবী ফারকপা অমসুং রাজনিতি ধর্ম্মনিতি খঙলকপনা মাগী চিন্থক্তা অরংননা খুম্বা কয়া য়াওরকপদুনা শাওনিংবা কয়া লৈরবসু খরমখৈদি খাঙলবা মতৌনি। করিগুম্বা নুমিত্তা নিশা খরা হেঞ্জনবা নুমিৎ য়াওবদা মপা মচা লাওনবা য়াওদবা নত্তে, অদুবু ইং তক্সী জ্ঞান লৈবী মচানুপী শুশিলানা মপাবু ফাথদুনা থেমজন্দুনা ঈংথহনবা কয়ামনি। অসুম্না মপা মচা মরক মরক্তা উংখৎনবা য়াওরকপনা মিকুপ কয়ামাদা মপা মচা ঐবু পোকপিবনি, ঐনা পোকচবনি খঙনদবা ব্রাখল য়াওনদবা নত্তে। তলবসু ফনা চাওরিবনি অদুবু মমানা অঙাং অনীদুগী তুংগী ফিভমগীদমক মরূপ-মপাং অমদি বেঙ্ক একাউন্তা

হাপচনবা অমদি নোংমা নোংমগী চাবা থকপগী, লৈকাইগী কর্ম্ম, বার্ত্তনগী পোয়েংগী হোৎনবদা অঙাং অনীগী মহৈ-মশিং তম্বগী মতাংদা অৱাৎপা কয়া লৈতবদি নত্তে। অঙাংশিংনা হৌজিক্কী মতমদদি সবজেক্ট কয়াদা কোচিং তৌনবা মতৌনা মখোয়সু কোচিং মখল কয়া তৌনিংই। গাড়ি মচা ফাওবা কন্না দরকার লৈরক্লি, অদুবু মচাশিং অদুনা নিংবা থুংদবা কয়া লৈজরবসু অকনবা প্রেসরদি কাহেন্না পিবমক্তি তৌদ্রি। অনীংবা অপাম্বদি অদুমক ফোংদোক্লে।

ঙসিদি তলব ফংগদবা নুমিৎনি, শখিনা তলব হেক ফংবগা পৈশাদু য়ূমদা হান্না পুরক্লগা য়ু থক্লিংলবসু অঙাংবা হাপ অমা হেক লৈরক্লগা চাখুমাংদা ফমদুনা মানা ঙা লৈরুরগা ঙৌরগা নোক খেদুনা ৱারী শাদুনা থকপীয়ু হায়দুনা হায়জরক্লে। কান্তদু মাগী নুপীগী থেমজা নৌজা ৱাহৈ অদুদা ৱাখল অমদি তৌখি, অদুন্নমক করি থোক্লগবা হায়বদুদি মাগী চেকশনবদা লৈরে হায়বসিমদি মহাক খঙখি। কান্তা মহৌশাগুম চাকঙন চাদুনা মাগী পাখঙ পুংকক ফারকপদা লৈখিদ্রবা মপাবুংনা লৈবিরম্বা লিরবা সাইকল অদু তোংদুনা চৎখ্রে। মমা ইবেম্মনা ঙসিদি নপাসে ঐনা হায়জবদগী জ্ঞান তানা লাক্কদবদি মাল্লি। হোরেল নপানা তলব ফংলকপগা হাথু হাথু পৈশা দিমান্দ তৌগনুকো, তপ্না জ্ঞান তানা ঙাঙনরগা অদুমক পিজগদবা নপানি, কা হেন্না ফত্তবা নপাদি নত্তে। নখোয়বু পো পমদুনা করিদ শোয়াখিগদগে হায়দুনা নখোয়বু শেম্বীরক্লিবা নপানি। নখোয় অমতং মীনা ফু চৈবা য়াওরকপদা ষনবীনা ষন্নাওগী হাকন্নবদা শাথিরিবা মতৌ অদুদগী হেল্লকপা নপানি। অসুম্না মমা ইবেম্মানা জ্ঞান তানা শারিবা ৱারীদু মচানুপা শিতলনা থাজদে, মপানো তলব ফংদগী পৈশাদো ফুরিংখাও থন্না হাপ্তুনা কা হেন্না ঙাওদুনা তুৰোই ঙাবোই শম্দনা লাক্কনি হায়বসিনি মাগী ৱাখল। মচন্নুপী শুশিলাদি অমা ওইসনু অম ওইসনু মাগীদি ফুরিৎ খাওদনু হুম্বরা কৈনো লৌদবা যাদ হায়বা ৱাখলদা নুংঙাইনা লৈথোক্লি।

মমান হয়গুম্লগদনা নুমিদাংৱাই পুং ৫ বোম তানন মপা ইবুংঙোদু প্লাষ্কিক্কী খাও হায়রপ থল্লপ তৌবা অম সাইকল হেন্দজগী নাকল অমদা লুন্নপ য়াল্লদুনা য়ুমদা থুংলবৈ। শুশিলানা ইমুংদা লৈরিবা মমাইবেম্মা অদুদা পাবুং হল্লক্লে হায়দুনা কৌরকপদুদা মমা ইবেম্মা অদু হরাওনা চেনথোরকই। 'করিনো খাওদুবু মোই পাবুং, লুম্না উখ্রেদা, অসুম্না শখিনা নোকফেৎ তৌনা মাঙ্গোনগী উখোকতেন্দা ঙাদুনা তরাম্না কৌরকপদুনা কান্তানা 'নওনা লৈবা ঙাসে ঐগী থম্মোয় ইপেন পেনবা ঙমদে, ঙসিদি তলব ফংবা অসিদা ঐ হেক্তা লৈরগে

হায়দুনা শরেং অমা হেক্তা লৈরক্লবনি, লাকও লাকও চাকশংদা চংলসি' অসুম্না সাইকল অদু মাঙ্গোলদা ইনখৎলগা খাও অদু পুশিন্দুনা কান্তনা মাঙ থানা ইমুংলোমদা চংশিনখি। মাগী কাদা লৈরিবা শিতলনা মানা ওসাই মমানা হায়জবা ব্রাহৈদা মানা তাইওন্ননা খনখিবা অদুদগী তাইওন্ননা মপানা ঙান তানা ঙা লৈদুনা লাক্লগা লাকও লাকও চাকশংদা চংলসি হায়দুনা মমা অমসুং মচলবু কৌশিনখিবা অদুনা মাগী মপাসে জ্ঞানদি অদুম লৈবজাৎনি মচা মশুগীসু ফজনদি খনবা মীতানি হায়বসে মহাক্কী ব্রাখল ওইবনা মহাক্লা মপাগী চিন্থক্তা ঙাঙখিবা খুমখিবা কয়াদুদা নিংঙমদবা ফাওজে। হৌখ্রবা পূল্সিদা মপানা অঙাং ওইরিবা মাবু খুৎশমদুনা বজারদা পুদুনা চানিংবা থক্লিংবা অমদি মাগী অপাম্বা শান্নপোৎ কয়া অমদি মফি মরোল কয়া লৈবিখিবা নীংশিংলক্লি। মিকুপ কয়া মঙলান অমদুদা তাওরিঙৈদা মমানা থাও ঙৌবগী জৌ জৌ তৌবদু তাখি। মপানা মাবু হংবদুসু মহাক্লা তাখি। মপানা কৌরকই 'শিতল লাকওনহে, নঙনা করি করিনো লৈগনি হায়বদুবু লুপা কয়ামুক পিরগা য়াগদবনোনে, খরা খরা কোন্ননবা শিনবা হায়দুনি, 'লাকও লাকও হায়ররো লাকও'। শিতলদু তপলপ্না 'লাকএ লাকএ' হায়দুনা চাকশঙলোমদা লাকই। মপা ইবুংঙোদু অঙাংবা য়ু লিক্লি অচেপ্পী মচা অমা মমাংদা থম্লগা নাকলগী গ্লাস অদুদা য়ুদু খরা হৈর হৈরগা থক্লগা মমানা ঙৌরিবা ঙাদুগী অমুনবা অমচেৎ খরা চা চাদুনা ফক অমদা চাকশঙ অদুদা নে তানা মচল অমসুং চাক থোংলিবী মমাগা ব্রারি শাদুনা লৈরমই। শিতলসু মপাগী মমাং অদুদা ফম্লদুনা 'ফুরিৎ অঙৌবা অমতং তুনিংই, লাইরিক অহুম মরি অমগসু চেসু লৈগদবা লৈরি। পাবুংসু পৈশা নুংশা য়াম্না লৈবা নত্তবনিনা লুপা চানিপালখক পীবিরক্লো, ঐনা কোন্না কোন্ননবা শিঞ্জরগে হায়দুনা তপথরকই। মপানা ঙাদু মচিলনা শাই শাইদুনা 'নপা ঐনা খরা ওক্তবা ওইক্রবনিনা ইচাশিংসু ইপেন পেন্দ্রে হায়বা ঐসু খঙই, অদুবু ঈশ্বরগী নোংদম হায়বদুনি, অদুগা ইচাশা, অহল-লমনগী ব্রাহৈদো খরা লিক্লা শীজিন্নবা হৈবতনা মীওই হায়বসিমদি কাওফদ্রেহে'। অসুম্না হায়রদুনা ফুরিৎ খাওদগী পৈশা চবুল অমা লৌথোক্লক্লগা চামঙা চৎপী অমগা চাম্মা চৎপী অহুমগা 'সে সে চৎতি চৎথোকপ্লগনু নমানা চাকসু লোয়রবনিনা' হায়না পীনিংনা পৈশাদো পিরকই। শিতলনা তপ্লা পৈশাদু লৌজরগা 'ইমা চাক্তু লোয়শন্নবা তৌরো ঐ ইগদবা খরা লৈরি ঙাইহাক্তং ইরুখিগে', হায়দুনা মাগী কাদা চঙশিনখি। শুশিলানা মপাবু মুন্না য়েংলদুনা মাগী অপাম্বা তপ্লা তপ্লা দাবি তৌজে, মমানসু ইমুংগী থা অমগী খরচকী য়েংদনা

অঙাং নুবীগী কা হেন্না তৌবা য়াবা নত্তে তঙাইফদবা খরা নত্তনা হায়না হিসাপ তৌই। মপা মমা খন্নরগা শুশিলাগীসু পৈশা পীখি। মতুংদা চাবা য়াবা হাউনা চান্নরগা পূম্নমক্তু তূম্নখি।

নুমিৎ মঙানি তরুক্নি মপাদো থক্লবসু য়াম্না কা হেন্না থক্তবনিনা জ্ঞান তানা তানা খরা ঙলপ ঙলপ মাগী সাইকল অতেকপী অদুদা যূমদা হল্লকই। ঙসিদি করি নুমিৎনো খঙদে সাইকলদু তুরোই ঙারোই ইল্লগা লাকই। মচিন্দা শাওরংননা ঙাঙদুনা ইমুংলোমদা চঙলকই। মমাদো খঙশাও শাওনিংনা ফমুংদগী হৌগৎতে, হৌদোংগী হৌদোং, মকুগী মকু হায়বদুনি হায়না মপুক্লিংদা ব্রারৌনা খঞ্জে। লাওবও খোংবও অথেংবা অদুদা মমানা হৌগৎত্রবা অদুদা তৌরিবদু শুশিলা অমসুং শিতলসু তাদবা নত্তে অদুবু তুমিন তুমিন্না লৈনখি। মপানা চাক থিরুলাও হায়দুনা লাওরকপদা মমা ইবেম্মা অদুনা 'নখুৎনা থিরগা চাবা য়াদ্রা, নখুৎ পান্দ্রা হায়না হায়রপ খোন কনখৎখিবা অদুনা ঙাওরবা কান্তনা 'চফু উয়ান লোয়না থুগাইরগে' হায়দুনা লংখাইবা হৌরকপদা খাঙবা ঙমদ্রবা শিতলনা খঙহৌদবা ব্রাখলনা লিচৈ মরু কাবি অদু পাইদুনা খুদক্তা মপাগী নিশানা ঙাওরবা মকোক অদুদা শাফু কন্না অনীরক থোমখ্রে। কান্তা এ! হায়রল্লগা লৈমায়দা জ্ঞান তাদনা লৈখ্রে। শিতলনা মমাবু কৌদুনা 'মপাদু করিনো অমা তৌখ্রে' হায়দুনা মচলও মমাও চেনশিল্লকপদা মপাদু শ্বর হোল্লমদ্রে। ঈদি থোক্লমদ্রে, ব্রেন্দা শাফু কল্লবা চৈফু অমদুনা ঈ চংহন্দবদগী লৈখিদবা মাল্লি হায়বসে মমা খঙলে। শুশিলানা কপকদৌবগী তৌরকপদা মমানা মচিন মেন্দুনা কপ্পা য়াদ্রি হায়দুনা খান্নে। ঈ থোকপা নত্তবনিনা মচানুপানা ফুবনি কনাসু খঙদনবা ফমুংদা ফজনা ফৈজুপ শুপচিন্দুনা ফমুংদা তুম্বদগী শিরম্মা মান্নবা শিন্নরে। অহুমদু হুরানবগুম মুরুম মুরুম তৌবদু য়ুমলোন্নবা কনানসু খঙনদে। অহিং অথেংবা পুং অনীরোম তারকপদা মমা ইবেম্মা শখি অমদি খাংঙমদ্রবী শুশিলানা তেংথা নাওইনা কপ্লক্লে। লৈকাই চঙশিন্নরক্লে। য়ু পংনা থক্লবদা চাদা থক্তনা তুমখিবদগী অহিংদা করিনো অমা তৌখ্রে হায়দনা চংশিল্লুবদা শিদুনা লৈরম্লেহায়বা শখিগী ব্রাহৈদো পূম্নমক্লা য়ু থকমনবদগী পংথদুনা শিরবনি হায়দুনা বামোন অমদি ঈশৈ শকপা, মাইবনচিংবা কৌদুনা নোংঙাল্লমদাইদা মপা ইবুংঙো য়ু থকপা য়ু ঙাওগনবা কান্তগী সংস্কার মচানুপা শিতলনা চীতাগী মৈরি চুদুনা মীয়াম্না সংস্কার লোয়শনখ্রে।

ঙসিদি থাবলগী অহিংদা থোঙনাও অদু হাংদোকচরগা শিতলনা মপাবুংবু নিংশিংনা অমদি মানা তৌরুরিবা হৌখ্রবা খুদক্কী অশাওবনা মপানা ওইখ্রিবা

ফিভম অদুদা অনুতাপ ওইদুনা সুৎ সুৎ কপ্পি। মমা ইবেম্মনা মচাগী মতৌ অদু য়েংলদুনা 'হৌখিবনা হৌখ্রে, নবুকচেল ফাথদুনা হৌখ্রবা থৌদোক অদু ঈশ্বরগী নোংদম্লনি নঙনা তৌগে হায়দুনা তৌবা নত্তে হায়না খন্দোক্লুনা মীপাইবা পাখৎপা পূম্নবু লাকশিনবা তাবনি। নপাগীসু সুম্না থোকও হায়না মরাইবক্লা তমখিবননি' হায়না মচাবু থেন্নকই। শিতলনা 'ইমা পূম্নমক্তু ওইখ্রবসু পাবুংদো, মথন্তা থকমনবদগী শিজবনা ফরমদবা..."।

## ঙাইঙমদবা নুংশিবা

ইনেগী য়ুমদা লৈদুনা ঐসে এমএ তম্লিবনি। ইনেগী ইমুংদু কা হেন্না নুংঙাইবা ইমুং অমা নৎত্রবসু অদুমক চাবা থকপা ৱাৎতনা হিংলিবনি। য়ুমদগী পাবুংনসু ইনেদুদা ঐগী ইহৈ তম্বা অদুগীদমক্তা পৈশা নুংশানচিংবা চান্না থক্লবগী মচাক অদুম পীরিবনি। ইনেদুনা মচাদা মচাদৌনা লুনা চান্না তৌবনা ঐনা এমএ অসি মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা নুংঙাইনা তমজরিবনি। ইনেগী মচানুপা অমগা মচানুপী অমগা লৈ। মখোয়সু কালেজ কারবা ঙাক্লি। ঐদি ৱা-লাং কয়া ঙাঙগন্দে, ইংনা চীক্লা লৈজবা, লেঞ্জবা পামজবনি। ঐগী ইতৌদুদা নাকলদুদা লৈরিবা মীওইশিংনা ঐবু খরা পঙদংনা উনবগুম তৌনৈ। চুম্মী, ঐ তশেংনমকসু মীঙমদে নুপা থোক্তে, দুৎ দ্রাৎ হৈজবা মী নত্তে। থোংজুগী ঐনা লৈরিবা ইনেগী য়ুম অদুদা হন্দক্তা নৌনা খঙনবী নাওরেম লৈকাইদগী বিমোলাদু সৎ লাকখি। ইনেদু হৈনদবগী মতৌ তৌখি। বিমোলানা ঐঙোন্দা য়ুমদা পংশন্দুনা অদুম লৈগদবগী শরুক কা চারুসি হায়দুনা হৌরকই। ইনেনসু 'চারুচো চারুচো' হায়দুনা অয়াবা পীরকপদগী ঐ বিমোলাগা লোয়ননা য়ুমদুদগী থোরকই। ঐখোয় অনী পান দুকান্দগী কাদু চারদুনা মফম অদুদা ৱারী কয়া তৌনৈ। মতুংদা মহাক নিঙাইদনা চৎখি। য়ুমদা য়ৌরকপদা ইনেনা হৌজিক কালগী লৈশাবীশিংসিনা পাখংনা লৈশাবী কোইগদবদা লৈশাবীনা পাখং কোইবগী চৎনবী মতৌগুম্না তৌবা মতৌ য়াওনরক্লিবা অসিদা চিংনবদুম ফাওই হায়না হায়খি। মচানুপা কান্তনা ফৎ ওক্তুনা 'মাগী মাগী পৃঙ্গিদা নুংঙাইনা হিংমিন্ননবগীদমক্তা নুপী ওইবী খরা অমনা মতম অসিদা থৌরাং তৌনরিবনি' হায়দুনা মমাগী শাওনিংবগুম তৌরিবা মতৌ অদুবু ঈংথহনখি। অদুম্নমক ইনে অদুনা লৈশাবীনা পাখঙ ময়ুমদা কোয়রকপা মতৌগী

চৎনবী অদুদা য়ানিংখিদবদুদি ঐনা খঙখি। মরম অদুদগী ঐনা বিমোলাদা নোংমা 'নঙ ঐখোয়দা লাক্কনু, ইনেনা য়ানিংদবা মাল্লি' হায়দুনা ফোঙদোকখি। বিমোলানা 'য়াদ্রগা চঙলক্রুগা লোয়রে, অদুবু ঐখোয় অনীগী নুংশি মরিদি থদৎনবা য়াবা নত্তে' হায়দুনা ঐবু থেম নৌবগুম তৌখি।

নোংমসু বোরোই মখোঙগী লন্বী অদোমদা খোঙনা অসুম চৎলিঙৈদা অচিকপা থোঙ্গাল অমদগী বিমোলানা হুইশেল খোংদুনা মখুৎ খত্তুনা কৌরকই। ঐ তৌফমদি খঙদনা মনাক্তা মীগী থোঙ্গাল অদুদা বিমোলাদু উন্নবা চঙলকই। কাস্তনা লাপলপ উরদুনা মখুৎও মশাও নোকখি। বিমোলানা হান্না হৌরকই– "নঙগা ঐগা নুংশিনরিবনি হায়দুনা তৌরিবসে, নঙনা ঐবু হুন্দোক্লগা চৎখিগদৌবা মাল্লিকো।" ঐনা 'নঙ অসিমা মতাং চাদনা ব্রা য়াম্না ঙাঙঙিকো, ঐ চেনগদবা মী নত্তে। তৌবতদি ঐদি এমএ অসি পাস তৌবগা সরকারগীনি খঙদে, এদেদ্‌তনি খঙদে, প্রাইভেট্টনি খঙদে থবক অমদি তৌখিনি।' বিমোলাদু ব্রা ঙাঙবা ঙমখিদে, মাইথোংদুদি হঞ্জিনখি অদুবু নুমিৎ অদুদি ঐঙোন্দা শুমহৎপ্রসনু মতাগুম নুংশিনা য়েংলকখি।

বিমোলাসে মশক মতৌ কাহেন্না ফজবদি নত্তে, ঙারোই শবান্নি, কুচু ঙৌই, মশা পারপ ক্তৌই, লাইরিক্তি তমদ্রে, মাগী ইমুংদুদি অদুম নুংঙাইবা ইমুংনি। তৌবতদি মহাক মমিৎতি খরা ঙাওই। হৌজিক্তি ঐ মাষ্টর তম্বগী ক্লাস্তা পূক্রিং চংজনা মাষ্টর অসিদা পাস তৌজনবা অশাদা চেকশিন্না য়াওজবতা নত্তনা য়ুমদসু লাইরিক্তা কন্না মিৎয়েং থমজরি। ঙসিসু বিমোলাদু লন্বীদা হেক থেংনরুই। বিমোলানা 'য়াওশং মতম য়ৌশিল্লকপসিদি থম্মোয়সে মতা অমা ওইনা লাংই' হায়দুনা পান দুকান ময়া অদুদা চংমিন্নবদা হৌরকই। ঐনা ইখুম খুমদবা অদুদা মহাক্লা 'থাবল চোংবদি য়াওদবা য়ারোইকো' হায়দুনা শুক্লপ্না হায়রকই। ঐনা 'ঐদি থাবল চোংবা হৈতে' হায়রুবদা মহাক্লা 'ঐহাক্লা তম্বীগনি হায়দুনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই। ঐ তৌফম খঙদে। ঐসু মাবু ইনুং নুংশিদবদদি নত্তে অদুবু মাগী হিংনম অদুনা ঐগী থম্মোয়দা মীপাইদবদি ঙমদে। কাস্তনা তশেংনা খঙই ঐগী কাকাসে নুপীনা কোইরে, নুপানা নুপী তান্নগদবদা নুপীনা তান্নদুনা লৈরে, ওন্না তৈনরে হায়বসে। মদুমক ঐঙোন্দা কাস্তনা অপান্ননা হায়খ্রবনি। ইনেদসু কাস্তনা ব্রারী পূম্নমক অদু তম্লবদা ইনেনা অদুগুম্বা নুপীদুগাক লৌববদি ঐখোয়দা লৈবা চংবা য়ারোইকো হায়দুনা শাওজিল্লকখ্রবনি। ঐ বিমোলাগী মতৌ অসিগা জ্ঞান তাদ্রে।

নুমিদাংদা য়াওশঙগী থাবল চোংবা হৌগ্রে। ঐদি লাপলপ্পা য়েংদুনা লৈ। মহাক থাবল ফজনা চোংই। শাড়িগা শেৎলগা মেক অপ ফজনা তৌবগা রাশিনগা খরা লৈবগা মীনা তান্নে। খঙহৌদনা থাবল চোংনা চোংনা মীরক্তা লাপ্লপ লেপ্লিবা ঐঙোন্দা থাবল চোংসি হায়দুনা ইঙ্গিৎ তৌরকই। ঐসু সাইন্না 'য়াওরোই' হায়খি। অদুবু মহাক্না লৈকাইগী পাখং অমা থাজিল্লক্লুনা ঐবু নমদুনা থাবল চোংবদু য়াওহন্নবা হোৎনরকই। ঐসু য়ানিংদা য়ানিংদা নুপা মরক্তা চোংলুই। মমৈথঙদা ভুল ওইখিবনরা, মহে মহে তোক্লখিবদগী মাগী মখুত্তা পাইদুনা থাবল চোংলম্লে। ঐ স্বাই লাওখি, থুনমক থোকখি, মহাক্তি নোক্লুনা লৈহৌখি। মতৌ অদুদা মীওই কয়ানা বিমোলাগা ঐহাক্কা নুংশিনরি কোইনরি হায়না লৌনবদু অতা অফোংনখ্রব্রা হায়দুনা কিজবা অমদি ফাওখি। মদুমক্তি ঐহাক্তি তাল্লবা মখা লমদমগী শুগুনুদগী ইহৈ তম্বা লাক্লগা মীরম অসিদা অফাওবা শাবগী মতৌরা খঞ্জবদগীনি।

ঙসিসু বিমোলানা সেনেমা য়েংসি হায়দুনা কন্না তখৎলকই। ঐনা ঐদি ছাত্রনি, পৈশা লৈজদে হায়জরুবদা মহাক্না পৈশা পুথোক্লুনা টিকেট কক্কদবনি হায়না তকশিল্লকই। হৌজিক্তি ঐখোয় অনী প্রতাপ টকিজ মমাং য়ৌরে। সেনেমাসু হৌরম্লে। মানা চাম্মা চৎপী অমা ঐঙোন্দা পিরক্লবদা ঐনা টিকেট কক্লনবা চঙশিল্লুই। বেলকোনিগী টিকেট লৈরমদ্রে। রিয়ারদা ওইনা তঙাইফদনা কক্লে। ওম্মোকপনি অমম্বা অদুদা চংলক্লুনা ফম্লিবদুসু মমাংব্রাইদা ওইরম্লে। মাগী হৌনবগী গা গা তৌনা ব্রাবী হৌরক্লে। ঐদি ইকাইজবনা তুমিন্না সেনেমাদু য়েংলি। হাপ থারকপদা ঐনা মমাংব্রাইদগা ওইবনা হৌগৎপা ইকাইদুনা মমাঙগী সিটতা খুৎনা শৌরগা পাকথদুনা লৈ। মহাক্না ঐবু মুন্না য়েংলম্নগা হৌগৎতুনা থোকখ্রগা অচাপোৎ লৈরকই। ঐদি মীমাংদা চপ চাপ চাবদু তনবনি অদুবু মানা নমদুনা ঐবু অচাপোৎশিং অদু চাহল্লি, ঐ খঙই, মানা হায়বতা ঐনা তৌগদবনি হায়বা মাগী অপাম্বা লৈ, ঐনসু অদুম তাঞ্জনা য়ারি। ফিভম অদুমক কাম্তনা মতম অয়াম্বদা উই, মরম অদুনা করিগুম্বদা কান্তনা ঐখোয়দা ইঙ্গিৎ ইরাংগা তৌদুনা নোক্লকই। কোন্না ঐনা ইথন্তা খল্লকই "কান্তসিবু ইনেনা ঐগা বিমোলাগা করি করি তৌনরিবগে শেন্ননবা থাদোক্লক্লিবজাৎলা, মহাক মতম অয়াম্বদা ঐগা উন্নে, থেংনৈ।"

ঙসিদি ককব্রা পুম্রি অচৌবা মনিংদা লৈবা মমান্নবী অমগী ময়ুমদা কোইরুসি হায়দুনা বিমোলানা হৌরকই। ঐদি চৎলরোই হায়জবনি অদুবু মহাক্না মহাক

চঙশি শিবা তারে মরমদি মহাক্লা মহাক্কী 'বোইফ্রেন্দ' লাইরিক লাইশু য়াম্লা ফবা য়াম্লা ইং তপ্লা মশক মতৌ ফজবা অমা লৈ, মদু পুদুনা শোয়দনা লাক্কনি, মমান্নবী অদুগসু খঙনৌ হায়দুনা হায়রম্মী হায়না কন্না চৎননবা তকশিল্লকপা অদুদা চত্তবা য়াদবদগী ঐ চৎনিংদনা চৎলে। ককব্রা পুম্রিগী মনিংগী লৈরক অমদা ঐখোয় অনী খোঙনা লাকপদুনা মমান্নবী অদুগী ময়ূমদু য়ৌরে। মতারোই অদুনা ফজনা ৱেলকম তৌরদুনা মাগী নাল্লবা য়ূম অদুগী নিংথোল কা অদুদা ঐখোয় অনীবু ফমহল্লে। মতারোই অদুনা ঙসিদি য়ূম অসিদা ঐ নত্তনা কনামতসু লৈত্রে, নখোয় অনী ৱারী তৌনরমউ, ঐ শঙ্গোম লোল্লক্লগে হায়দুনা কা অদুদগী মোমোন্ননা থোকখ্রে। নানগ্রবা ফজরবা ফমুং অদুদা 'ৱাইদা, অমুক্তা তিংথোক্কে' হায়দুনা বিমোলাদু লোংনা মখুৎনা মকোক্তা তুংবুন্না লোংনা হিপথখ্রে। চুম্মী নুপী ওইবী অমগী বিমোলাগী হিপ্লিবা শক্তম ফনা ফজনা নিংথিজে মদুদা ঐনা শুমহৎখিদবা নত্তে, অদুবু পূক্লিং অসে কন্না ফাথজরগা ঐনা তেবল মথক অদুদা লৈরম্বা লাইরিক অমা চৌক্রি অদুদগী লামদুনা য়েংখি। বিমোলানা হিপ্লা হিপ্লা নুংশি নুংশিবা শুমহৎপ্রসনু মতাগুল্লবা ৱাহে কয়া মথম্মোয়দু ইখৌ লাংনা মমাই তঙাংনা হুমাং ইরিক কানা শীজিন্নরকখি। অদুবু পূম্নমক অদুবু থওইরুদনা অচেৎপা ৱাখল অমদা মাগী ৱাখলদু খঙলগা থম্মোয়দা নোকচনা ঐনা লৈজখি। বিমোলাদু নিংবা কায়বগুম ঐবু লুরাক্লনা য়েংলগা স্বর ফুইনা হোল্লকই। মতাং অদুদা মতারোই অদুনা শঙ্গোম গ্লাস অহুম ত্রে অমদা পুদুনা চঙলকই। মহাক্লা 'মহাক্কা নুংশিনজবা ইঞ্জিনিয়ার তম্বা অমা বেঙ্গলোরদা লৈখ্রি। উন্নবা ইফং ফংদ্রে, করিগুম্বা উন্নজরবদি নখোয়গী অসুম্লা নুংশি মিলন অমগী আশা ঐগীসু তৌরমগদবনি' হায়রকখি। বিমোলাদু শঙ্গোম থক্লম্বদগী 'নঙগী ৱাখল অদুদি চুম্বী অদুবু ঐগীসু তাইওন্নরি। ফরে শঙ্গোমসু থক্তোক্লবনিনা চৎলগে ইতারোই, চৎলে চৎলে' অসুম্লা কা অদুদগী বিমোলাদু মাঙ থাদুনা থোকখি। মতৌ অদুদা বিমোলানা ঐবু ৱারৌরে হায়বসে খঙনা খঙনা ঐ মাগী মতুং ইন্দুনা থোরক্লে। ঐখোয় অনী চৎমিন্নরিবদু ৱা ঙাওনদে। নাওরেম লৈকাই য়ৌরকপদা মহাক্লা য়াম্লা নিঙমদনা লুলুক্লনা 'লৈহৌরগে' হায়রম্লগা লুকথরগা অদুম চংখ্রে। ঐসু নিঙমদবা মঙলান অমদা থোংজুগী য়ূম অদু য়ৌখিবা খঙহৌদে। অহীং অদু বিমোলাগী নুমিৎ অদুগী নুংগী ওইবা ৱাখল অদুনা ঐবু নুংনাংনা তুমহনখিদে।

অয়ুক্তুদা ইনেনা শোনবোই করিবোই তৌরম্বদগী ঐঙোন্দা হায়রকই– "নঙগী নুংশিবা অসিদি ওন্ন তৈনরবনি। নুপানা নুপী তান্নগদবদা নুপীনা ওইনা

তান্নরে, মদুদা লৌনা লৈনরবসু নুপীনা ঙন্না নুপা হায়রবদুমদি ওইগদৌরি।” ঐনা ইনেগী ব্রাফম অদুদা খুম্না ঙমদ্রে, মরমদি মহাক্লা হায়রিবা ব্রাফম অদু চুল্লগদবা মতৌমক্লি। মতাং অদুদা কান্তনা লাক্লগা হায়রকই, “ওন্ন-তৈনবগী ব্রা নত্তে ইমা, নমদুনা লৈগে তৌবা মওংনি, মরমদি কাকাসে ইং তম্লী ব্রা লাং কয়া ঙাঙগন্দে, নুপা থোক্তে অদুনা মানা ঙম্না পানগনি খঙ্ববননি। অসুম্না মতৌসে মণিপুরদতা নত্তনা পৃথিবীদসু কয়ামা থোক্লিবনি।” মতম অদুদা কান্তগী মরুপ শশি লাকখি। মহাক্লা শান্নরিবা ব্রারী অদু ইখং খণ্ডনা ‘করি ব্রারীনো’ হায়দুনা হংলকই। কান্তনা ‘বিমোলাগী তৌঙন্না মতৌগী ব্রারীনি’ হায়না খুমখি। শশিনা ‘এ! মাদি ঙরাং চেনখ্রেনা’ হায়না হায়দোরকই। কান্তনা ‘কনাদা কদাইদা’ হায়না খঙনিংনা হংলকই। শশিনা ‘মাগা কাবুক কাবুক নুংশিনবা শিংজমৈগী নুপা অমদনি হায়’ অসুম্না খুমখি। ইনেনা খুবাক খুদুনা ‘বস ইচাগী পৃন্সিসে কলহৌরেদনা, ঙাদুম থোংগে, ঙা লৈরুগে’ হায়দুনা চবেং চবেং ঙাঙলম্লগা বজারদা হরাওনা চৎখি। কান্তনা শশিদা মমাগী হরাওবা মতৌ অদুগী মাগী কাকাগা বিমোলাগা লৈনবা মরি পুথোক্তুনা ব্রারী শান্নরম্লগা শশিগা থোকমিন্নখি। ঐ ইথন্তা ঐগী কাদা চংদুনা চিয়ারদা ফমথৈ। খল্লকই, ঙরাং নুমিদাংব্রাইগী শিন, অদুগা মঁদুদা মানা ঐবু ব্রারৌখিবা, অদুগা অসুক থুনা নুমিদাং অদুদা চেনখ্রিবা। ইশাগী তুংগী ফিরেপ খল্লবদি সমাজ অসিদা চাকথুং ফিথুংদবা মীওই কয়া শোয়দনা লৈখিবা তাবনি। অসুম্না লুরবা তাঞ্জা অসিদা নুপীগীদমক মথা শাফম থোক্তে, অসুম্না তেবল মথক্তগী লাইরিক অদু ফাক্তোক্তুনা মখোল থোক্লা পারি।

# অনীশুবা কুন্দো পরেং

লিলোংদগী পাক্লবা ফজরবা লবুক লমহাং অমদি কাঞ্চিপুর য়ুনিভর্সিটিগী ফজ-ফজরবা দলান কয়া উনা উনা লিলোং চেনবা কেন্টরনা তপ্লপ থৌরকপনা ব্রাইখোম লৈকাই য়ৌরকপদা নেম্রেল হায়বে ৩৯ অদুগী ওই থংবা নাকলদগী নিংথিংজরবী মমতানা চাওদম শাংদম্বা ঙৌরবা কুচু অদুদা লৈ মচুগী সলব্রার অমা শেংলদুনা লেপ্লগা মখু থাঙ্গৎতুনা গাড়ি খাম্লকই। মী থোইদোক্লা চিন্দবা ওইবগা কেন্টর অদুনা খাম্লবদা নুজা ওইবীদুনা তপ্না কাখৎলক্তুনা হাংলবা মী অনী ফম্বা য়াবা সিট অমদা ফমথরকই। মদুগী মতুংদা গাড়ি অদু তপ্না তপ্না থৌরকপনা শিংজমৈ পার্কিংদগী মীওই মরি মঙা কাখৎনরকই। সুনিলদু লৈশাবী অমগী মনাক্তা ফমফম অমা ফংবা অদুদা হরাওনা ফমথরগা লৈশাবী অদুদা য়েংজরুই। সুনিলদু লৈশাবী অদুগী ফজরবী মাইথোঙ অমদি চাওদম শাংদম্না, ঙৌনা রাশি লৈনা ফজরবা শক্তম অদুবু উরুবদা তু চুংনা শুমহৎখি। অনী অদু হুরপ-হুরপ য়েংনবা নত্তনা মপুং ফানা য়েংনজবা ঙম্লজদে। থম্মোই থম্মোই অনী অদুদা ব্রাহং কয়া কয়ানি; অদুম্নমক মচীন্দদি ফোঙদোক্লবা ঙম্লজদবা মতৌনি। সেক্রেটরিএট য়ৌরবদা কুমনিংদা কুমনিংদা অব্রাংপা অমা লৈবা মতৌগুম শকহেনবী নুজা অদুবু মুনা য়েংলম্লগা সুনিলদু কুমথখি। সেক্রেটরিএটতা চঙদুনা অন্দর সেক্রেটরি ব্রার্কস উন্নদুনা ব্রারী ব্রাতাই কয়া তৌনরবা মতুংদা সুনিলদু থোরক্তুনা ইজুকেসন বোর্ডকী অদুব্রাই বাবুপড়া লম্বীগী নাকনগী পান দুকান অমদগী ক্না অমা চারদুনা কেন্টরদা অমুক ময়ুম্লোমদা চৎননবা ঙাইরি। ককঙাওরনবা মাগী মিম্না অনী অদুনা লম্বীগী নাক য়েংতা অমদুবু অমুক্তগা উন্নজরবদি খঞ্জদুনা কয়ারক য়েংখি অদুবু কেন্টর লাকপদগী তোংখৎলক্লে। কেন্টর মনুং অদুদসু লমহেল্লবা মিম্না

অনীদুনা কোরোক কোরোক য়েংখি, অদুবু মঙগুম্বনি, উনিংলিবা অদুবুদি উখিদ্রে। য়ুম য়ৌরবদা তৌবা য়াবা থবক কয়া তৌরগা ফমুংদা লোংনা হীপথরকপদা মমতাগী চাওদম শাংদম্বা শক্তম অদু মীৎমাঙদা তত্তনা উদুনতা লৈরক্লে। সুনিলদু বেঙ্গারোলদগী বি-টেক লোয়রদুনা থোরকপা পাখঙনি। মহাক পাখঙ ওইবগী নুংশি নুংওলদা থবাই কয়া য়াওজদবা মীদানি। অদুবু নোংমদুগী কেন্টর মনুংদা ফম্মিন্নখিবী শকখঙদ্রবী নুজা অদুগী মঙলান্না, মহাক নুংশিবদা ঙাওচৎনরবা পাখঙ অমা ওইরক্লি। মিকুপ কয়াদা থবক ইনখাং অমদি মথৌদা কাওরুরবসু মিৎকুপ অমদা মবুক্লিং নুংশিবা অমা য়াওনা শকশঙদ্রবী অদুবু হেক্তমক নীংশিংলকই। মহাক বজারদা চয়োল অদুদা অহুন্নক চৎখ্রে। বজারদা থোরক্লিবী থেংনরিবী নুপীজা পূন্নমক মহাক্কী মমিত্তুদা থোইদোক্লা খোইজংলুদে। মহাক্লা থিজরীবি শকহেনবী অদুদি উবা কৌবা মরৈখিদ্রে। থা অনী অহুম শুজল্লক্লবা মতুং নোংমা বজারদা মানা মঙ মঙদুনা লৈরিবী শুমহৎলবী নুজা অদুগী শক্তমদু মমান্নবী অমগা লোয়ননা পাওনা বজারদা চৎলম্বদু উরুবা মিৎকুপ অদুদা নুংশি মঙলান অদু মঙফাওনরগদ্রা খন্না হরাওবনা তু চুংজে। সুনিলবু উবদা নুজা অদুনা 'হৈমা নোংমা কেন্টর মনুংদা ফম্মিন্নখিবা অদুনিনহে' হায়না মচিন্না থোক্লা হায়রকখিবা অদুনা সুনিলনা ৰারী শান্নবগী তাঞ্জা ফংজদুনা হিন্দ জাল পান হোটেলদা কোফি অমমতং থকমিন্ননবা হায়জরুবদা য়াবিরক্তুনা হোটেল অদুগী মনুং থংবা শরুক্কী চিয়ার অমমমদা ফম্নদুনা কোফি থক্লা থক্লা ৰারী তৌনরক্লে।

হৌজিক্তি শকখঙ মায়খঙনরে, অমগা অমগা থম্মোয়গী ওইবা য়াবা কয়া ফোঙদোক্লনা নুংশি চিক্লোক্লরে। মমতাদি জিপি ৱিমিন কলেজদা বিএসি ফাইনেল তন্নিবী ছাত্রি অমনি। মশক মতৌ ফজবতা নত্তনা খাঙবা কনবী, ৱা লাং কয়া কা হেন্না ঙাঙগন্দবী নুপীলক্তগী অথোইবী শকহেনবীনি। পাখঙ লৈশা অনীদু অমগা অমগা লৈফম নুংফম অমদি স্তদিগী মরমদা মুন্না খঙনরবৈ তুংদা মরক মরক্তা প্রোগ্রাম থানদুনা উনবা হৌরক্লে। ৱাইখোম লৈকাইদা কয়ারক থোঙাম লৈকাইদা কয়ারক, জিপি ৱিমিন কলেজ মমাঙগী রেষ্টোরেন্টতা কয়ারক অসুম উন্নরকপদগী সিনেমা ফাওবা কয়ারক য়েংমিন্নদুনা নোংমতং উন্নহৌদবদা থম্মোয় মৈশা লাংবগুম তৌনরক্লে। ইনখৎলকপগী ঙাওখৎলকপনা ময়াই কাখিদুনা নোংমদি মমান্নবী নন্দিনিগী চিক্লবা নিংঙোল কা অদুদা পাখঙ লৈশাবী অনীদু চীক্লা ৰারী তৌনরি। থম্মোয়দুনা থবাই হকচাং পূম্বদু সুনিলগী মফমদা কৎলগে নীংলকপগুম

সুনিল্লোমদা তপ্না ঙাথজরকই।

মতৌদু খঙলবা সুনিলনা তপ্নপ্না হায়রকখি—'পূল্লি অসিদা নুংশি মিলন হায়বদুদি নঙ ঐগী লুহোংবগী অহীং অদুতদা ওইহন্নীংই। চাওখৎলক্লীবা মতম অসিদা মফম মতম নাইদনা নুংশিবগী অশেংবা মিলন অদু ওইহনবদি ফত্তে। খৌরাংবতনা তুংগী পূল্লিবু মীরাইবদি ফত্তে। লুহোংবগী অহীং অদুমক্কী নঙ ঐ ঙাইনবা তারিবনি।'

সুনিলগী চিনবালদগী তপ্না ঙাঙথরক্লিবা ৱাহে কয়াদুনা তুংগী পূল্লি অমদি চেল্লকখিবা পাওজেলনচিংবা নীংশিংজদুনা মমতানা চনিং তারমদ্রবা স্বর অদু শাংনা অমুক্তং হোল্হজরগা তপ্না মখা তারকই।

— বেঙ্গলোরদা লৈরিঙৈদা নুপী অমত্তা খঙনরক্ত্রা?

— খঙনখি, য়াম্না খঙনখি অদুবু মতম অদুদা ঐনা করম্না মীকোক থোংনা বি-টেক পাস তৌবা ঙমগদগে খঞ্জবনা নুংশি-নুংওল্দা খোইজংলুদে। নঙতবু নোংমা কেন্টর মনুংদা উরুবা নুমিৎ অদুমক্তগী অহানবা ওইনা ঐগী পূল্লি নুংশি নুংওন্দা ঙাওজবা হায়বদু ওইরকখিবনি।

— অদুমদি ঐ থাজদ্রেঙো?

— তশেংবনি মমতা, ঐবু নুমিৎ অদুদগী নঙগী শক্তম্না শুমহৎখিবনি।

অসুম্না মাগী চন্নবা শেংলবা ৱাহে অদুদা অনীদু হায়রপ নোকমিন্নরবা মতুংদা নুমিৎ অদুমগীদি কাইনখি। মমতানা সুনিলগী খোইথুম্নবা থম্মোয় শেংলবা ৱাহে অদুনা কয়াদা থম্মোয় শেংনা সুনিলবু নুংশিখিবা। মহাক্তনা সুনিলবু শুমহৎখিবা অহানবা নুংশিবা নুজা অদুনি হায়খিবদুনা মঙোল্দা নুংশিবা হৌরকপা মতিক চারবা পাখঙ কয়াদুবু হুন্দোক্তুনা সুনিলবু পূল্লিগী ওইনা মমতানা নুংশিজরকখি।

সুনিলনা বি-টেক পাস তৌজরবসু মণিপুরদা থবক ফংদনা ঙাওচৎননা লেল্লি হায়বা পাও ফংবদগী বেঙ্গলোরদা লৈবা ময়াম্পুং সুন্দর অমদি মতৈমা রনজিতানা মনাওবু বেঙ্গলোরদা লৈবা প্রাইভেট ফার্ম অমদা থবক তৌহন্দুনা লৈহনবনা অফবা ওইগনি খন্নবদগী মপাবুংদা চিঠি ইরক্লে। মচানুপা অহুম নুপী অমা পোকপা মপা ইবুংঙো কাস্তনা মচানুপা অহল সুন্দরনা চিঠি ইরক্লিবা অদুদা মচা য়াইমা সুনিলবু ময়াম্বগী মনাক্তা লৈবনা খুদোংচাবা লৈগদবগী মতৌ লৈবনা সুনিলগী মত লৌরক্লে। মণিপুরদা থবক হাপ্লক্তবা মতৌ অসিনা একাদেমিক কেরিয়ারদা অকাইবা লাকপসু য়াই খনবদগী এক্সপরিয়েন্সকী ৱাদা নত্তনা হৈশিংবা

হেল্লক্কদবা মতৌ অমদি তুংগী ওইবা কান্নগদবা কয়া খঙ্করবা তুংদা সুনিলদু বেঙ্গলোরদা চৎপা য়াখ্রে। মরম অদুদগী ঙসিদি মাগী নুংশিজরবী মমতাবু উন্নবা লাক্লে।

– মমতা, ঐহাক বেঙ্গলোরদা থবক তৌননবা চৎপা তারে।

– অদুম বেঙ্গলোরদা লৈগদৌরিব্রা?

– মদু চপ চাবদি হায়বা ঙমদে, ঐ অমুক্তা য়েংলুখিগে, তঙাইফদ্রগনা নঙবু লুহোংলগা ঐখোয় অনী বেঙ্গলোরদা লৈরুবা তাবনি।

– হুং ঐবু পাবুংনা মণিপুরগী ব্রাংমদা লৈবদি য়াগদবা মান্দ্রে, ঐগীদি থক্তসু খাদসু ইবুং অমা ইপুব্রা অমা লৈত্রবী নাইতোম পোকচবী ওইবনা পাবুংনা ইমাগনা পুর্ণিমা থাজগুন্না য়েংজরিবনি। নঙ বেঙ্গলোরদা মওং য়েংলুখো অদুগা য়ারবদি মণিপুরদা থবক খরা খরা কৌবা হৌরক্কদৌরে, অদুনা মণিপুরদা থবক তৌনবা শীনসি, পৈশা নুংশাগী মতাংদা ঐনা পাবুংগা তান্নরগা অঙম্বা মতেং শোয়দনা পাংগনি।

– ফরে, ঈশ্বরনা নঙগী ঐগী পম্বুংগী মতেং শোয়দনা পীনবিরক্লসনু, ঐ অমা খঙদে অমা খঙদে চত্তুনা য়েংলুখিগে।

অসুন্না অনীদু কায়না পীরাংগা লোয়ননা বিদায় পীনরগা, মরক মরক্তা পাউ শোয়দনা ফাওননবা শীন্নরগা কাইনখি।

সুনিলদু বেঙ্গলোরগী প্রাইভেট ফার্ম অমদা মফম অদুদা থবক তৌদুনা লৈবা ময়াম্বদুনা শীন্দুনা তঙাইফদনা খুদোংচগদবা খরা লৈবদগী থবক তৌবা হৌখ্রে। মহাক্কী মথৌদা পুক্লিং চঙবা অমসুং হৈশিংবগী মতৌনা ফার্ম অদুগী মপু অদুনা মহাকপু য়াম্না নুংশিজবতা নত্তুনা থাজবা মীশক অমা ওইখ্রে। ফার্ম অদুগী অতোপ্পা কর্মচারি কয়ানসু মহাকপু লুনা চান্না তৌবিখি। মহাক নিশা নুংশা নুপী অঙাংগী ব্রাখলদা কয়া খোইজংদে, অশংবা মতম কয়াদা নাথৈগদবা ব্রাখল লৈতনবা কন্না হোৎনজে। অদুম্না মরক মরক্তা মণিপুরগী শংবান্নরবা চীংশাং, পাক্লবা লবুক লমহাং অমদি ইম্ফাল সহরবু নীংশিংজবগা লোয়ননা মমতানা ইখৌ লাংনা মঙোন্দা ঙাথজরকখিবা অদুবুদি কাওবা ঙমদনা নিংশিংজনা নুংশি চিঠি মরক মরক্তা ইনরি। মমতানা মহাকপু ঙাইদুনা লৈরি। মহাক বিএসি ফাইনেল পাস তৌরদুনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা এমএ কেমেস্ত্রি তম্নবা মীং চল্লে হায়দুনা পাউ থারকখি। অনী অদুনা চিঠিগী খুখাংদা অমগা অমগগী মাইপাকপা নুংঙাইবা অমদি নুংঙাইরবা থৌদোক ব্রাথোক কয়াগী পাউ তত্তুনা ফাওনখি।

অদুবু সুনিলনা মাগী মথৌদা শিংজবা হৈজবা মতৌ অদুদগী অমেরিকাগী হোলিবুদতা চহী অনীগী ট্রেনিং অমগী ফার্ম মপু অদুনা থাননবা হোৎনরকপদগী মহাক চৎপা তারি হায়বা পাউ অদুনা মমতাগী থম্মোইদা ককওাওনবা চয়েৎনবা কয়াদি ওইখ্রি।

হৌজিক্তি মমতাদু এমএসু লোয়রে, মাগী নুপা নহাগা গা গা তৌদবা অমসুং ঈংনা চীক্লা লেনবা মতৌ অদুদা নুপা নহা থন্নমগদবা মান্দে মরম অদুনা মাগী মপাগী মরুপ অন্দর সেক্রেটরি চৌরজিৎকী মচা এসদিসি ওইরবা লোকেন্দা পীরো লুহোংলসি হায়দুনা কন্না তক্লক্তুনা মপানা মমা ইবেম্মগা খন্নরুবদা য়াইস্কুলময়োলদগা ওইরে, মদুনা ফবা তারে হায়না খন্নদুনা মচাগী মত লৌননবা থৌরাংলক্লে। মপা অমসুং মমানা হায়বা ইন্দুনতা লাকপী মমতানা মমা অমসুং মপা অদুগী মতৌ অদুদা মহাক রিসার্স তৌখিনি; য়ুম পানবা মতম ব্রাৎলি হায়দুনা খাওজে, মদুদা তাঞ্জা লৌরগা চহী অমতদি হায়দুনা য়েথোকখ্রে। অদুবু অসুক ব্রানা চহী অমা ঙাইরক্লবা ফাওবদা সুনিলগী মনিল ফংখিদ্রে। মমান্নবা নুপা অমদা বেঙ্গলোরদা সুনিলগী পাউ চিঠিদা হংহল্লুবদা সুনিলগী ময়াম্বা অদুনা সুনিলদি অমেরিকাদা কন্না ট্রেনিং অমা তৌরি থা মরি মঙাগী মরক অসিদা করিগুম্বা থোরক্লবদি খরা কুইথখিবা য়ারি হায়দুনা পাউ ফংখি। নুপা ময়ুম্না মরোল অমা তকশিল্লক, লৈকাইগী মতারোইশিংনা নঙবু নুংশিবা ব্রাৎলবা অদুদা লৈগদবগী শরুক মতিক চারবা অসিদা লৈহৌবনা ফৈ হায়দুনা ঙাওশিল্লক, মতম অদুদা মমা মপা অনীদুনা মখোয়গী মমাই খজিক্তুং য়েংবিনবা হায়দুনা কন্না তকখৎলকপা অদুনা নমফু হাফুগী মতৌ ওই মমা মপাগী য়াথং তুংইন্না আশা অমদা মমতাদু লোকেনগা ধুম ধামদা চাওনা লুহোংখ্রে।

লুহোংবগী অহীং অদুদা পিরাংনা চোৎলবা মাইথোংনা মপুরোইবা ওইরবা লোকেন্দা মহাক মশানা য়াদুনা লাকপা নত্তবনা মহাক্কী মশাদদি শোকপীখিনু হায়দুনা হায়জরক্লে। মতৌ অদুদা লোকেন্না মমতাগী পুক্লিং খওনা মহাক্কী মশাদি শোক্লরোই তৌবতদি মাগী ইজ্জৎ য়েংবীদুনা থা তরুক্তদি অব্রা অনা খাওনা ইমুং অসিদগীদি চৎপিখিনু মতুং তাবগী য়ানবগী মতুংইন্না পোরম য়াৎনসি হায়দুনা অনীদু য়ানরে। মতৈ-মনাও অনীদু ব্রাসু য়াম্না ঙাওনদে, মীমাঙদসু অদুম নুংশিনবা মালহল্লি। থম্মোয়দা চয়েৎনবা কয়া লৈননা তোঙান-তোঙান ফমুংদা হীপ্পনা মতম ঙাইনবগুম অদুম্মক লেন্নরি। মতম অমগী মতারোই নন্দিনিনা নোংমা মমতাবু উনজবা লাকপদা সুনিলতবু পুক্লিগী ওইনা নুংশিরুবনা মহাকপু অমুক্তং

উনম্রি ফাওবদি হায়দুনা মপুরোইবা অদুনা মশা ফাওবা শোকহন্দনা পিরাং কঙমদনা লেল্লি হায়না কপমিন্নখি। নন্দিনিনা মমতাগী অখাঙ কনবা অমদি পূকচেল লেপ্পা মতৌ অদুদা পেঞ্জখি, থাগৎখি। অদুম্নমক লুহোংদুনা মৌ হায়বদু ওইরবনিনা সুনিলনা অশেংবা খঙদুনা লৌরবসু মৌ লৌবা হায়বদুদি শোয়দনা তারগদবনি হায়দুনা মখা তাখি। অদুবু মমতানা মহাক্না ঐহাকপু তশেংনা নুংশিরবদি সমাজগী য়াকমদুনা কা হেন্না লুগদবা নত্তে, ঐগী অশেংবা য়ারীদা করিগুম্বা মহাক মক্না লৎনরবদি ঐদি শিবা ফাওবা ঙমগনি হায়না পাউদমখি।

অমেরিকাগী হোলিক্রদতগী মমা লৈখিদবগী পাউ ফংবদগী সুনিল বেঙ্গলোরদা থুংলম্রে। বেঙ্গলোরদগী ময়াম্বুংগা মতৈমগা লোয়নননা মণিপুরদা মমাগী চিড়া উৎসব দিন য়াওবা নংনবা মণিপুরদা লাক্লে। সুনিলনা নন্দিনিগা উনদুনা মমতাগী মরমদা য়ারী য়াতাই তৌনখি। য়ারী পূম্নমক তারবা খঙলবা সুনিলনা নন্দিনিদা মমতাবু মহাক্না চৎত্রিঙৈদা পুংজা অমত্তং উননবা শীনবিনবা হায়জখি। ফীভম অদুগীদমক্তা নোংমা নন্দিনিনা মমতাবু কৌদুনা শীন্দুনা মাগী অচীকপা ইমুংগী কা অমদা সুনিলগা মমতাগা উন্নহনখি। কুইনা উন্নরুদ্রবগী অহ্না-অনাগী নুংশি পিরাংলক্তা মমতাগী অশেংবা য়ারীদুদা সুনিলনা মমতাবু কয়ামুক নুংশিখি। অদুবু মহাক্তি মীরমদা থবক· তৌবনা বেঙ্গলোর নৎত্রগা অমেরিকাদা লৈবা য়াবগী ফিভম লৈরকপনা হোলিক্রদকী লৈশাবী অমা লুহোংদা য়াদদুনা লুহোংলে মরম অদুনা মহাক্না মৈতৈ নুপী অমা ওইনা কাইনবা থুংনবগী লংদাইদা লুহোংলবা চন্নবা মপুরোইবা অমা ওইবদা মতিক চারবা পুকচেল চাওবা নুপা অদুগী ইজ্জৎ সম্মান কনবগা লোয়নননা মঙোন্দা লঙশিল্লিবা পাপ অদু কোকচনবা অমদি নহাক সতিনি খঙহন্দুনা হায়জদুনা ঈশ্বরমক্তি খন্না জ্ঞান তানা পূক্লিংগী অচেৎপা ফিরেপ হোংদোকপীবনা মহাক্কী অশেংবা নুংশিবগী ফল ফংজগে, মহাক্কী ফিভম্না য়াখিদ্রবা পুক্সিদুবুসু ঙাকপীয়ু হায়দুনা পিরাং শিন্থুনা মখুৎ লোন্নদুনা সুনিলনা মথম্মোই শেংনা মমতাদা খুরুমজরে। মতৌ অদুদা খাংঙমদ্রবা মমতানা উনবা লৈররোইদবা মতৌদা কপ্পা কপ্পা 'নয়াথং ইনজবনা নঙগা থুংনজবা শকচরগে' হায়দুনা কপ্পা কপ্পা ময়ুমগীদমক থুনা য়াঙনা চৎম্রে।

ঙসিদি হৌখ্রবা পূম্বা কান্নদ্রবা পূন্সিগী লিলাগুম্বনি খঙলবা মমতানা মপুরোইবনা ওফিস্তগী হল্লকপা ঙাইঙদনা ঙাইদুনা লৈরক্লে। মপুরোইবনা হল্লকপগা চাকচা হৈজাবা লোয়রবা মতুংদা মফি মরোল হোংদোক্তুনা ফমুংদা হীপকদবগী তৌরক্লবদা মাগী বেদকী ফমুংদা মৌ অনৌবী লুহোংবদা ঙাইরিবী অমগুম

মমতানা ফন্নিবদু মপুরোইবনা উরুই। মতম অদুদা ঈংলবা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা মমতানা 'শোমদা অমুক্তা লেঙশিনবিরকউ' হায়না মপুরোইববু তাননবা কৌরকই। মমতাগী অমুক্তা তৌখিদ্রিবা মতৌ অদুদা থওইদ্রবা মপুরোইবা অদুনা 'তুল্লো তুল্লো থেঙলনি' হায়দুনা ফমুং তোঙানবা অদুদা হীপথখি। মমতানা সুং সুং কপ্লদুনা 'অমুক্তদি লাকপিখো কৈদৌবগে' হায়না অমুক হায়রকখিবা অদুনা লোকেন্দু করি তৌরবজাৎনো হায়দুনা তপ্লা চঙশিল্লক্তুনা কাংখল মনাক অদুদা লেপ্লরে। মমতানা তপ্লা মপুরোইবগী খুদাং পায়দুনা 'ফমথবীয়ু' হায়দুনা চিংথরে। লোকেন্না 'করিনো নঙনা ঙসি তৌরিবসিবো' হায়দুনা ফমথরদুনা পিরাং পিরোইনরিবা মমতাবু য়েংলকই। মমতানা নাকন্দা মোংখুম য়োমদুনা লৈরিবা মখুমক্লা লেংজবা তগৎ তগৎ তেকপা কুন্দো পরেংদু মপুরোইবগী ঙকশমদা তপ্লা হুকচখি। চঙক্লরবা মাগী মতৌ অদুদা তগৎ তগৎ তেকপা কুন্দো পরেংদা লুকথনা য়েংলম্বদগী সুং সুং কপ্লিবা মমতানা 'ঐবু ঙাকপীয়ু' হায়দুনা ফমুংদগী কুমথজরগা মপুরোইবগী মখোঙ শোক্লা খুরুমজরকপা অদুদা চঙক্লরবা লোকেন্না মমতাবু চীংখৎপিখি। মপুরোইবনা 'নঙনা করি লানগদগে কপকনু পকচদে' হায়দুনা অনীদু ফমথখি। মমতানা অনীশুবা কুন্দো পরেং অদু মপুরোইবদা 'পঙলবী ঐঙোন্দা হুকপিরো' হায়না পীরকখি। মফম-মরাং খঙদ্রবা মতৌ অমা ওইনা পুকচেল চাওরবা মপুরোইবা অদুনা অনীশুবা কুন্দো পরেং অদু মমতাগী ফজরবা ঙকশম অদুদা তপ্লা হুকপিখি।

# থ্রি ষ্টার

ইন্দিয়ান ইয়ার লাইনগী এরোপ্লেন অদু হৌজিক নোংথক্তা পাইরি। মদুমক মণিপুরগী ইম্ফালদগী ভারতকী কোনুং দিল্লি য়ৌনা পাইগদবনি। প্লেন মনুং অদুদা খেলেম্বদু য়াম্না নিংবা কাইনা ফল্লি, মহাক্কী নিঙমদনা য়েংলিবা মিংয়েং অদুদা হৌথ্রবা থৌদোক কয়া শং শংনা উবগুম্না তৌরি।

অহীং অমাখক্তা ঙাইহ্রে, ঐনা ইমা লৈবাক মণিপুর অসি থাদোক্লুনা সার্বিসক্কীদমক চৎকদবা, মহৌশাদগী নুংশিনরকপী মতৌলৈবীদু পাবুং ইমানা মাগী পাবুংগা য়ানদুনা ঐঙোন্দা লুহোংনবা শিনখ্রে, য়ানখ্রে। অদুবু হন্দক্কী ছুটি থোরকপা অসিদদি নংহৌদ্রে, মরম অসিনা ঐগী ব্রাখলসে মতা অমা ওইনা লাংই। ফিরোল নান্না শেৎলল্লগা পাবুংগী অলতো অদু তোংদুনা অয়ুক পুং তরারোম তারমদাই অদুনা মতৌলৈবীনোয়গী ময়ূম তল্লকই। নুমিৎ অদু কৃষ্ণজন্মা নুমিৎনি। মতৌলৈবীনী অশেংবা অমতং শঙলীংবদগী মখোয়গী য়ূম অদুদা ঐ ঙাইঙমদনা থুংলপিবানি। মহাক ফু শুদুনা লৈরমই। ঐনা মাবু উশিন্নদা মখোয়গী ইমুং অদুদা চংলগা 'ইমা ঙসিদি মতৌলৈবীসে লাই খুরুম্বা চংমিন্নরুগে, করি হায়গে' হায়না মাগী মমা ইবেম্মা অদুদা হঙজে। মমা ইবেম্মা অদুনা হৌরক্লা খোঙ্জেলনা 'নঙগী তামো খেলেম্বা লাক্লি, কৃষ্ণ জন্মগী লাই খুরুম্বা চৎলুসি হায়রি, চৎলুগেরা থোইবী' হায়না লাউখ্রি। মতৌলৈবীনা 'হোয় ইমা ঐ লাক্লে' হায়দুনা হৌরপ লাউরকই। ঐ সোফা মথক্তা ফম্লম্বদুদা মাগী বাহৈ অদুনা অমুক্কা নুংঙাইহল্লি।

মপুং ফারবা পূর্ণিমাগী থাজগা পাংখক ওইরবী মাইথোং অদুবু য়েংজনা

কাইনাগী লম্বীগী অচিকপা মফম অমদা মতৌলৈবীগা ঐগা ফমিন্নদুনা চিলোক্লরি। মহাক ঐহাক হান্নদগী নুংশিনদুনা লৈরবসু হন্দক্কী হায়না শিংনবা মতৌগুম লুহোংবদা য়ানরক্লিবা অসিদা মহাক্কী ব্রাখল অদু করি লৈবগে হায়বদু ঐনা খঙনিংবনা মফম অদুদা পুরক্লিবনি। অহানবদা ঐখোয় অনী ব্রা কয়া ঙাওনদে। খঙহৌদনা ঐনা হায়দোকখি—'নঙগী শম অশাংবদুদি কনানা ককথৎলিবা?" মহাক্না হায়রকখি—'তামোদা ঐনা ককপিয়ু হায়জবা অদুদা য়াদবদগী পার্লরদা ককচবনি।" তাঙা অদুদা ঐনা চিংলেম্না তপ্না হায়খি—'মতৌলৈবী, ঐনা নঙবু মফম অসিদা পুরক্লিবসে নঙগী অরেপ্পা থম্মোয়গী ব্রাখলগী মতৌ অদু খঙনিংবননি।" মতাং অদুদা মতৌলৈবীনা লুলুক্লনা—'তামোগী অপাম্বদু ঐগীসু অপাম্বনি, মদুগী মথক্তা মতাং অসিদি ইমা পাবুংগী য়াথংসু ইঙ্গবা মতৌমক্লি' হায়রকখি। ঐনা থম্মোয় পেন্না মাগী শুমহৎনিঙাই ওইরবা শক্তম অদু য়েংলগা —'হয়েংদি ঐদি শোয়দনা মথংগী নঙ ঐগী লুহোংবগী ছুটি লৌবা মতম অদু ফাওবা লৈননবা চৎলগনি, নঙ নঙগী নামাগা হোরোল নুমিদাং ঐখোয়গীদা চাক চরা অমতং পুন্না চামিন্ননবা লাক্কদবীনি, ইমাসু ঐনা হায়জরম্লবনি' হায়খি। মতাং অদুদা হুমাং ইরিক কারবী মতৌলৈবীনা হায়রকখি—"ইমানসু য়ারদুবো, ঐসু নায়াথংদু শোয়দনা ঙাকচগনি। তৌবতদি নঙনা হন্দক অমুক ছুটি লৌরকপদদি থা অহুমগী ওইনা লৌহন্নিংঙি মরমদি মতম অদুদা নঙ ঐ লুহোংবগা লোয়ননা হোনিমুন ফাওবা চৎমিন্ননিংঙি"। মতম অদুদা ঐনা মাবু নুংশিনা য়েংলগা— 'ফরে, হৌজিক্তি নঙ ঐগী মাঙ্গলগীদমক শ্রী শ্রী গোবিন্দগী দর্শন ফংলুরসি।"

মতাং অদুদা অশংবা শারিনা লৈতেংবা ইয়ার হোস্টেজ অমনা 'অপকা চাই' হায়না খেলেম্বদা হায়রকই। খেলেম্বনা হায়রপ খংনা মমাংগী চা অমসুং অচাপোৎ থমফম অদু চিংথোকচৈ। শকহেনবী ইয়ার হোস্টেজ অদুনা চা অমদি অচাপোৎ থম্লমই। চৎপ্লিবী নিংথিরবী অদুবু মুন্না য়েংজরুরগা মহাক অমসুং মতৌলৈবীনা লুহোংবগী নুমিৎ অদু নিংশিংজে। কোলকাতাদা মিৎকুপ খরা প্লেন্দুনা তারম্লগা অমুক দিল্লীগীদমক পাইখৎলে।

কাশ্মির লালহৌবশিংনা সিফাই অনীগা কেপ্তেন ওইরিবা ঐগা নমদুনা ফারগা ঐখোয়গী ড্রেশ ফাওবা শিন্দোকহল্লগা পাকিস্তানগী বোর্দরদা পুশিল্লকখি। খঙহৌদনা পাকিস্তান আর্মিনা ফাদুনা লালহৌবনি হায়দুনা ঐখোয় তরেৎ জেলদা

থমখি। লালহৌবা মারি অদুনা ঐ অমদি ঐগী কাংবু অদুবু মিং ফাওবা লোংহনখি। মমৈদা মতম খরা লৈরগা তাঙ্গা ফংদুনা পাকিষ্টান জেলর অদুদা ঐখোয়না অশেংবদু তমজখি মতুংদা ইন্দিয়ান আর্মি ওঠোরিটিদা পাও পিথ্রবগী মতুংদা ঐখোয় থাদোরক্কুনা দিল্লীদা থুংলখি। দিল্লীদগী ফিরোল খরা লৈরবা মতুংদা ঐখোয় ঐখোয়গী লমদমদা চৎননবা ঐখোয়না লাংখি।

নুংথিল নুমিদাংবাইরম অদুদা ঐ চরাংননা য়ুমদা থুংলখি। মীনাই রামুদু মথন্তা লৈরমই। মহাক্কা মমা অমসুং মাগী পাবুংদু চৎত্রবা য়াদ্রবা কর্ম্ম অমগী চজিংদা চৎখ্রি। অদুগা খেলেম্ববু ইন্দিয়ান আর্মিনা লৈখিদ্রে হায়না লাউথোরকপদগী মতৌলৈবীদু ব্রাম্থখি অমদি নাখি। ডাক্টর অমনা কন্না শেন্নবদগী ফগৎলকখি। মাগী নুপী লৈখিদ্রবা ডাক্টর অদুদা নপাবুং অমদি নমানা মহাক্কী য়াইফনবা ডাক্টর অদুদা থাজখি হায়না খেলেম্বদা লীরকখি। পাউ অদুনা ঐগী ব্রাখলসে ককঙাওনখি। কোক ঙাওশল্লকপনা ঐনা ফমুংদা চংদুনা ফি কুপশিন্দুনা পোত্থাখি। তাঞ্জা অদুদা কুইনা তারুদ্রবা তাম্নগী খোঞ্জেলনা মাগী ওইজবী মতৌলৈবী খোঞ্জেলদু তারকই। ফমুংদা হিপ্লিবা অদু মকুবোক ওইরমগনি খন্দুনা ফমুংদুদা ফমথরগা মকুবোকপু হৌদোক্লকই। ঐনা তপ্পা হৌগৎখি। মতৌলৈবীদু অহানবদা মীপাইরুরবনি অদুবু ঐনা 'পাখৎকনু' হায়দনা থেম্লগা মহাক্কা মতম অমদা ওইখ্রিবা ব্রারীশিং অদু মতৌলৈবীদা লীখি। মতৌলৈবীদু ব্রারী অদুনা খাওঙমদনা মীৎলু পিরাং খাঙলগা 'করম্মদি তৌনি লাইবক্কীনিদনা' হায়জরকই। তাঞ্জা অদুমক্তদা থোঙ্গালদা থারিবা কার অদুদগী হোরোল খোংলকখি। উপাই লৈত্রবা মতৌলৈবীনা পিরাংশিংদু তপ্পা তৈথোকচরগা 'ঐ চৎলগেকো' হায়রম্লগা চৎখি। ঐনা থোঙজিন মপান অদুদা চৎখ্রিবী মতৌলৈবীবু মীৎ কুপ্তনা নিঙমদনা য়েংহৌখি।

হৌখ্রবা পুক্নিগী নুংশিনিঙাই ওইরবা মচং ওইবা থৌদোক খরা নিংশিংনা খেলেম্বদু হৌজিক্তি প্লেন অদুনা দিল্লীদা তারবদা মমিৎতু চেজেৎ উইশিল্লগা অমুক পাংথোকচরগা প্লেন্দগী কুমথরক্লে। নুমিদাংবাইরম অদুদা দিল্লীদা অহীং অদুমা লেল্লগা মথং নোংঙানবগী অয়ুক্তা কাশ্মিরদা চৎননবা শেম শারে। কাশ্মিরদা চৎকদবা সিফাই কয়াগা লোয়ননা ব্রা ব্রা অহীংদু লেল্লগা মথংগী অয়ুক অদুদা সিফাই কয়াগা ত্রেনগী সিফাইগী দাবা অদুদা ফমথমিন্নখি। কাশ্মিরদা থুংলরবগী মতুংদা সিফাইগী গার্ডিনা লদাক্কী লেহদা খেলেম্বনচিংবা অদু পুখ্রি।

ঙসিগী অয়ুক্তা খেলেম্বা আর্মিগী খোঙউপ খোংগ্রাউ শেৎচিল্লগা মোজা ফুরিৎ অমা লিৎলদুনা চা থক্কুনা থোঙনাওদগী লেহ্গী চীংগী দৃশা অদু য়েংখি। য়েংনা য়েংনা মাগী নুপীগী নীংথিজরবা শক্তম অদু নীংশিংনা পেন্দবনা পিগী ইরা ফাওবা হৌরকই। মমৈদা আর্মি খরগী মখোল তারকপদা জ্ঞান লাক্কুনা মাগী মমাং ওইরপ লৈরিবা চৌক্রিদা য়াল্লিবা মহাক্কী আর্মিগী ষ্টার অহুম থেৎপা কমিসন হায়না থাবা রিবোন নপ্পা ফুরিৎ অদুদা মুন্না য়েংলকখি। ষ্টার অহুম অদু মশেক মঙালগা লোয়নন‌া মহাক্না উরকই। মতম অদুদা সিফাই অমা চংলকই, ‘সার পাকিষ্টান আর্মিনা লাইন ওফ কন্ট্রোলদা নোংমৈ কাপশিল্লক্লে’’ হায়না সেলুট পীদুনা হায়রকই। মমিৎ কুপ্তুনা ষ্টার অহুম অদুদা য়েংলম্বা খেলেম্বনা আর্মি অদু থোকখিনবা সাইন তৌখি। মমৈদা ষ্টার অহুম য়াওবা ফুরিৎ অদু লিৎশিন্দুনা খোংগ্রাওনচিংবা শেল্লগা খল্লকই–‘ঐ ষ্টার অহুম কারবা আর্মিগী কেপ্তেন্নি। ঐ ইরৈবাক্কী সেবাগীদমক্তা কৎথোক্লবা আর্মিগী ফম্লাইবা অমা ওইরগা করিগী ইমুং-মনুংগী অমদি নুংশি নুংঙনগীদমক্তা পিরাং শিন্থুনা অনুতাপ তৌদুনা লৈগদবনো, ঐ ঐগী ইথৌগীদমক্তা লাকপা নৎত্রা? মসিদা থৌনা হুন্দুনা ফম্বংনগদবা নত্তে’ হায়না খন্দুনা খুলাইগা কোন্ননা মপান থোরক্লে।

মাগী ওর্দরগী মতুংইন্না ইন্দিয়ান আর্মিনসু পাকিষ্টান বোর্দরদা নোংমৈ কাপশিনখি। মখোয়নসু হনবা লৈতনা কাপশিল্লকখি। পুংখাই অমারোম নাকল অনীনা নোংমৈ কাপ্নখি। মতুংদা খোঞ্জেলশিং অদু তুমিন্না লৈনখি। লাইন ওফ কন্ট্রোলদগী লাপলপ তৌবা মফম অমদগী লালহৌবা অহুম ফাদুনা পুরকখি। মখোয় ইন্দিয়ান আর্মি অমদি পাকিষ্টান আর্মিনা কাপ্নরিঙৈ অদুদা তাঞ্জা লৌরগা লোন্না চংলকপদগী ফাবনি। মখোয়বু কেপ্তেন খেলেম্বনা ফু চৈদুনা রাহং পাওহং কয়া তৌদুনা জবান লৌরগা পুলিস্তা শিন্নখ্রে। কেপ্তেন খেলেম্বগী মিং না শিংবা হৈথোই শিংথোইবা মতৌদা নত্তনা লালহৌবশিংদা অকনবা মিৎয়েং থম্বা অদু লালহৌবশিংনা মাঙজৌননা মমাংদগী খঙনরিবনি।

ঙসিদি খঙহৌদনা সুইসাইট এটেক্ট অমনা বোম পোকখাইহনবদগী ইন্দিয়ান আর্মিগী মীওই কয়া লেহদা লৈখিদ্রে অমসুং অশোক অপন কয়াসু য়াওখ্রে। মখোয়শিং অদুগী মরক্তা লালহৌবশিংনা হান্নদগী তার্গেট তৌদুনা লৈরক্লিবা কেপ্তেন খেলেম্বসু শিদুনা তাদুনা লৈরম্লে। সবকারগী মরি লৈনবা ওঠোরিটিনা তৌফম থোকপা কয়াগী মতৌনা এরোপ্লেন্দা খেলেম্বা মণিপুরদা থিল্লক্লে। মতম অদু মতৌলৈবী অমদি মাগী মপুবোইবা ডাক্তর সুরেসনা মমাগী লায়েংবগী

মুম্বাইদা থা অমা লৈরুরবা মতুংদা খরা ফরক্তুনা মণিপুরদা থুংলরবা নুমিৎকী নুমিদাংবাই অদুদনি। অনী অদুনা মনেমবোক মকুবোক শক্লবা খেলেম্বগী মমা মপা অদুগী ফিরোলনচিংবা খরা লৈরকপদু পিরুনবা মারুতি জেন অদুদা তোংলদুনা থুংলরবা মতমনি। ডাক্তর সুরেশনা কারদা থোঙ্গাল অদুদা ফমদুনা লৈরগা মতৌলৈবীনা হোবে হোবে খেলেম্বগী যুম অদুদা চঙলকপনি। খেলেম্বগী অশিবা মশা অদুদা ফিঙৌনা কুপ্লগা মমা অদুনা মশা অদুবু কোল্লগা তেংথরিবা অমদি মীয়াম্না ইকোই কোইশিন্দুনা পিরাং শিন্থনরিবা অদু শুমাঙ মতোন অদুদা মতৌলৈবীনা উখি। মহাক জ্ঞান মাঙবগুম তৌরকখি। মহাক্না পুরকপা ফিরোলশিং অদু লৈমাই অদুদা থাদরল্লগা কল্লপ থোকখি। মতুংদা মপুরোইবা অদুগা কার অদু তোংদুনা থৌরকখি। মশাদু কপ্লিংবনা খাংঙমদ্রবসু, থম্মোয়দু হেন্না শোক্না মিৎলুদগী ইরা ইহৌরক্লবা মিস্না অদুবু মপুরোইবা অদুনা খঙখিগনি কিজবনা খা চিক্তুনা খাওজখি।

## ঐ পোকপদগী ৱারেকো

কাজলগা ঐগা য়ূমদা লৈরিঙৈদা নোংমা সুনিতি, সপনা অমসুং মখোয়গা লোন্দিন্নবা নুপীদা খরা ঙাওজবা শশি লাকখি। ঐগী নুপী কাজলগা লোয়ননা মমিং হাইরপ লৈরবী নুপী অনীদুগা শশিগা নোক খেনা ৱারী শানখি। সোফাগী কা অদুদা মখোয়না মোবাইল ফোন্দা অতোপ্পা মীওইশিংগসু ৱারী শানবদু ঐ অদুমক তাখি অদুবু অকায়বদি কা হেনবা য়াওদে, মখোয়গী ৱানোম ৱাথিনগী ওইবা ৱারীনা নম্মী। অচা-অথক কয়া চানরবা মতুংদা নুপী অনীদুগা শশিগা চংশ্রে। কাজলগা ঐগা ৱারী শানরুবদা মখোয়গী থবক ইনখাং ৱানোম ৱাথিনগী ওইবা ৱারীনি হায়খি। ঐদি পৈশা-নুংশা থবক তংলবগী মতুংদগীদি থোক্রুবনা কাজলনা মরক মরক্তা পুশিল্লকপা পৈশানা ঐগী ইচানুপী অমগা নুপামচা অমগা ঐগীদমক্তা ৱাজরবী ইমাগা মানা থাকপা হায়বদু ওইরি। নুপীনা শেল তাল্লগা থাকপা, নুপীদগী খরচকীদমক্তা পৈশা নিবা কয়াদা অৱাবনো হায়বা লিন্না চিক্লিবা মীনা লিনগী মহূ খঙদে হায়বগুম্বনি। কনাগুম্বনা খঙবা য়াওরবদি কয়ামুক ৱানা তোন্না লৈবা হায়বদু হায়দুনা কান্নদ্রে খঙলনি। মদুগী মথক্তা নুপীনা য়ূমদগী ফিরোল নান্না শেংতুনা ৱানোম ৱাথিন তৌবা মীয়াম্মা শোয়দনা লান্না লৌনবা মতৌনি। অহোইনদুম মীয়াম্মা চিননা ঙাঙনবা অদুতা নত্তুনা মতমগী ফীভম্মা পূকচেল চাউথোক্লিবা হায়বদি নুপীগীসু অনীংবা অপাম্বা নুপীগী থাক ৱাংখৎলকপগী মতুংইন্না সতিত্ব ঙাক্লা চৎচবদা নমথবা পামদবা মতৌ ওইজরগসু চিংনরক্তবদি ফিভম কয়ানা ঙম্লক্তে। অদুবু মাগী থবক অসি নৎত্রবদি ঐদা নত্তুনা ইমুং অসিগী পূক্নি কয়ানা মীমান্ননা হিংবা ঙমদবা তাবনা ঐ ঙসিসু থম্মোয়দদি কপ্লবসু ইখা চীক্লা খাঙলক্কি। নুমিদাংৱাই অদুদা বজারদা ঙাইহাক থোক্তুনা

ইমান্নবা কয়াগা চা থকমিন্নদুনা ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক শানরুরগা য়ুমদা হল্লকপদা য়ুম য়ৌফাৎত্রিঙৈদা ঐগী নহান কাপ্লম্না ফোটো অদু লৌগদবদু নীংশিংলকপদগী তন্না বজার অমুক তল্লকই। পাওনা বজারগী ফোটো ষ্টুদিওদু থোঙ লোনবা হৌরম্মী। ঐনা খামদুনা মনুংদা চঙলকই। তাঞ্জা অদুমক্তা সুনিতি অমসুং সপনাদু মখোয়গী ফোটো অমা পুংফম অদুমক্তা লৌদবা য়াদে হায়দুনা চঙশিল্লকই। ফোটো ষ্টুদিও অদুগী মপু অদুনা মীসু কনামত্তা লৈত্রে কোন্না লৌরো হায়দুনা য়াজদ্রবনি অদুবু সুনিতি অমদি সপনানা ঐখোয় হেক্তা থিগে হায়দুনা নমদুনা নুপা অদুদা অরৈবা ফোটোশিং অদু পুথোকহন্দুনা ঐখোয় অহুম চঙনা মখোয়গী অমদি ঐগী ফোটোশিং থিরকই। ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী নুপী কাজলগা শশি হায়বা নুপীদা ঙাওবা নুপা, পৈশা পায়বা অদুগা ফোটো কাপমিন্নবা অমা থেংনরুরে। ঐ তু খ্যাও চুংখি। সুনিতিনা খুমজিনখিদনা ফোটো অতৈ থিহনখি। ঐনা ফোটো অদু তনলৌ লৌথোকখি। সুনিতি সপনা অমসুং ষ্টুদিও অদুগী মপুনা মদুদি মশা য়াওদনা পূবা য়াবা নত্তে হায়না থিংখি। ষ্টুদিও মপূ অদুদি করিমত্তা খঙজবা নত্তে, অদুবু নুপী অনীদুনা লোন্না শীকপদগী জ্ঞান মান ইতা তাদনা ফোটো অদু পুদনবা হায়খিবান; অদুগা অমুকসু রিসিপ্ট য়াওদনা পুফমসু থোক্তবনিনা হায়বনি হায়বসি, মপু অদুনা হায়জবদগী ঐসু য়াখি। ঐনা মপু অদুদা হয়েং পূং ৮ তাবদা ফোটো অদুদা য়াওরিবা নুপী অদুমক পুজরগা লাক্কে হায়বদা হয়েংদি বজার বন্দনি হায়দুনা য়াবীদ্রে। ঐ নীংঙমদনা ঐগী ফোটো অদু ফাওবদা থিদুনা পুরক্লে, ঐ কোক য়াম্না ঙাওনা য়ুম য়ৌননবা লাক্লে।

ঐনা ৱারী অদু লীরবা মতুংদা শাঙনা ঙাও শক্লিবী অদুনা ঙাও শকপা য়াম্না হৈবী তথোৎলবী খোঞ্জেল অদুনা শশিনা মশামক্তা মান্নবা খুঙ্গংদগী নুপী অমগা নুংশিনবনি শখি কৌই হায়খি। শখি হায়রিবী নুপী অদুমক তশেংনা কাজল মশামক্কী শক্তমমক্তা চপ মান্নবনি হায়দুনা ঐবু নমথখি। ঐনা চিংদি চিংনরগা মানা হায়জরক্লিবা অদুদি ওইবা য়াবা ওইবগা নেমথরে, অদুম্মক থম্মোয়দুনদি ইপেন পেন্দনা খাঙবা তাখি। বন্দগী নোংঙানবদুদা ঐনা কাজলদা বজারদা মচা অনী অদু পুদুনা পোৎ চৈ খরা লৈরুসি ফোটোসু য়েংলুরসি, ঐগী চিংনবসিবু কোকহনবীরো হায়না হায়জবদগী ঐখোয় লাক্লে। পাওনা বজাররোমদা লাকপদগী কাজলনা ঐবু হীদাক খরা লৈবীরকউ, মখোয়দি ষ্টুদিও অদুদা লৈজরম্লগে হায়দুনা হীদাক লৈরগা তপ্না লাকখি। ষ্টুদিও মমাঙদা সুনিতিগা সপনাগা লেপ্তুনা লৈরম্মী অদুগা কাজল অমদি ইচাশিংদি লৈরমদে। ঐনা সপনাদা 'কাজলগা ইচাশিংগা

উব্রা' হংবদা সপনানা কাজলদি ফোটোগা পুরগা শখিগা লোয়ননা উশা সিনেমা হোল মনাক্কী হোটেল অমদা লৈরমগে লাক্লো হায়রম্মী হায়বদগী ঐ সপনা অমদি সুনিতিগা লোয়ননা উশা সিনেমা মনাক্কী হোটেলদু তম্লকই। লম্বীদুদা সুনিতি অমদি সপনানা ঐনা চিংনরিবা পুম্বদু শেংলবনি, কাজল তশেংনমক পৈশাগীদমক্তা শশিগা মরী লৈনম্লবনি হায়বদু তশেংনা তম্লে। ঐ কোক ঙাওখৎলকখি।

হোটেল মনুংদা অতোপ্পা নুপা অহুম মরিগা কাজলগা ঐগী ইচা অনীদুগা লৈরম্মী। সপনা, সুনিতিনা ঐবু খুৎ শমদে মতাগুম পুশিল্লক্লুনা ফমহল্লবদা কাজলনা তপ্লা হায়রকই, 'সপনাগা সুনিতিগনা লীরবনিনা নহাকমক্লা তশেংনা তাররিগনি, নহাক্লা চিংনরিবদু তশেং তশেংলে ঐহাক ইতোমতা ইয়ুম ইপামদা চৎপা তারে অদুবু অঙাং অনীসিনা মখোয়দি মপাগা লৈমিন্নবা ঙম্লোই মমাগা লৈমিন্নগনি হায়জবনা ঐনা ইচাশিং অসি পুজখ্রগে' হায়রক্লে। নাকলদা ফম্লিবা নুপাশিং অদুনসু 'ভাই, অসুম্বা নুপীবু অমুক হন্না লৌবা হৌনদে, মপামদা থিনবীরম্লগে' হায়দুনা পুম্নমক থোকখি। ঐ পাঙ্গল শুকথোক থোকখিদ্রে। জ্ঞান মাঙবগুম তৌরক্লে।

ফমুংদা ইমানা ঐগী হকচাংবু ফি অচোৎপা অমনা নমদুনা লৈরম্বদুদা ঐ ঙকখি। ঐগী কোকসু চোৎপগুম তৌই।

— ইমা ঐ য়ুমদা করম্না লাকই।

— নঙগী মরুপ শরৎনা ওটোদা থিল্লম্বনিনে। নঙদি জ্ঞান অমত্তা য়াওদ্রবনি পদ্রাক পদ্রাক তারবনিনে।

— ইমা ঐ হৌজিক করি তৌগনি।

— করিমত্তা খল্লুনু ইচাসিদি, ইমা লৈরিবসিদি, মাদরা নুপীবু, মাগুম্বা ওক্তবী নত্তবা নুপী কয়া লৈবাক অসিদা লৈরিবসিদি। মাগী ওক্লবা লমচৎনা থাক্লুনা হিংগদবগী শরুক শিখিবনা হেম্না ফৈ।

— অদুবু ইমা, ঐনা পৈশা থোক্লবা উপায়দি লৈতে।

— করিগী লৈতনি, মতম খরা অদুক খাওবগী বানি, নঙগী নশাদা অশোয়বা অম্না লৈবা নত্তে, মতমদা 'ভাইয়ু ইমানা হোৎনদুনা নঙগী পুর্নিমা লাক্লি ফাওবা ঐনা থাক্লনি। ইমা লৈরি, নঙবু হেক পোকশীবা নমা শিদ্রিনে সুন্দর।

ইমানা ঐগী থম্মোয় ফজিন্নবা মখৌ পোঙনা ঙাঙখি। ঐনা ইমাগী চিম্বুক্তা

খুন্না ঙমদবনা হন্থখি, অদুমক ঐনা ঐগী নুংশিজরবী ইমাগী মীৎলু ঈরা ঈহৌবদুবু মানা লোৎখিবদুদি উহৌখি।

লৃপ কয়ানা য়ু থিংখিবদগী য়ু মফংলক্রবা মতম অসিদা চমোৎ চদাইনবা য়ু থকপা য়ুঙাওবা অঙাও অফে মানবা কাঙবু কয়া অদুগা তিন্নশিন্নদুনা মখোয়না কদায়দগী য়ু ফংদুনা থক্লিবনো হায়দুনা ইন্নদুনা মহৌশা য়ু য়াম্না থক্রম্বদগী চহী নিপাল্লোম তোক্লরবা তুংদা য়ু পঙনা পঙনা থকপা হৌরক্লে। ঐগী য়ুঙাও থীবা মতৌ অদুদা মীওই কয়ানসু নুংশিনদ্রে, ইমানসু চজীক লেম্বদা লোইরে হায়দুনা ঙাঙ শকখি। অদুবু ঐদি অদুমক থক্লি। অসুম্না অসুম লেল্লকপদগী নোংমগী অহীং অমদি ঐ ঈ ওরকখি। ইমানা ঈ ওরকপদু উরকপদা পাখৎখিদুনা অহীং অদুদা য়ূম্লোন্নবা কয়াগী মরী মতাশিং অমদি মরূপ-মপাশিং থি থিদুনা ময়ূম ময়ূমদা থোঙ থীন্দুনা কৌরুবদা কনানসু থৌওইনা তাবীদ্রে। য়ু থকমন্দুনা ঙাওমন্দুনা তৌরিবনি হায়দুনা লাকপীদ্রে হায়না ইমানা থম্মোয় চাক্লা ঙাঙ ঙাঙদুনা কপ্লি। তাদা ধনা লাক্লে, মহাক রিক্সো থৌবনি। রিক্সো পুদুনা লাক্লবদ' ইমাগা তাদা ধনাগনা ঐবু রিমস হোস্পিটালদা পুদুনা লায়কন্নরে। মমৈদা ইখুরা তোমালনা পাউ ফংবদগী পৈশা পুদুনা লাকপদগী মমল য়াম্নবা হীদাক কয়া কাপশিন্দুনা অহীং অদুমা লেল্লগা খরা ফরকপগা নোংঙানবদা য়ূমদা লাক্লে। ইমানা ব্রামন্দুনা মুরুম মুরুম শোল্লি। ঐঙোন্দদি কন্না হায়বদি ঙমদবা মতৌ অদু নুমিৎ নিনি হুম্লি অদু ফমুং অদুদা লৈবদু ঐ খঙখি। খুরা তোমালনসু য়াম্না ঙাঙলম্মই। অদুবু হীদাক লাংথক্কী লুপাদি মরাঙ কায়না অদুম পীরম্মী। ইমাদু ঈশিং হোনবগী, শীং খায়বগী, ব্রাইরম শেংবগী, ঐগী সেবা মর্মশ অরাকপা মীগা ব্রারী শান্নবদা মশাদু হুমাংনা অদুম চোড়ুনা লৈবা ঐসু অদুমক উই, খঙখি।

ঐ হৌগৎ কাংখৎপা ঙম্লে। মরূপ-মপাং কনামত্তা চঙলক্তে। অথকপসু থক্তবসু, ব্রারী শাননিংঙাই লৈতবদগী ব্রাখলনা ঐ থোঙ্গাল ফাওবা থোক্লগে তৌবদা ইমানা থিংলে। ইমানা ফিভম অসিদা য়ু অমুক থকচিল্লবদি ঐ শোয়দনা শিরগনি, ইমাগীদি নথন্তনি, মনি মতুমনি, ইমাগী চিত্তগী মৈরী চুখৎনবা নঙতনিনে হায়দুনা ঙাঙমনবদগী ফমুংদা অমুক হীপখি। নোংমা অহল অমনা মেদিটেশন তৌদুনা অরা-অনা কাউবা ঙম্মী, কোকপা ঙম্মী হায়বদু নীংশিংলকই। ঐনা য়ূমদগী মপান থোক্তনা মেদিটেশন তৌদুনা লাইরিক খরা খরা পাবা হৌরকই। চহী হুম্ফুত্তরা হেল্লবা ইমানা কৈথেলদা লুকমাই পাল্লুরগা হল্লক্লগা চাক থোংই। অয়ুক্তা ঈশিংগী শীংগী চাগী চাক্কী অমুক হোবে হোবে মৌ অনৌবীদগী

খরা হেল্লি। ইমাসে ঐগীদমক্তা ব্বারে হায়বা ঐ খঙদবদি নত্তে। নোংমগী অয়ুক চাক চাবা তোক্লগা লেট্রিনদা চৎকে হায়দুনা ঐনা তৃমিন্না থোরকপদা ইমানা মমীৎতগী পিগী ঈরা মতুম মতুম তানা কোল্লিক ফেংলিবদু উরুই। খুইরবা হুকচাং অদুদা হামুকনচিংবা তৈবগা লোয়ননা শেন্দল তোংদ্রবা মখোঙ অদুদা লৈনাংনচিংবা তৈবদুসু উখি। খুইরবা ঙৌরবা মাগী মরায়বক অদুদা হুমাং কারিবদুসু উরকই। ঐসু থম্মোয় ফাজিন্দুনা লেট্রিন্দা চঙলে। ইমাদু মফি-মরোল শেৎচিনবা লোইরদুনা কৈথেল চৎনবগী শেম শারি। ঐনা ইমাগী মনাক্তা তপ্না চঙশিন্দুনা মখোঙ শোক্লা খুরুমদুনা পিরাং চোন্না "ইমা নঙ ঐ পোকপদগী ব্বারেকো" হায়না হীক্লা হীক্লা কপ্পী। ইমানা ঐবু কোনখৎপীদুনা ফমহল্লগা হায়রকখি, "ইমানা করিগী ব্বারুগনি, নঙনা জ্ঞান তানা মীনা থিংবা নত্তনা য়ু থকপা অদু তোক্লগা ঈশ্বরবু খুরুমদুনা, থাজদুনা ঈশ্বরনা পীরকপা চৎন-পথাপ অমদি ইপা ইপুগী চৎন-লোনচৎ অদু চত্তুনা মী অমদি ওইখিগেকো খন্না, লমহেনবী অদুনা হেনখ্রবসু, মাদরা নুপীবু মঙোন্দবী হেনবী নুপী অমা থিদুনা তুংদা ওইরকখিগদবা লুরবা পুন্সি অদুদা মকা লাম্না পাল্লবদি ইচা ইমৌগী মপান্দগী ইমানা মীৎকুপ অমত্তসু নুংঙাইজবা ফংজদুনা ইচা পোকপগী নুংঙাইবা হায়বদু ওইরকখিগদবনিনে, জ্ঞান তাউনে ইমাগী ইবুংঙো। ঈশ্বরবু থাজরবদি ঈশ্বরবু থম্মোয়দা চেৎনা লাৎচরবদি আশা লৈগদবনিনে, ঈশ্বর থাজদ্রবদি আশাসু লৈররোই, ইথক ঈরৈ নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা ঈপাক্তা হিহোন্ননবা নৌ য়াওদনা হিনাও অমদা তোংলিবা মী হায়বদু নঙ অদুমক ওইবা তাবনিনে। চৎলে চৎলে ইমা কৈথেলদা চৎলে, চখোক্লমগনু" অসুন্না ইমাদু লুকমায় মকোক্তা থাঙ্গৎতুনা চৎখি।

# অহেনবা পামজবদগী

দিমাপুর টাওনগী সন লাইন টেলরগী মেছিন রুম মনুংদা নরেশনা পূম্নমক্না থবক থানখ্রবসু মথন্তা মপূক্লিং চঙনা থবক শুরি। মতম অদুমক্তদা মেছিন রুম মনুং অদুদা মাগা কাবক কাবক তিন্নরম্বা মণিপুরগী মরুপ জয় খঙহৌদনা থুংলখি। মণিপুরগী মাগী মরুপ অমনা মফম অদুদা থুংলরবা "অদুদা নরেশনা হরাওদুনা জয়বু তরাম্না ওকখি। জয়না মহাকসু শেল তান্ননবা লাক্লবনি, মরম অদুনা মফম অদুদা থবক শুমিন্নরসি হায়দুনা নরেশতা হায়জখি। মমৈদা অনীদু নরেশকী ভারাগী য়ূম অদুদা থুংলরদুনা চাক-ঈশিং চামিন-থকমিন্নদুনা পোখানবা শেম শারে।

"জয়, জয়, ঐসু চহী অমা-অনীসিদা লুপা লিশিং কুন কুম্ল্লাদং তানগে হায়দুনা টাওন অসিদা থুংলখিবনি। হৌজিক ঐনা লৈরক্লিবা অসি চহী অমরোম ফারকদৌরি অদুবু পংয়াম য়াম্না তানবদি ঙমদ্রি...।"

"ঐসু ওম্বোকপা কর্ম্ম অমা থোক্লবগী তুংদা লাক্লবনি।"

"করি কর্ম্মনোনে?"

"মণিপুরগী লুহোংবা অঙকপা মতৌ অমা ওইরে, ইনাক খুনবশিংগীদি মপাল নাইদ্রে, লাখ-লাখনা খুজিংনি। অদুনা লায়রবশিংসু ইনাক খুনবশিংগী মতুং ইন্দুনা লাখতগীদি তানদ্রে। ঐগী ইচেদু লুহোংবদা লৌ শঙম অমথক লৈজবদুসু পুরা য়োনখ্রে। হৌজিক লায়রবী ইমা লুম্রাবী অদুনা লূকমাই পান্দুনা ঐখোয়বু থাকপা তারক্লে। মরম অসিদগী ঐনা হৈজরিবা ফুরিৎ তুবগী বিদ্যা অসিদা হিংননবগী লম্বী ওইরগে লেপ্লে। মণিপুরদদি হৌজিক্তি বিএ, এম এ, দোক্তর, ইঞ্জিনিয়ার থবক ফংনদ্রে পুরা তাউরে অদুগী মথক্তা ফমহাপ-তুহাপসু

চপ লেপ্পামক নৎত্রবসু পংহাপ হাপত্রে। মরম অসিনা বিএ পাস তৌরবসু ঐ, ঐগী ফুরিৎ তুবগী বিদ্যা অসিদা হিংনবগী লম্বী শেপ্পা তারবনি।"

"অচুম্বনি, সরকারগী সার্ভিসতা ঙাইবা য়াবা হৌনদে, মহৈ-মশিং হৈরবা মীপুম খুদিংমক সরকারগী থবক্তা তান্নরবদি সরকারনা কদায়দগী থবক পীবা ঙমগদগে, খুৎশা হৈবগী লমদা মাগী মাগী হৈনজবা বিদ্যাদা শেল তাল্লগা পৃক্তি লানফমদা য়াওবা তাবনি।"

"ভায় নরেশকীনা অদুক য়াম্না শেল অদুদি করম্বা দরকার লৈবদগীনো?"

"ঐগীসে—পাখঙনিনা নুংশিনজবা লৈশা লৈরক্লে, মদু ফংননবা লুপাশিংসে চহী অমা অনীসিদা দরকার ওইরক্লবা। ঐনসু চহী অনীদং ঙাইরম্মু অদুগা চেল্লসি হায়রল্লবা।"

"ৱারীদু তানিংলকই, মতেক অমত্তং লীরকউদনা?"

"খঙদে ভায়, নোংমত্তা উহৌদবদা অঙাওবগুম লেল্লুরবা পৃক্তিনি। তত্তনা উনৈ, মনীংদা, ময়াদা, লৈকায়দা, সিনেমা প্রোগ্রাম কয়া, কুম্মৈ হরাওদা কয়া--নুংশিনরিবা অদুগী অহৌবসু অঙকপনি। নোংমা মখোয়গী য়ুম অদুদা ঐঙোন্দগী খরা লীরবা নুপা অনীগা য়ু থকমিন্নরুই। অদুদগী নুপীমচা অদুনা অঙাংসু য়ু থকপা য়াওরেনে হায়দুনা লক্লরকই। অদুদা ঐনা ফাগী ওইনা ইমান্নবা অহলশিং অদুদা নুপীমচাদো কনানো কোয়রগে হায়দুনা হৌদোক্লুই। অদুবু অহল অমদি নুপীমচাদুগী মাম্মা ওইরল্লে। মানা শাউগৎলকই। অদুবু ঐনা মাম্মা ওইরো অমা ওইরো তিন্নবগী কান্নবা ফংদ্রবদি তিন্নরুবগী করিদি কান্ননি হায়দুনা শাউজিল্লুই। নুমিৎ অদুগী মতুং নুমিৎ মঙানিরোমগী মতুংদা চিঠি অমা ইদুনা মাম্মা অদুদা য়ৌহন্দবা য়াদে হায়দুনা পীশিল্লুই। ইকুই কুইদনা য়াদবগী চিঠি অমা ইরকই। ঐনা কান্নদ্রেদনা হায়দুনা তোকথোক্লে অদুগা থা অমমুক লৈরগা য়াবগী চিঠি অমমুক লাক্লে, ঐসু মদুদগীদি হরাওমনখিদুনা মাবু লুম্বা লেপত্রে।"

"অদুদগীদি কমদৌরবা?"

"নোংমা পূর্ণিমাগী থাবল অমদা—মাগী নীংথিজরবা শক্তমগা থাবলগী ফজরবা শক্তমগা চাংদম্নবা ফম্মিন্নরুই। পৃক্লিং হুনা ফজবী, শরৎতা শাৎপী শাৎকাইরবা থম্বালগুম্বী মায়খোঙনা লৈতেংবী, খুদোল খোঙদোল পুম্নমক ঙাংঙ্গাননা নীংথিবী, কুচুনা লৈহাও লৈরেনগুম্না মঙাল লৈবী শক্তম্মু য়েংলগা ফম্মিন্নখিবা অদুনা নুংশি মঙলান অমদা তাউথরুই।"

"অদুদগীদি ভায়।"

"ঐনা মাবু য়াম্না নুংশিজে মরম অদুদগী নুংশি মণ্ডলান অদুগীদমক্তা চহী অনীদং ঙাইরম্মবা হায়রমখি।"

"নুপীমচাদুদি কদায়দগীনো?"

"নখোয়গী মনিং লৈরক্তগী উমাদুনি।"

"এ! মহাক্তি লুহোংখ্রেনা।"

"অওইরনে, কমদৌনা?"

"অওইবনি, স্কুটর তোংবা নুপা অমখক ঐখোয় লৈকায়দা তত্তনা লাকখি। লৈশাবী ময়াম থাবল চোংবদগাক বেন্দ পার্টি পাংই হায়। ময়াম্না মহাক এস ওনি হায়নৈ। মমৈদা উমা নুপাদুদা চেন্দুনা লুহোংপ্রে। নুপাদুসু এস ও ওইরমদ্রে, কেসো ওইরম্নে হায়দুনা ব্রারীনরি।"

পাউ অদু তাবদা নরেশ গ্যান মাঙখি। নুংশিবা মহাকপু ফংনবা হোৎনবদা মরমদম নুংশিরবা অদুবু থাদোক্লম্লগা মাতগী আশাদা শেল তানবা লাক্লি। অদুগা অহেনবা পামদুনা এস ওনি হায়দুনা লুহোংলগা এস ও নত্তবা মীচম অমদা লুহোংলবা। ও! মৈতে নুপীশিংগী মরক্তা অহেনবা পাম্বীগী লমচৎনা লৈখা তারবা কয়া য়াওরবা, মদুগী মরক্তা উমাসু অমা ওইরবা। অসিগুম্বা ব্রাখল অসিনা নরেশতু অহীং. অদু মীৎকুপ অমা মীৎ উইশিনবা ঙমখিদে।

নোংঙাল্লকপদদি জয়না নরেশ লৈরমদবদু থেংনরে। জয়না কদোমদনো খন্না ককঙাওনজে, মমৈদদি নরেশ য়ুনম ব্রা-ব্রা নমদুনা মেছিন রুমদা থুলরে। মহাক থবক শৃখিদ্রে, মফম মরাংখঙদনা অমুকসু চৎপ্রে। জয়না করম্লো চাক মতম য়ৌরক্ল ফাওবদা হল্লক্লবা অদুদা অতোপ্পা থবক শৃবশিংদা থিমিন্ননবা হায়জে। অদুবু মমৈদা মাগী তৃস্ফম কাদা চঙখিদুনা লোংনা হাইথখি। জয়দু উপায় লৈতে, করিনুংগী ব্রারী লীরুবা খল্লকই। মতুংদসু ইতৎ-তত্তনা য়ু থকপা ঙাওবা মাগী মতৌ ওইরকই। মথৌদা পৃক্রিং চঙজদুনা শেল তাল্লম্বা নরেশতু অঙাওবগা পাংখক ওইপ্রে। মতৌদুদা তাঞ্জা লৌরগা নোংমা জয়না ব্রারী হৌই।

"নুপীবু মাতরা, মহাক কায়নবগীদমক্তা নঙনা অদুক ব্রাবদু ইকায়দ্রা? তৌনু য়ু খরা থাদোক্লবা হোৎনৌ।"

"ভায়, ঐগী পৃক্সিগী আশাদি মাতনি, মহাক্লা ঐবু ইস্নোরকপা অসিদি পৃক্সিগী দাগ অমনি, ঐ য়ু থক্কুনা লেনগনি, পৃক্সি অসিনা লোইদ্রি ফাওবা ঐ য়ু থক্কুনা লেনগনি।"

"করিগী অদুক নীংবা কায়রিবনো, নঙদি নুপানি নুপাদি চাম্মগী মপৃ ওইবা

য়াই। উমাদগী হেন্না ফজবী, নীংথিবী কয়া নওগীদমক্তা লৈরি। নশাগী ফিভম শেমদুনা শেল কয়া তান্নগা পূল্লি অদু মায় পাকপা ঙম্নবা হোৎনৌ।"

মরুপকী পাউতাক অশেংবনি, অফবনি হায়বদু মহাক খঙখি। অদুবু দুকান অদুদা মাগী হান্না তাঞ্জরম্বা শেল তম্খায় চনশিনখি। মমৈদা মহাজন অদুনা মাগী য়ুঙাও মতৌ অদুদা মাগী অরৈবা লুপা লিশিং অনী অদু পীরগা দুকান অদুদগী তাম্থোরকখি। ককঙাওনরবা নরেশ গ্যান লাক্কুনা য়ুমদা হনবগী মহুৎতা শেল তানখিগে খল্লক্কুনা দিমাপুরদগী সিক্কিম পাংলকই। সিক্কিমদা গ্যান তানা নিশা, নূপী, জ্বার থাদোক্কুনা শেল তানবা হৌখ্রে।

মমৈদা মখা তানা চহী অনীরোম শেল তাল্লবা মতুংদা নরেশ মণিপুর তল্লক্লে। মহাক্না মানা তাঞ্জরকপা শেলগা মমা-মপাগী মতেংগা লোয়ননা দুকান অমা হাংদুনা নে-না তানা মণিপুরদা লৈশ্রে। মতুংদা কমলা কৌবী শকহেনবী ইনাক-কৈরাক খুনবী অমগী বর ওইদুনা লুহোংদুনা নুংঙাইনা পাল্লক্লে।

ঙসিদি নুমিদাংদা বাজারদা এপ্লাং-নাপী খরা লৈরুগে হায়দুনা খাউ অমা য়াল্লদুনা নরেশতু দুকান থোঙ লোল্লম্নগা থোরকই। ইখঙ-খঙহৌদনা উমানা মনঙ্গলদা অঙাং অমা পোরদুনা লৃকমাই পাল্লম্বদু হেক থেংনরুই। উমাসু মাগী পোৎমাঙ অদুদা মতম কুইনা উরুদ্রবা নরেশপু উরবদা মকোক্তগী মখোঙ ফাওবা তূ চুংখি।

"উমা, ঐদি নঙনা মতীক চাবা এস ও অমদা য়ূম পাল্লে তাবদা য়াম্না নুংঙাইরুই, নঙবু য়াম্না শিংবী, পূক্সিদা নুংঙাইনা হিংননবা লম্বী থিবদা অচুম্বা লম্বী অদুদা চৎলবীনি হায়দুনা থাগৎলুরি। অদুগা ঙসি নঙনা তৌরম্লিবা অসিনা করিনো?"

"ঐনা তৌজরিবসি অহেনবা পামজরুবগী ফলনি।"

## লমথুংফম খঙদ্রবা লম্বীদা

পাকচাওদু নাইতোম পোকপা ওইবনা লৈখিদ্রবা মমা মপাদুনা মরল-মথুম চাওনা অদুম থম্বীরম্বনা হৌজিকসু অদুম মনুংঙাইহিরি, মাগী কারবারসু অদুমক চাওখৎলি। পাওনা বজারদা মথোল অহুমগী দলান অমা অমসুং গান্ধি এভেনিউদা মথোল অনীগী দলান অমা অমসুং ময়ুম উরিপোক্তা মথোল অনীগী বিল্ডিং অমসু লৈরি। পাওনা বজারগী দুকান অদুদা পাকচাও মশামক্তা কোস্মেটিক দুকান অমা ফম্লি। অতে কয়া কয়াদুনা ভরা শাল্লি। গান্ধি এভেনিউগী দুকান অদুসু নন-মণিপুর অমদা ভরা শাল্লি। লৌ পরি মরি অমসু লৌশাল চাদুনা লৈরি। অদুবু অৱাৎ-অপা কা হেল্লা লৈত্রবা পাকচাওদু মহাক্কী নুংশিজরবী নুপী লোয়দাংনা ৱুম কেন্সরদগী অনাবা হেঞ্জল্লক্তুনা ভাক্তনা য়ূমদা পোত্থাহল্লো হায়দুনা থম্লকপদগী অৱাবগী পোৎলুম পুরক্লি। মচাদি অনীনি অহম্দনা নুপানি, মমিংনা পারী কৌই অদুগা অতোনবী অদুনা নুপীমচানি মমিংনা অইংবী কৌই। অহানবা মচা অদুনা চহী ১৮নি অদুগা অতোনবী অদুনা চহী ১৪নি। মাইবা শেন্নদুনা ঙসি ঙসি থোক্লনি হায়দুনা উরিপোক্কী ময়ুম অদুদা ইরাং লাংনবনা দুকান নুংগানা মেন তানা ফম্বা ঙমদ্রে। ইনাক খুল্লবসু লন-থুম ফনা লৈরগসু অরুবা লায়নানা নাদুনা শিগদৌরবদা পৈশা খাওজাও পায়রবসু নৎত্রগা ঈশ্বরদা কৎচরবসু শিগদৌরবদগী কনবদি ঙমদে হায়বগুম লোয়দাং ঙসিদি সংসার থাদোক্তুনা চৎল্রে।

শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা লোয়ল্রে। ইমুং মনুংদুগী থবক ইনখাং কনানি পাকচাওগী মচে মপুরোইবা লৈখিদ্রবী মচা পোক্তবী অহল হায়রপ ওইরবসু য়ূমদুদা লৈবনিনা ইৱা ৱাদে। মচানুপী অইংবীনসু অদুম তেংবাংই। পারিদি দিএম কালেজদা তম্লি, অইংবীনা টিজিদা তম্লি। ঙসিদি পাকচাওদু দুকান অমুক ফজনা চলাইদুনা কারবারসা

মাই অমুক ওনাশিল্লক্রে। মশাগী চহী ৫৩/৫৪ শুরবা মতম অদুদা মরুপ-মপাংশিংনা ফিরোই লোইশ্লবা মতুংদদি নুপী অমা থিনবা কন্না তকশিন্নরকই। মহাক্কী থম্মোই মওন-মওন খল্লকই। মহাক মহাক্কী নুংশিজরবা মচাশিং অদুবু পোক্তবী মমানা য়োক্কদবদু তঞ্জে। অদুগী মথক্তা মহাক্কী নুপীবু তশেংনা নুংশিজে, কাওবা ওমদে। অমরোমদা চহী লৈশিল্লক্লবদা মাগী সেবা মচা মশুনা তৌববুদি মাগী নুপীনি হায়বা অমা লৈদুনা সেবা তৌহনববনা হেন্না চেকশিনগনি অমসুং হিংবগী মহাও য়াওগনি হায়বসিমদি মহাক্না য়ানিংখি। মমৈদা মরুপ রাবৈনা ব্রাংখৈদা ফজরবী মগুণ লৈবী নুপী অমা লৈরে, মপুরোইবা অদু গাড়িগী এক্সিদেন্ট অমদা লৈখিদ্রবনি। তৌবতবু মচানুপী অমদি চেল্লি। নুপী অদুনা পাকচাওবুসু খঙই। য়ানিংবগী মতৌ লৈ অমুক্তা য়েংলুসি হায়দুনা হায়ররে। পাকচাওদু খনবা য়াবা খরা খল্লুরবা মতুংদা নোংমা রাবৈগা মারুটি অলটো তোংদুনা ব্রাংখৈ তন্নক্রে। তশেংনমক পাকচাওদু নুপী অদুগী চাওদম শাংদম্বা তবোব তবোবপা হকচাং অমদি লংনা ঙৌরবা নাল্লবা মঙাল লৈরবা শক্তম অদুদা থোইনা হেন্না খোইরাংলকখি। ময়ূমদা হল্লক্লবদা তরেৎ তরা থোক্লা মচা লৈবা অদুদা খঙ্গানখি। অদুবু লৈকাই মমান্নবা কয়ানা মচাদু নুপী ওইবদুবো মতম খরা লৈরগা ময়ুম পান্থোকখ্রগদবদুবো হায়দুনা হায়জিনবীবদগী ব্রাখলদু পোৎথাফম খঙদনা খম্বা হৌরকখি।

খম্বুরুরগা ব্রাংখৈগী পাকপীগী ফজরবা শক্তম অদুদা শুমহৎখিদুনা পূল্লিগী ময়াই ওইরক্লবা মতম অসিদা অনৌবা বসন্তগী য়েন্নিং হুল্লকপগুম্না থম্মোয় অদু তত্তনা চরাংনরকই। নোংমসু পাকচাওগী দুকান্দা কেনা লাক্লুনা কোস্মেটিক্কী কেননবা পোৎ কয়া লৈনবা পাকপীদু লাকখি। তাম্নগুম্না ইংলবা থোৎলবা খোঞ্জেল অমদি থম্বালগুম্বী মাইথোং অদুদা লৈতেংলিবা খোইখোইবা মীৎচি অদুগী তেন্না মোমোন্ননা চেপলপ চেপলপ পাকচাওগী থম্মোয়দা থাবদা পাকচাওগী থম্মোয়দু হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রাহনখি। খঙদে, লুপা ৫০০/৬০০কী পোৎ লৌখিবদুদা পৈশা ফাওবা লৌবা ওমখিদ্রে। শক্তম অদুনা খাংওমদ্রবা পাকচাওনা নোংমসু মাগী অলতো কার অদুদা মরুপ রাবৈগা পাকপীখোইদা কোইরকই। শুমহৎ হৈবী মতমগী মৌনহা অদুগী মীশুম লাইব্রানা পাকচাওবু পুমশুম শুমহৎখি। পাকচাওনা পাকপীগী মচানুপী অদু ফাওবা মতা অমা ওইনা মচাদা মচাগুম্না নুংশিরকখি।

লুরিবদি পাকপীনা পাকচাওগী লন-থুম শরুক অদুগী তংখাই অমা মঙোন্দা

নামা পানবিবা ঙমদ্রবদি মহাক নুংশিজরবা পাকচাওদা লৈবা ঙল্লোই হায়বা ব্রাফম অদুনি। মতাং অদু খন্থবা য়াবা কয়া চংবনা পাকচাওদু খন্থবা মতম লৌরি। অদুবু পাকচাওদু তশেংনমক পাকপীগী মীৎচিও নাচিও, মাইথোঙদুনা থাজগুন্নীবা মাইথোঙ অমদি চাওদম শাংদম্বা লংন-ঙৌনা ফজরবা শক্তম অদুদি মমিত্তা শং শং উদুনতা লৈবনা পাখঙ নহা অমগুম্না নুংশিবনা ঙাওবদি অদুম হেনগৎলক্লি। তশেংনমকসু পাকচাওদু পাকপীগী অশাদা তুংগী অফ-ফত্তা খঙলকত্রদুনা মচানুপাদসু হায়নদুনা দলিল অদু সহি তৌনখ্রে। মরুওইবা মরোলদি পাকপীনা পাকচাওগা এজমাল্লিদা পাকচাওগী লন-থুম তংখাই অমা খরা হেল্লপ নমা পাল্লে। অদুগা শরুক তংখাই অমা খরা ব্রাৎপনা মচানুপা পারি অমদি মচানুপী অইংবীদা এজমাল্লি পাল্লে। অসুম্না শক্ষি শাবোনগা মরি লৈনবা কোর্ট খঙনা য়ান্নদুনা পাকপীগা পাকচাওগদু লৈকাই খঙনা কৈন্যদান অমা তৌদুনা ফজরবা পাকচাওগী য়ূম অদুদা পাকপী অমদি মাগী মচানুপী তখেল্লৈদুনা ঙাম্বোইররে।

নৌরিঙৈদদি পাকপীনা পাকচাওগী মচা অনীদুবুসু তোরোং খোদান্ননা ব্রা ব্রা ব্রারীনদুনা নোকমিন্নদুনা নুংশি চান্ননা লৈমিন্নরকই। অদুবু মতম্না অসুম হৌজিল্লক্তুনা মশাগী পূক্সিগী খন্থরকপা পাকপীগী ওইরকই। মমা মচা উমশাইননা চারকপা পাকচাওগী মচে অহল অদুবুসু মীরেম্নি খন্না তাথিরকপা, মচাদা পাখোল হায়গদবদু পারিদা অমদি অইংবীদা থৌদারকপা য়াদ্রগা খুনাইগী মীচৈ নত্তবা খোল থারকপা, ইমুং অদু মতম মতমগী খোংলোই তুংইন্না মৈশা লাংবা হৌরকই। পাকপীসি পাকচাওনা চহী ১৬ লোম হল্লি। মরম অদুদগী পাকপীনসু পাকচাওদা উশিত্তবা মতৌদা হনুবা হনুবা হায়দুনা তত্তনা ঙাঙবা শকপা য়াওরকই। মতমদু পাকপীনা য়ূম অদুদা লৈরকপা চহী অমগা থা ৫ রোম শুজিল্লক্লবা মতমনি। পাকপী মতমদুদা মীরোল্লবনি। পাকপীনা চহী অনী মখাইরোম য়ূম অদুদা লৈরক্লবগী মতুংদা মচানুপা অমা পোক্লে। থুম থামদা মহাক্কী ষষ্ঠি পূজা পাঙথোকখ্রে। অদুবু ইমুং অদুদা উংখৎনবদি অদুমক লেপত্রি। অদুবু পাকচাওনা চহী অমা মখাইরোম হেল্লক্লবা মচা অদুনা বাবা বাবা হায়দুনা মঙোন্দা কোইতান তান্নদুনা শান্নরিবা মতৌ অদুবু কোনখত্তুনা চুপচরগা মনঙ্গলদা পোদুনা লক্লদুনা শাওনিংবা কয়া লৈরম্বনচিংবা পুম্বদু ঈংথহনখি।

ঙসিদি পারিদু মমাতোন অদুগা কন্না লাওনরকপদগী হেন্না শাওনিংখিদুনা মখোয়গী গান্ধি এভেনিউদা লৈবা দুকান ওই য়ূম ওই তৌবা অদুদা ভারা থল্লিবা নন-মণিপুরী অদু য়ূম থাদোকহনখ্রগা ময়ূম হোংজিনখ্রে। পাকচাওনদি ফনা

য়াজদবনি অদুবু মচানুপী অইংবীও মনেও মীচং চংনদুনা অহুমদু পূন্না লৈখ্রে। পারিনা মপাগুম্না কোস্মেটিক অমা ফমদুনা লৈরে। মখোয়গী নাম্মদা মাংজৌননা পানখ্রবা শেল-থুম পূন্নমক পারিনা দোখোন তৌখ্রে। পাকচাওদু মথৱাই য়াম্না নুংঙাইরমদে অদুবু মচা অপিশক অদুগী নুংশিরবা মতৌনা বাবা বাবা হায়দুনা মাবু কা হেন্না থাজনা নুংশিনা লোয়নরকপা অমদি মতম অয়াম্বদা কাফে কাফে মপাগী মনাক্তা ওইনদুনা শান্নরকপনা পাকচাওনা মচাদুবু নুংশিদবদি ইঙম ঙমদে।

মতম খরগী তুংদা পাকচাও য়াওনা মচানুপা পারি লুহোংলে। দিল্লীদা লৈবা পাকচাওগী মনাওনুপা থোকপা মফম অদুদা থবক তৌদুনা দিল্লীগী নুপী লৌবা শকহেনসু লুহোংবা য়াওরন্নগা চাক্লৌবা য়াওবা নংদনা চৎখ্রে। অদুবু অমরোমদা পাকচাওবু মচে মচানুপী অমসুং মচানুপা পারিনা তাথিবা মতৌ তৌরক্লে। ফিভম অদুদা উপাই লৈত্রবা মতৌদা মশাগী ৱাখলদু চরাংননা লেল্লকপনা পাকচাওগী দুকানসু মরাই চাইথরক্লে। মহাক মরক মরক্তা য়ূ থকপগা শঙ্গ তৌরক্লে। শঙ্গ কয়া অদুনা পাকপীনা পোক্লিবা পাকচাওগী মচানুপা অঙাং পিশক নোংদম্না অদু মাগী মচা নত্তে হায়না ঙাঙনরকপা লিনরকপা তারকপদগী পাকচাওদু হেন্না অকনবা চৈনা ফাওরক্লে। মহাক্না ফনা নমহত্তুনা খুমজরবসু চিংননিঙাই ওইবা মরি মখোং কয়া য়াওরক্লে। মরম অদুদগী পাকপীগা পাকচাওগা চিন্দা পৌদানদুনা খৎন-চৈনবা য়াওরক্লে। পাকপীগী শরৈদগী মানা হান্না পোকচবী মচানুপী অদু ধুম ধামদা লুহোংলে অদুগা মম্মাকনুপা অদু য়ূম অদুদা পুশিন্দুনা য়োক্তুনা থাক্তুনা থম্লক্লে। অনৌবা নুপীবু পামজরুবা অনৌবা নুপীগী ফজবদা শুমহৎলুবা পাকচাওদু নুপীদুবু নুংশিদবসু ঙমদা মচানুপা অদুবুসু মপানা চিংনজরবসু "বাবা বাবা" হায়দুনা মাগী মনাক্তদা লৈরকপনা মপা অমনা মচা ওইবা অদুগী নুংশিবদু পাক হেক লাপথোকহনবা ঙম্লকত্রে। হৌজিক্তি মম্মাকনুপা অদুনা দুকান অদুদগা ফমদুনা শিংথরুরবা দুকান অদুবু হৌগৎহন্ননবা হোৎনরক্লি। হৌজিক্তি পাকচাওগী দাইত্য খরা ৱাংলকপগুম তৌরক্লে। পাকচাওদু মথম্মোই মথুম-মরাং হৌরদুনা মপুক্লিং নুংশিবগুম তৌরক্লে। শোমদনা মমান্নবা শঙ্গ কয়াদুনা পৈশাসু অদুক পাইরিবদুবো লোন্না ওইরবসু দিএনএ টেষ্ট তৌথোক্তুনা নচারা মীচারা শেংনা খঙদোকউ হায়দুনা তকশিল্লকপা লেপত্রি।

ৱাখল অমা খঙহৌদনা লাক্তুনা দিল্লীদা [illegible] তৌদুনা লৈবা মনাওনুপা অদুনা মখোয়বু অমুক্তা কোইরকউ লাকউ হায়দুনা কৌরি হায়দুনা পাকপীদা কন্না তকশিল্লকপদগী পাকপীসু দিল্লী চৎনিংলকপদা [illegible] মচা নোংদম্বগা লোয়ননা

মখোয় দিল্লী পাংলক্লে। দিল্লীদা মহাক্না তাঞ্জা অমা লৌরদুনা ওল ইন্দিয়া ইন্সটিট্যুট ওফ মেদিকেল সাইন্সেসতা তায়রকবদা ফেমেলি কোর্টনা ষ্টেট কমেন কান্সিসয়া নৎত্রগা হায় কোর্টনা রিফর তৌরক্লবদি দিএনএ টেষ্ট তৌবা য়াদ্রে হায়রিবে। মতুংদা প্রাইভেট লেবোরেটরি অমদা পৈশা য়াম্না চংনা সেলীভা ইস্মেরবু গমদগী লৌরগা সলীভাদা টেস্ত তৌদুনা দিএনএ টেস্ত অদু তৌখ্রে। অমুকসু মহাক্কী মশাগী ফিনুংগী হকচাংগী অশোনবা কয়া অদুসু খঙদোরকপনা মাগী মচা অমুক পোক্লবগী মরম লৈরমদবা অদুগা টেষ্ট অদুগী রিপোর্টনা মহাক্কী মচানি হায়রিবা নোংদম্বা মহাক্কী মচা নৎত্রে হায়বসে মহাক্না শেংনা খঙলে।

দিল্লীদগী ইম্ফালগী ময়ূমদা হল্লক্লবদা ইমুং অদুদা লান কয়া থোক্লে। পাকপীনা নোংদম্বা পাকচাওগী মচানি টেষ্ট অদু মীনম্বনি হায়দুনা পাকপী অমদি মম্মাকনুপা মহস্তগা কন্না য়েৎনরকপদগী ইমুং অদুদা শান্তি লৈরকত্রে। মমৈদা কোর্ট য়ৌনরক্লুনা কেস তৌনদুনা উকিল নেক্লরক্লে। পাকচাওনা মী নেক্লুনা মাগী নুপী মম্মাক অমদি মচানুপীগা লোয়ননা নোংদম্বা তাম্ভোরক্লে। অথন্নবা অহৈবা পাকপীগী উকিল অমনা কোর্টতা কেস তৌনরকপা অদুদা দিএনএ টেষ্ট অদু মীনম্নম্বা য়াই নৎত্রগা নোংদম্বা মচা ওইগে ওইরোই দরকার লৈতে। সম্পতি পূম্নমক অদু পাকপীদা মাংজৌননা পাটা পানখ্রবনা পাকপীগী শম্পতিনি। পাকচাওনা এজামল্লি পাল্লম্বদুসু পাকচাওনা খঙনা নৎত্রগা য়ূ ঙাওবদগী খঙহৌদনা সহি তৌখিবদগী এজমাল্লি অদু ওম্ভোক্লুনা পাকপীদা শেংনা নাম্মা পানখ্রে। হৌজিক্তি পাকচাওগা পাকপীগা খাইনরবসু সম্পতি পূম্নমক অদু পাকপীগী ওইবনা পাকপীনা দোখোন তৌবদা পাকচাওনা থিংজিনবগী হক লৈতে। অসুম্না কোর্টনা রাই তাখ্রে। মরম অদুদগী হৌজিক্তি পাকপীনা সম্পাতি পূম্বদু পুলিসকী মতেংনা দোখোন তৌখ্রে। পাকচাওগী উপাই লৈত্রে, মচানুপা পারি অমসুং মচল অহৈংবীনসু মপাবু হন্না য়েংখিদ্রে। পাকচাওদু হৌজিক্তি থাবল ফরবা অহীং অমদা থাবলগী মঙালদা ঙৌনা শাংনা উরিবা লমথুংফম উবা ঙমদ্রবা অমুকসু থেকোই নাকোই তৌরিবা ঙৌরবা লম্বী কয়া অদুনসু লমথুংফম খঙহন্দ্রিবা লম্বী অদুদা শোল্হাংননা উপাই ইরৈ লৈত্রবা মতৌগুম চৎলক্লি।

# আই কার্দ

— ইবুংঙো ঙসিদি নঙ চৎথোকখ্রগনু, ইমাগী মঙ য়াম্না নুংঙাইতে।

— হেরা মঙগী ৱাবু ইমা, মকু মঙনি হায়না হেক খন্দোকউ।

— নত্তে, নত্তে, ঙসি ইমাগী মঙদা নঙসে ইমাগী তম্পাক্তগী স্বর্গথক্তা পাইখৎপগুম তৌখি।

— স্বর্গ ফংবা হায়বদুদি নুংঙাই য়াইফবা পুরক্কদৌরিবনিনে ইমা, করিমতা নুংশা থিরুগনু ঐ ইম্ফালদা থবক্কী কার্দ থাবা চৎকদৌরিবনি। কার্দ অদু থারগা থবক্কী ইন্তরভিউ অদু য়াওরগা পাস তৌরক্লগা তলপ চাগদৌরিবনিনে ইমা।

— ইমাদি ঙসিদি চৎহননিংখিদ্রেদকো ইমাগী মংলেম...।

অসুম্না মমা শখিনা মঙ নুংঙাইতে চৎথোকখ্রগনু হায়রবসু হৌজিক কালগী অন্ধবিশ্বাস্তা কা হেন্না থাজনরক্রবা মতম অসিদা মংলেম্না থোইনা লুনা খন্দনা ইম্ফালদা চৎনবা শেম শারকই। বস তোংদুনা শৈজাংদগী ইম্ফাল তম্লকই। থবক্কী কার্দ অদু থারম্লগা ওক্টো তোংদুনা উরিপোক য়ৌরকই। উরিপোক্তগী লাকপদা থোঙখোংদা মহৌশা দিএম কোলেজদা বিএ তম্মীন্নরম্বা নিংথেমগা সং হেক থেংনরুই।

— ভাই কদোমদা!

— ভাই, ঐ হৌজিক নোনেদা চৎকদবনি, ঐখোয়গী মাম্মা অমনা লক্ষ্মী কোইলাস থাবগী ঠিকা অমা লৌরি। অদুগী মোহরি ওইনা লৈরুগদবনি।

— অদুদি ভাইদি মাম্মা অদুগী মতুংইন্দুনা পৈশা তানবগী থবক্তি ফজনা চত্থবা য়ারেনে।

— হোয় ভাই, মমাংদসু থবক অমা অনী সুমিন্নখ্রে, পৈশা খরা খরা অদু

ফংলে।

— ভাই ঐখোয়দি বি এ পাস তৌরবনি হায়দুনা থবক তুকা থিবদা ককঙাওনদুনা লুপা অমা ফাওবা থোক্তনা লৈরি। ভাইদি তানবু চারিনে, অদু চীংদা চৎপদি আই কার্দকা হাপত্রবদি বেরা তৌদ্রাও?

— এ! আই কার্দ পায়দবা য়াবা নত্তে, হৌজিক্কী মতম অসিদদি সরকারগী থবক তৌববু ওইরবা, প্রাইভেৎকী থবক তৌববু ওইরো, এনজিও নৎত্রগা ওর্গনাইজেসন অমবু য়াওববু ওইরো কার্দ লোয়না পায়নরে। ঐসু ভোট থাথবগী কার্দ অদু অদুম লোইনরিবনি।

— ঐসু ভোটকী কার্দ অদুদি থাদোক্তে। করিনা হায়ববু হৌজিক্কী মতম অসিদি তম্বা ওম্বা নত্তে হায়দুনা, তু ঐগীসে য়েংউ। কদাই নওগীদুসু য়েংগেনে।

অসুম্না অনীদু নিংথেম্না মংলেমগী কার্দতু য়েংই, মংলেম্না নিংথেমগী কার্দ অদু য়েংই, য়েংনরিঙৈদা বজারদগী মীয়াম কাইদুনা চেম্প্লোরকই। বজারদা বোম লৈরে। অমনা অমা হন্না য়েংনদে মাইকৈ খঙনদে, পোৎয়োনবী কয়া মখোয়গী ময়োমগা লুকমাইগা লুকমাইগা চেন্নবা কয়ানি। গাড়ি কয়া ফৎ ফৎ থৌনবা হোৎনৈ। ওক্টো কয়া সৎ সৎ চৎনখি। বজার কায়খি, দুকানশিং বন্দ তৌনখি। নিংথেমগা মংলেমগসু মফম খঙদনা চেন্নখি। নিংথেমদি থুনা য়াংনা চেল্লক্তুনা ব্রাহেং লৈকাইদা থাদুনা লৈরিবা মাল গাড়িগী মমাঙ অদুদা দক ফমথখি। লেবর কয়া গাড়ি মনিংদা ফম্বশিং অদুনা মী শুরে থৌরসি হায়বদগী দ্রাইভর অদুনা গাড়িদু য়াংনা তেরা মাইকৈরোমদা থৌদরক্লে। মংলেমসু গান্ধি এভিনিউরোমদা চেল্লম্বদগী খোঙনা কল্লপ লাকখি। মপুক্লিংদা আই কার্দ অসি ওন্না তৈননা পুরক্লে হায়বসিদা চিংনরকই। খঙহৌদনা বোম অমা পোকখায়রকখি—ধোং...।

পাও অসি মণিপুরগী মফম কয়াদা খরা খরা তান্নরকই। মংলেমগী মমা শখিদু স্বাই স্বাই লাওনা মচাদুবু মঙ নুংঙাইতে চৎলুরনু হায়বসু য়াদনা নমদুনা চৎখিবদুদা শোক্লন্নবদি ঐদি মাঙজরেদকো হায়দুনা মনে মন্দোলশিংদা ব্রারী তৌজে। মনাও তোম্বনসু পাখৎনা পার্কিংদা ইম্ফালদগী হল্লকপশিংদগী পাউ লৌজে। অহানবদা বজারদা বোম লৈরে হায়দুনা মী পূম্নমক মফম খঙদনা চেন্নখি। মতম খরা লৈরগা বোম পোকখায়বগী মখোল অমা হৌনা তারকখি। অদুদগী বজারদু পুমচিক চিকখি। বস ফাওবা মী য়াওবা য়াওদবা ঙম্নবা কন্না কন্না থৌনখি। খুঙ্গংগী মী কয়াসু হল্লক্তবা য়াওরিবনা তোম্বদু হেন্না মীপাইরুবা তৌদনা ময়ূমদা লাকখি। মমা ওইবী অদুদি মীহুন চোংবা লেপ্তে।

নুমিদাংগী রেদিওগী পাওদু কুপথদবনা অয়ুক্তা মনাও ইবুংঙো তোম্বনা খবর লৌবা ইমুংদা চেন্দুনা পাও লৌরুই। অশোকপা ৮নি মদুগী মমিংশিং অদুগী মনুংদা ময়াম্বগী মমিং য়াওদ্রে। অশিবা ২ অদুদসু ময়াম্বগী মমিং য়াওদে। শিরিবা নুপা অমদি মমাই অমসুং মশা ফনা-ফজনা চাকথেকপ্রে। অদুবু মাগী খোংগ্রাওগী বেক পোকেটতা 'শেরাম নিংথেম সিংহ' হায়না থাবা নম্বোলদগী মী অমনি হায়বসি কার্দ অদুনা শাক্ষি ওইরি। অদুগা অমদুদি আই কার্দ অমদি অতে শক্তাক চে য়াওদবনা কনাগুম্বনা চিংনবা লৈরগদি লম্ফেলগী মোর্গতা য়েংবিরনবা পাও চেশিংদা ইরমই। পাও অদু মমাদা তম্নবদসু মমাগী চিংনবদি হুম্ হুনখিদে, অদুম্নমক মনাও অদুনা ময়াম্বদি মতম অয়াম্বদা চখোক-খোৎতোকপদা ভোটকী আই-কার্দ অদু লোয়নবনি হায়দুনা মমাদা হায়জখি।

শোমদনা নিংথেমগী মমাগা মপাগনা মোর্গতা অশিবা অদু লৌবা লাক্লে। মচানি হায়বদু আই কার্দনা শেংনা তাকপগা শবান মান্নবগা মমাই অমদি হকচাংগী শরুক কয়া বোম্না চাকথেকখিবগা মচাদুমক্তি হায়দুনা মমা অমদি মপাদু তেংথা নাওইনা কপখ্রে। সরকারগী এক্স গ্রেসিয়াসু পিননবা সরকারনা হায়রকপা লৈবনা অশিবা অদুবু নিংথেমগী মমা মপাগা লোয়ননা মরুপ-মপাং অমদি মরি-মতা কয়ানা নম্বোলদা পুরক্তুনা হৌনবী মতুংইন্না কপ্লনে লাওবনে তৌদুনা সংস্কার তৌখ্রে। শোরাৎ ফাওবা লোয়শিনখ্রে। মশক মমিং খঙদ্রবা শক্তাক চেসু য়াওদ্রবা অশিবা অদুদি কনানসু য়েংবা লৌবা লাক্তবনা সরকারনা হৌনবী মতুংইন্না সংস্কার তৌখ্রে। মরাইবক থিরবা মহাক অদু কনানো হায়বদু অদুম খঙখিদ্রে।

ঙসিদি লৈখিদ্রবা নিংথেমগী মাম্মা গোপালদু কোলকতাদগী ময়ূমদা থুংলরে। মহাক্লা নিংথেম লৈখিদবগী ঙক্লবা পাও অদুদা য়াম্না থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতবগা লোয়ননা পিগী ইরা চেনখি। নোংঙানবগা নোনেদা মাগী থবক অদুগী য়েংশিনগদবা অমদি পৈশানচিংবা পিগদবা কয়া লৈবদগী মাগী জিপসি অদুদা মী অনীগা গোপাল নোনে পাংলক্লে।

শোমদনা নিংথেম্না নুমিত্তু চীংনুংগী তাম্নবা থবক মফমদগী লেবর অমগা লোয়ননা নোনে বজারদা লাকখি। লৈবা য়াবা কয়া লৈরবদা লেবর অদুদা বোরা খরা লৈরকউ হায়রকপদগী লেবর অদুনা খবর অমনবা অমদা য়োমদুনা বোরাদু পুরকই। মখোয় অনীদুনা চৎন-চৎনা বোরা অদু লোয়ননবা চারকপদা নিংথেম্না খবর অমনবা মচেৎ অদুদা মাগী মমিং য়াওরিবদু উবদা পাখৎনা পারুই "অশিবা

অনীদুগী মনুংদা অমদি শেরাম নিংথেম কৌই নম্বোলদগীনি, মদুমক মহাক্কী খোংগ্রাওদা য়াওরম্বা আই কার্দ অদুদগী খণ্ডবনি, অদুগা অতোপ্পা অশিবা অদুদি শক্তাক চে অমত্তা য়াওরমদবনা কনানো হায়বা মশক খণ্ড্রি।" নিংথেমদু তু খ্যাও চুংই, মকোক ঙাওরকই, খুদক্তা ফুরিৎ খাওদগী আই কার্দ অদু লৌথোক্লগা য়েংলুই। নহান মখে হান্না মাগীনি খন্না য়েংলুদ্রবা কার্দ অদু মাগী মরুপ মংলেমগী ওইরমই। ঙাইহাক ব্লাখল তৌই। বজারদা মাগা মংলেমগা আই কার্দ য়েংনরকপদা বজারদা বোম লৈরে হায়না খংনা চেন্নখিবদু নীংশিংলকই। মতম অদুদা কার্দ ওন্নখিবা অদুগী ব্লাখল নীংশিংনদনা মফম খণ্ডদনা হিংননবগীদমক্তা চেন্নখিবা মতৌ অদু মমিৎতা শং শং উরকই। শোল্লকই–'মংলেম শিরবা, ঐবুদি ঈশ্বরনা কল্লবা, ঐ শিরে হায়না পূম্নমক্লা লৌনস্লবা, শোরাৎ ফাওবা লোইখিবা তারবা, ঐনা হৌজিকপু ইয়ুমদা করম্না চৎকদৌরিবা।' অসুম্না উংদুনা খোলা য়ৌরকই। মহাক্লা থবক শূরিবা লেবর পূম্নমক কৌশিন্দুনা ঙক্লবা থৌদোক অদুগী মতাংদা ব্লা খন্নরকই। তাঞ্জা অদুদা ঠিকাদার গোপালগী জিপসি অদু থুংলখি। ইপা পাখংপা গোপালনা খোলাদুদা চংশিল্লকপদা নিংথেমবু ময়াম্না কৌইশিল্লগা ব্লাবী তান্নদুনা লৈরমই। গোপালদু নিংথেমবু উবদা ঙকপনা থনখি। চেনশিন্দুনা মচাদুবু কোন্দুনা হ্রাও পিরাং শিষ্খি। ব্লারী কয়া তান্নরবা মতুংদা শিরিবা মী অদুদি পুলিস্তা রিপোর্ট পিরবা মতুংদা নিংথেম্না পাইরিবা মংলেমগী আই কার্দ অসিনা শক্তি ওইদুনা থিহনবা তাবনি। মহাক মংলেম হায়বদু শোয়দনা ওইবা তাবনি। মসিদা পুলিস কেসনচিংবা খরা লৈরকপা য়াই মদু মাম্মনা নণ্ডগীদমক্তা অমদি অচুম্বগীদমক্তা থেংনগনি। অদুগা বোম পোকখাইবা অদুদা নিংথেম শিরে হায়দনা ইমুং মনুংদা পিরকখিবা এক্স গ্রেসিয়া লুপা লাক্ষ অমদসু ঐখোয়না সরকারদা হংে দাকখিবা তাবনি। অসুম্না মাম্মা গোপালগী ব্লাহৈদগী পূম্নমক্লা খরা ইংথনরবদা মাম্মা গোপালনা চিংদুনা পূম্নমক্লা থোরক্লুনা ব্লার্ক অদুগী প্রোগ্রেস অমদি প্রোসেস অদু য়েংশিন্দুনা খন্নখি। মরক অদুদা গোপালনা মোবাইল ফোন্দা ময়ুমদা ফোন তৌখি–'নিংথেম শিরমদ্রে মহাক থবক য়েংদুনা লৈরম্লি। মহাক ঐহাক্কা লোয়ননা হয়েং নম্বোলদা থুংলরগনি।"

অশোমদসু নুমিৎ নিনি হুমনিগী মনুংদা ঙক্লবা পাও অদু তোম্বনা ফংলে। ময়াম্বা মংলেম্না মানা পায়খিবা আইকার্দ অদু বজারদা নিংথেমগা য়েংনরিঙৈদা বোম পোকখাইবা অদুদা মহাক্কী ময়াম্বা মংলেম বোম্না পান্দুনা লৈখিদবনি। শিরিবা ময়াম্বগী হকচাংদগী ফংখিবা আই কার্দ অদু মাগীদি ওইরমদনা নিংথেমগী

ওইরম্বা অদুগা বোম্না মমাই অমদি হকচাংগী পার্ট খরা চাকথেকখিবনা নিংথেম শিরে হায়না মীয়াম্না লৌনখিবনি। অদুগা তশেংনা শিরিবা মীশক অদুদি মমানা মণ্ড নুংঙাইতে হায়দুনা য়াম্না পাখৎনা থিংজখিবা মাগী ময়াম্বা মংলেম ওইরম্লে। পাও অসিনা মথৱাইদু য়াম্না নুংঙাইতনা ময়ূমদা হোবে হোবে হুমাং ইরিক কানা থুংলরবদি মমাদু ৱাইদ্বে হায়দুনা মীয়াম্না ঈশিং থাদুনা ওমশিন্দুনা লৈরমখি।

# ইমা মণিপুরগী মিথ্রে

মমা ইবেম্মা অদুগা মপা ইবুংঙোনা লৈখিদ্রবা মতুংদদি ময়াম্মুং ইবুংঙো রবিনা ইম্ফালদা লাইরিক তমদুনা লৈরিবা মনাও রতনগী মহে তম্বদু মহয় চাদনা মাংহনবা য়াবা নত্তে হায়দুনা হোৎনবা য়াবা হোৎনদুনা পৈশা নুংশা থাদুনা লাইরিক তমহল্লি। খরা লৈরগদি রতনদু ময়াম্বগী মতেংনা অমদি মাগী হোৎনবা কনবনা বিএদা মকোক থোংনা পাস তৌরকপদগী সরকারগী থবক অদুমক ফংখ্রে। ইম্ফালদা মতম কুইনা লৈরকপনা ইম্ফালগী নিংঙোল কয়া খঙনরকপদগী শকহেনবী ইনাক কৈরাক খুনবী নন্দিনিগা লুহোংদুনা ইম্ফালদা অদুম্মক লৈরকবনি। ইঞ্জিনিয়ার ওইরকপনা পৈশা খরা খরা থোকচরকপা অমদি নুপী মপাম ইনাক খুনবগী মতেংনা ইংখোল লৈদুনা য়ুম শাদুনা ইম্ফালদা অদুম লৈখ্রে। রতনসু মরক-মরক্তা ময়াম্বা অমসুং মতৈমবুদি শুকয়েং য়েংশিন্দবদি নত্তে, অদুবু তমথিরবা লায়না অমদগী মতৈমা অদু লৈখিদ্রবদা রতনা পূম্নমক পুথোক্লুনা কর্ম্ম অদু মশানা য়াম্না দাইত্ব লৌনা শিন লাওখিবনি। রবিগী মচানুপী অদুনা য়ুমগী ভার পূদুনা ফনা ফজনা লৈরম্লবনি অদুবু হায়ফেৎ ইনাক কৈরাক খুনবা খুঙ্গংগী নুপা অমগা নুংশিনরকপদগী হায়না শিংনদুনা য়ানদুনা লুহোংখ্রে। রবিগী মচানুপা সঙ্করনা লৌ ইংখোল শূদুনা হৌজিক্তি পাল্লক্লি। সঙ্কর লূবা নানবা কয়া ঈাংলি, চমোৎ.ন, লৌদা কুমদুনা থবক শূবা, ইংখোল শম্বল খোক্লুনা শূবা, চীংদা শীং চনবা, পাৎতা ঙা ফাবা য়াওবা অসুম্না থবক চিঙ্গরগতা নুংঙাইজে। ক্লাস তুরেল্ব পরিক্ষাদা অঙ্কদা দিষ্টিঙ্কসন ফংবগা লোয়ননা মার্ক ঈাংনা পাস তৌবদু উরুবদা মচেগা মপাগা খন্নরগা সঙ্করবু মখুরাগীদা থমদুনা ইম্ফালদা বিএসি তমহল্লবা থৌরাং তৌরকই।

মখুরা অমসুং মন্দোলনসু য়ারবদা মখোয়গী মচানুপা অনীখক অদুগা লাইরিক তম্মিন্নরে। সঙ্করগী অঙ্কদা হৈশিংবা মতৌনা ছাত্রা মশেলতা নত্তনা ওঙাশিং ফাওবনা কল্লক্করকই। সঙ্করনা বিএসি তম্বা চহী অমা মখাইরোম ফারকপদা মখুরাগী মচা অনী, শশি অমদি অনন্দ লন্দনদা মহৈ তম্লবগী থাগ্রে। মখুরা অদুসু সুপরেন্টেদিং ইঞ্জিনিয়ার কারক্লে। চিফ ফাওবা ওইরকপা য়াবগী ফিভম লৈরিবা মীওইনি। সঙ্করদি কলেজ অদুদা মীকোক থোংনবা হোৎনরকপদগী বিএসি ফাইনেল ইয়ার লোইশিল্লকদৌরে। ময়াম্বগী অঙ্কদা হৈথোই শিংথোইবা খঙলবা মনাও অনীদুনা ময়াম্ববু বিএসি হেক পাস তৌবগা মাষ্টর তম্লনবা লন্দন্দা থারক্কদবনি, মখোয়গুম্বা অঙ্কদা য়াম্না হৈশিংবা মীওইশিং চন্নফম লন্দনদা য়াম্না লৈ অমসুং মখোয়গীসু মমাই ওইগনি হায়দনা তত্তনা চিঠি মপাদা ইরক্লে। মন্দোলনা মতৌদুদা য়ানিংদবা পোকই। মরুপ-মপাং কয়ানসু ইঞ্জিনিয়ার সাহেব অদুদা সঙ্করবু শেম্বীবগী শেম্বিবা লন্দনদা শোয়দনা থাবীরো তকশিন্নরকই। অদুদা রতন্না ময়াম্নুং ইবুংঙো রবি অমদি মচানুপীগা ষা তান্নরুনবা লাকপদা বিপি ষ্ট্রোক তৌদুনা খঙহৌদনা রবি লৈখিদ্রে। ময়াম্নুং লৈখিদবগী কপ্পা লাওননা শোরাৎ লোয়ম্রবা মতুংদা মচে ইবেম্মা অদুনা সঙ্করবু লন্দনদা লাইরিক তম্বা থাবীবদা মাসু অঙম্বা মতেং তৌজগে তঙাইফরক্তবসু মপাগী লৌ ইংখোল মখুরাদা নাম্মা পানবদা মাগী অয়েৎপা লৈত্রে হায়খি। মদুমক পঙলবা চমোৎনরবা মনাও অদুনা মীথোই মীহেনবা অমতা ওইরবদি খন্দুনা শিঞ্জবনি। সঙ্করনদি মাগী লৌ ইংখোল থাদোকপা পামদে। মহাক্না লৌ শিং খোত্তুনা লৈখোম লৈনাং তৈদুনা হিংবদু পামখি। অদুবু মচেগী শরৈ, মখুরাগী য়াথং অমদি য়ানিংলমদ্রবী মন্দোলনা হরাও-হরাও তৌরকপা উবদগী মোতাই শুদাইনবা ফিজেৎ চাকচা শেৎ চাবা মচু তাজদ্রবা সঙ্করনা বিএসিদা মার্ক য়াংনা ফংলকপা মতৌদা লাইবক য়েংলগে হায়দুনা লন্দনগীদমক্তা ইম্ফাল থাদোকখ্রে।

দিল্লীদগী এরোপ্লেন্দা পাইরকপনা লন্দনদা তাররে। মনাও শশি অমদি অনন্দনা ময়াম্ববু হরাওনা ওক্তুনা লৈরমই। মণিপুরগী ইম্ফাল ফাওবা ঙক্লিবা সঙ্করনা দিল্লীদা নোংমা লৈবদা চঙকনখিবনি। মদুদগী ঙসিনা লন্দনদা থুংলরবদা সঙ্কর অঙকপা ফংনা চঙক্লখি। অদুবু মনাও অনীগী লুচিং মখাদা অসুম সৈরকপদগী খরা-খরা হৈনরক্লে। মমৈদা মৈতৈ মচা কয়া থেংনরকপা অমদি ভারতকী লমদম কয়াদগী মীওই কয়া থেংনরকপদগী মহৌশাগী মাগী খুঙ্গংদা লৈখোম-লৈনাং খোত্তুনা লৈরম্বগী ফিভমদগী তাইওন্নখিদুনা শেম্লবা মশা-নানবা ফজরবা পাখঙ

য়ক লাওবা অমা ওইরক্লে। কেমব্রিজ য়ুনিভর্সিটিদা অঙ্কদা মাষ্টর তম্বদা মাগী অঙক্কদা হৈশিংবা উবদা ছাত্রা কয়ানা কলক্লখি। প্রোফেসর কয়ানসু মাগী হৈশিংবদা চুম্না থাগৎনবদা নত্তনা অশা কয়া থম্লরকপনা য়ুনিভর্সিটি অদুদা মমিং নাইবা ছাত্রা অমা ওইরক্লে। অসুম্না অসুম বিদ্যা তম্লকপদগী মাগী হৈশিংবা কয়াদা রিৱার্দ অমদি প্রাইজ কয়া ফংলক্কুনা শক-চু মান্নদ্রবা কয়া অদুনা ব্যাবহার তৌনরকপনা মহাক্কী শঙ্গা হেনগৎলকপদগী মনাও নুপাশিংদগী লাপথোক্কুনা তোঙান্না লৈরক্লে। মতম অসিদা বকিঙ্কহাম প্লেষ্টা লৈজবী এলিজবেথ কৌবী শক-চু থোইদোক্লা রাশি লৈনা ফজরবী ইংলিস নুপী ছাত্রী অমনা সঙ্করদু তত্তনা হৌদুনা তান্নদুনা নুংশিবা হৌরকপদগী মমৈদা হৈনদা-হৈনদা অনীদু নুংশিনবা হৌরক্লে। নুপী অদুগী শাফুদগী ইংলিস মেন অমগুম্না ফিজেৎ চাকচা তমদুনা অনৌবা বসন্তগী অয়ুক্কী ফজবা অঙৗংবা নুংশি নুংওলগী ৱাখল অমনা হুমদুনা পুরক্লবসু মহাক্লা মণিপুরগী কলচরবু লাপথোক্লবদি হোৎনদে। মীকুপ কয়া ফিভম্না লৈফম অদুগী ফিদম অমদি মতৌ লৌজরবসু মশানা খঙনা মণিপুরগী চৎন-লোনচৎ থাদোকচদে। য়ুনিভর্সিটি অদুগী মাষ্টরগী কোর্স লোয়রমদাই অদুদা ওজাশিংনা সঙ্করবু কোর্স হেক লোয়বগা য়ুনিভর্সিটি অদুমক্তাদা ওজা ওইবিনবা তকশিল্লক্লে। মরম অদুদগী সঙ্করনা মাগা লোয়ননা হিংমিন্নবা তারবদি মণিপুরগী চৎন-লোনচৎ ফিজেৎ চাকচা অমদি কলচর মুন্না খঙদ্রবদি মণিপুরদসু চৎপা তাই, অদুগা মফম অসিদা লৈমিন্নবা তারগসু মণিপুরী অমা ওইনা লৈবা য়ারোই হায়রদুনা এলিজাবেথনা মণিপুরগী কলচর তম্লনবা খঙননবা লন্দনগী মফম কয়াদা তারিবা মৈতৈ ছাত্র-ছাত্রী অমদি থবক তৌদুনা লৈবা কয়াদগী হঙ-হঙদুনা, থি-থিদুনা খঙননবা হৈনবা কন্না হোৎনখি। অমত্তা পোকচবী মমোম অদুনা ওল্লক্লিবা মতৌ অদুদা পার্লিয়ামেন্টরি সেক্রেটরি ওইরিবা মাইকেলনা মচাবু ঙাঙথরক্লবদা এলিজাবেথনা জ্ঞান তানা মপাদা ৱারী কয়াসু লিজখি। মাইকেলনা সঙ্করনা সেক্যুরিটি লৈরবদি মকোক থোংবা মীওই অমা ফাওবা লন্দনদা ওইবা য়াগদবা মতৌ খঙলক্লবদা মহাক্কী থম্মোয় ঈংথখিদুনা সঙ্করবু কৌদুনা ৱারী ৱাতায় পুম্নমক জ্ঞান তানরে। হৌজিক্তি মাষ্টর লোয়রবা মতুংদা সঙ্কর মাইকেলগী ইনফ্লুএন্স কয়াগা লোয়ননা প্রোফেসর ওইরে। মতুংদা ইকুই কুইদনা সঙ্কর অমদি এলিজাবেথ লন্দনদা তাবা হিন্দুশিং অমদি মৈতৈশিংগা পুন্দুনা মণিপুরগী মৈতৈগী চৎনবীদা লুহোংলে।

মনাও অনীদুগী মমাং থক্কী চিঠি কয়াদা ইংলিস নুপীগা নুংশিনবগী ৱারী

কয়াগী পাউ থারকখিবা অমদি প্রোফেসর ওইবগী পাউ থারকখিবদা মখুরা চীফ ইঞ্জিনিয়ার ওইরবা রতনদু ইংলিস নুপী পুরক্কুনা মমৌ ওইরগনি হায়দুনা মীয়াম মমাংদা হরাওজে। হন্দক্তা সঙ্করনা মখুরাদা চিঠিগী থোংদা মঙ্গল অশির্বাদ নিজবগা লোইননা ইংলিস নুপী ইনাক কৈরাক খুনবী এলিজাবেথকা লুহোংলে অমসুং মশামক কেমব্রিজ য়ুনিভর্সিটিগী অঙ্কগী প্রোফেসর ওইরে হায়বসিদা রতন অমদি মাগী নুপীনা ফন-ফজনা মায় পাক্লে নীংজরে। সঙ্করনা মখা তানা থা অনীগী হোনিমুনগীদক্তা ইন্দিয়াদা কোয়রকপদা মণিপুরদা থা অমা লৈরগনি হায়রকপদুনা চিফ ইঞ্জিনিয়ার ওইরিবা রতনদু মতা অমা ওইনা লাংখ্রে। মমাদা মহাক্না য়াম্না ষ্টেন্দর্দ লৈনা ফিজেৎ চাকচা শেমদুনা লৈননবা অমসুং মশামক মৈতৈগী ইমুং-মনুংদা শেং চাবা ফিজেৎ ফাওবা ওন্দুনা বার্থ রুম, লেত্রিন কিতচন, দাইনিং তেবলনচিংবা অনৌবা মোদেলদা শেম-শাজখি। মমাবুসু ব্লাউজনচিংবা শেংহন্নিংখি অদুবু মমাদুনা লন্দনগী মৌ ফংলগদবনি হায়দুনা মৈতৈগী কলচরবু মাংহল্লগদ্র হায়বা মোত্তা রতনদু নুংনাংবা পোকখি। অদুন্নমক মাগী য়ুমদা থবক শীজিন্নদুনা থল্লিবা রামু শ্যামুসু ফিরোল নান্না মচু তানা শেংহম্দুনা মীওইশিং অদুনা লাকপদা ব্রেলকম ফজনা তৌননবা তাকপি তম্নীখি। ঙসিদি লন্দনগী মচা মমৌ রতনগী মমাংদা থুংলরে। মখুরা রতন্না শাগৎচক্লরিবা ইংলিসকী মৌ অদুদি লন্দনদা লৈবী ইংলিস নুপী ওইজরবসু, মশক মতৌ লায় মচাগুম্না চঙখোল্লবসু মহাক মণিপুরগী চৎন-লোনচৎ ব্যাবহার অমদি কলচরদা ঙাওজবী নুপী অমগুম ওইরক্লে। মতৌ অদুদা ঙক্লবা মখুরা অদুনা নুপী অদুদা হঙলুবদা মহাক লন্দনদা পোকপনি অমসুং চাওবনি অদুবু সঙ্করগা খণ্ডনরকপদগী মণিপুরগী কলচর খঙদবা য়াদবনা লন্দনদা লৈবা মৈতৈশিংগা পুনশিন্নরগা, লোয়ননরগা মণিপুরগী চৎন-পথাপ চাকচা-য়ুথক, ফিজেৎ চাকচা অমসুং কর্ম্ম কয়াগী ফিদম মণিপুরগী মৈতৈ কলচর তঙাইফদবদগী তমদুনা কন্না হোৎনজদুনা হৈনরক্লবনি। অদুগা লিচৎ পূন্নমক অদুম্মকসু ঙম্নবা চৎচগনি হায়না পাউদমখি। মণিপুরগী ফজরবা কলচরদা লৌখৎনিংঙাই য়াম্না ওইবা ফজবা ফিদম কয়া, অর্থ চেনবা মতৌ কয়া লৈবদগী মহাক্তা নত্তনা ইংলিসমেন কয়াসু মরক মরক্তা মণিপুরগী চৎন-পথাপ কলচরবু পামজনা তুংইনজবা মীওই কয়া য়াওনরি হায়না তাম্নগুম্বী খোঞ্জেলনা মখা তারকখি। মহাক্কী ঙৌরবা কুচু অদুনা, নাল্লিবা শকফম অদুনা, মণিপুরগী য়ুম অমগী মৌ অমগী তৌফম থোকপা কয়াদু ঙসি ফাওবদা চত্থরক্লি।

মচেগসু উনররে, মচেসু ঙকপনা লোয়খি। মতম অমগী খুঙ্গংগী মোতাই

শুদাইনরবা মচা-মনাও অদুনা ঙসি মমি তানা নাল্লবা মশক মমিং নাইরবা মীকোক থোংবা মণিপুরী মচা অমা ওইরে। ঙসিদি মচেদা সঙ্করনা মাগী লন-থুম লৌ ইংখোল এখুরাদা কথোকপদা মতিকমক চাদে হায়দুনা ফোঙদোরকপনা মচেগী থম্মোয় পেলহনখ্রে। মদুমক্তি মখুরাগী মপান্দগী অমদি মাগী হৈজা শিংজবনা মতিক চাবা মীওই অমা ওইননবা চৎপদা লম্বী পীবিখিবা অমদি লমজিংদুনা শেম্বীখিবা অদু মাগী লৌশিং অমসুং জ্ঞান্না খঙলকপদগীনি। মনাওবু তঙাইফদবগী নত্তনা পাক-পাক উন্নজবা ফংদ্রগসু লন্দন সহরদা মরম চানা পাল্লগদবা শক্তম উরুবনা মচা-মশু ধারা নালা শন্দোক্তুনা তেক্ত-কাইদনা মশাগী ধর্ম্ম অমসুং কলচরবু ঙাক্না হিংহনবা ঙমগদবনা মঙোন্দা মনাওবু তোয়না উন্নরোইদবগী অৱাবদু ওইদ্রে খঞ্জখ্রে। মখুরা অমদি মন্দোলনসু নোংমা মানা মীকিথি মীনাই অমগুম্না, তরানা শুগদবা থবক মানা শৃদুনা মী পূম্নমক্কী পেন্ননবা তৌবা ঙম্বা লিচৎ অদুগা লোয়ননা অচিকপা অশংবদা লাইরিক থৱাই য়াওনা পাদুনা লাইরিক্কা মরুপ ওইখিবদুনা চুম্নতগী লৈবাক মীমাংদা মীথোই-মীহেনবতা নত্তনা মণিপুরগী মচা অমা ওইনা মাগী হৈশিংবনা মীরমদা মকোক থোংলকপা অমদি মণিপুর কৌবা লৈবাক মচা অসিগী কলচরবু মতম অমদা বৃটিশ সম্রাজ হায়দুনা মতিক লৈরবা লৈবাক অদুদা শন্দোকপা ঙম্নবগীদমক্তা মহাকপু উনবা তোয়না ফংদ্রগসু অৱাবা লৈখ্ররোই খন্নখিবনি। মরক-মরক্তা পাউ ফাওনবা, দরকার লৈবা মতমদা শোয়দনা উনগদবা লৈরবনিনা মাগী হোৎনবা কনবনা মীকোক থোংলকপগী ৱারী য়ূমথোং কয়াদা নিন্নখি। মণিপুর মচা অমনা চাওখৎলবা পৃথিবীগী লৈবাক অমগী য়ুনিভর্সিটি অমগী প্রোফেসর ওইবগী নুংঙাইরবা মতৌনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিনা সঙ্করবু ৱেল-কম তৌবগী ফঙ্কসন অমা পাঙথোকখি। থৌরম অদুদা সঙ্করনা মাগী নুপী এলিজাবেথকা লোইননা মখোয়বু ৱেল-কম তৌবগী ফজরবা চাওরবা ফঙ্কসন অদুদা মাবু ইকাই খুম্নদুনা লাঙলিবা অদু উবদা মহাক্কী থম্মোয়দা কয়াদা পেঞ্জখিবা। থৌরম অদুদা মখৌ পোংনা ফজরবা ভাষণ মহাক্না পীখি। মমা লৈবাক মণিপুরবু নুংশিনা পীখিবা ফজরবা ভাষণ অদুনা তিল্লিবা মীয়াম্না থম্মোয় পেন্না খুবাক খুনখি। অরোইবদা সঙ্করনা "মণিপুর ইমাগী সেবা তৌসি, ইমা লৈবাক মণিপুরগী মীংখৈ ঐখোয়সু কাউজরোই", হায়রম্লগা মাগী নুপীগা মখুরাগী য়ূমদা মারুতি জেন্দা চৎখ্রে। হয়েংদি লন্দনগীদমক খোঙশানখ্রগনি।

# চীংগী লৈরাংও

তামো নঙনা ঙরাং ঐখোয়না গুৱাহাটিদগী বস্তা হল্লকপদা কোহিমা সহর য়ৌরকপদা নুমিৎ অদুদগী অখাকপা লৈতনা পিরাং শিন্থুরকপদুগী ৱারীদু লিরোদনা।

– কোন্না লিরগেদা!

– য়াম্না খঙনিংদুনা তৌবনি, লিরোমী।

– ৱারী অদু ঐগী পূন্সিদা খ্বাইদগী থম্মোই শোকপা থৌদোক অমগী ৱারীনি। ঐ ঙসিদি নঙোন্দা ৱারী অদু লিরগে তারো, ৱারী অসিমক্তি ঙসিদগী চহী ৩০ মুক্কী মমাঙদা নাগালেন্দগী কোনুং ওইরিবা কোহিমাদা থোকখিবা ঐগী পূন্সিগী থৌদোক অমগী ৱারীনি।

এডহোক্তা এল দি সি ওইনা নাগালেন্দগী কোনুং কোহিমাদা লৈবা ডি সি ওফিস্তা হন্দক্তা থবক চংলিবা চলাম্বদু ময়াম্বুং থোকপা ইবোহনবীগী ক্বাটরদা লৈমিন্নরম্মী। চলাম্বদু মতম অয়াম্বদা ক্বাটরদা লৈবা মতমদা লাইরিক অমদি জর্নেলনাচিংবা পাদুনা লেল্লি। মরুপ মপাং সঙ্গা কয়া তৌনিংদে, নুপী অঙাংদা কয়া খোইজংলুদে। ময়াম্বুংনা মঙোন্দা কোহিমাগী ফজ-ফজরবী মতমগী লৈশাবী কয়া লৈরিবসি য়েংনিংঙ্রবা, পামদব্রা হায়না কয়ারক হংজখি, অদুম্নমক মহাক্না পামজবা নুংশিজবা কয়া লৈজরক্লবসু মঙোন্দা য়াবিরক্লোই অদুগা লোল লিসু ফাওনবদনা ৱারী শানবা ঙমগদবা নৎত্রে হায়দুনা ফোঙদোকই। ময়াম্বুংনা নুপীশিংনা মাবু করিগী নুংশিনবদা য়ারোইদৌরিবনো শোয়দনা য়ারক্কনি অদুগা লোল লিসু অসুম লৈর-লৈরগা খর খর ৱারী শান্নরক্লগা হৈরকদবদুবো হায়দুনা চৈখি। অদুম্ন মক চলাম্বনা মতাং অদুদা কা হেন্না হকচিন্না খন্দে হায়বসে ময়াম্বুং

ইবোহনবীনা খঙখি।

ওসি নোংমাইজিংগী নুমিদাংদা ইবোহনবীদু মাগী মরুপ ইউ দি সি ওইনা লৈমিন্নবা কোহিমা সহরদগী খরা লাপ্পা লৈবা পিপিমাদগী জোনগী ময়ুমদা চাক্লেন অমা চাননবা হায়জবদগী চৎপা তাখি। মদুমক ইবোহনবীনা জোনগা শিন্নদুনা জোনগা শকখঙ মাইখঙনবতা নত্তনা জোনগী মচলনুপী শকহেনবী ইলিজাগাসু শকখঙ মাইখঙননবা শিন্নরকপদগীনি। মতৌ অদুদা চাক চাননবগীদমক্তা চৎননবা হায়রকখি। অদুবু য়ানিংদ্রবসু চলাম্বদু নুমিদাংদা ক্বাটরদা মথন্তা লৈজবা কিজবদগী ময়াম্বুং ইবোহনবীগী মতুং ইন্দুনা পিফিমাদা চৎপদু য়াজখি।

পিপিমাগী জোনগী ময়ুমদা থুংলবদা জোন্না অনীদুবু তরাম্না ওক্লদুনা মাগী নুপী অমসুং মচলগা লোয়ননা মচাশিংবু ইন্দ্রোদ্যুচ তৌদুনা শকখঙ মাইখঙহল্লম্মী। মচল ইলিজা অমদি জোনগী নুপীনা থোং থাক্লনা চাক্লেন অদু জোনগী য়ুম অদুদা ময়াম চামিন্নরে। চলাম্বদু ইলিজাগী ব্রাং-চাওরবা ঙৌনা রাসি লৈনা ফজবী শক্তমদুদা শুমহৎখিদবদি নত্তে, অদুম্নমক মহাক্না ইলিজাদু মেত্রিক ফেল ওইবদগী লাইরিক তমথখিদবনা ইংলিস লোন ফজনা ঙাওবদি ঙমদ্রে হায়বসি খঙখি। চলাম্বনা ফজরবী ইলিজানা ঈশিং থকপদা ঙৌরবা ফজরবা ঙকশম মতা অদুদা ঈশিংনা চেম্থ্রিবা অদুমক উবা ঙম্বগুম খন্না অদুক্কী মতিক শুমহৎহনখি। ইবোহনবীগা চলাম্বগা নুমিদাং ক্বাটর য়ৌরকপদা ইবোহনবীনা চলাম্বনা ইলিজাবু পাম্মী হায়বসি চপ চানা খঙখি।

চাক ঈশিং চান্নদুনা অনীদু ওফিস চৎনগদবগী থৌরাং তৌনরক্লবা মতম অদুদা ময়াম্বুং ইবোহনবীনা চলাম্বদা 'ঙরাংগী শকহেনবী ইলিজা হায়বদুনা নঙবু নুংশিজে পামজে হায়, মরম অদুদগী ঐনা হোরেল নুংথিল নুমিদাংব্রাইগী পুং ৩.৩০ রোম তাবদা সিমিত্রিগী লৈকোলদা নখোয় অনী উন্ননবা প্রোগ্রাম শিল্লম্বনি। নহাক হোরেল সিমিত্রিদা চত্তুনা ইজিলাগা উন্নরুগদবনি হায়না ঙাঙলকই। চলাম্বনা ফনা য়াজদবনি অদুবু ময়াম্বুংনা চত্তবা য়াদে, মবুংগসু য়ান্নরবনি মাবু চোপহনগনু হায়রকপদগী খঞ্জাননা ওফিসলোমদা অদুমক লাক্লে। ওফিসকী থবক শুরম্বদগী পুং অহুম হেক তারকপদা চলাম্বদু শ্বাই শ্বাই লাওনা ককঙাওনবা হেনগৎলকখি। 'ঐবু চৎকদ্রনে' তৌরিবসিবু হায়বা ব্রাখলনা মথম্মোয়দু তত্তনা চরাংনরকই। থম্মোয়গী মিহুলদু ধং ধং চোংবা হৌরকই, হকচাং তানিক্লকই, দফি দগুম্না ময়াম্বুংগী য়াথংনা সিমিত্রি মাইকৈ তন্নকই।

সিমিত্রিগী ফুগাইনা শাৎলিবা লৈরাংশিং অমদি ক্রোসশিংগী তুমিন তুমিন

লৈনরিবা মতৌ অমদি অষ্টর তৌরবা নাল্লবা ৱাল গার্দশিংগী নাল্লবা ফম্বাক কয়াদুগী মরক্তগী অমদা ফম্লদুনা ইলিজাদু মফি-মরোল নান্না শেৎলদুনা চলাম্ববু ঙাইদুনা লৈরম্লি। চলাম্বনা লাপলপ্পা ফজরবী ইলিজাগী শুমহৎনিঙাই ওইরিবী শক্তম অদুবু উখি। থম্মোই তনিক তনিক্লা চলাম্বনা চংলক্তুনা ইলিজাদা য়েংলকখি। ইলিজানবু চলাম্ববু নুংশিনা য়েংলম্লগা মোমোন্নরকখি। চলাম্বসু মোমোন্নজে। অদুবু লোন খঙনদবনা অনীদু অদুমক তুমিন্না লৈনখি। চলাম্বদু হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা সিমিত্রিগী ফজবদু য়েংজরি। মরক মরক্তা অনী অদু মিৎচান্না য়েংনজে। মমৈদা ইলিজানা লৈকোল অদুগী ফজরবা লৈ অমদা খোইমুনা লৈহি চুপ্লিবদু চলাম্বদা মখুৎ থিল্লদুনা য়েংউ হায়দুনা ইঙ্গিৎ পীরি। চলাম্বনা য়েংলম্লগা মোমোন্নরকই। মমৈদা অনীদু নকলপ ফম্মিন্নরগা মিস্না মরি অদু মিৎচান্ননা য়েংনজে। মতুংদা ইজিলাদু তপ্পা তপ্পা চৎখিদুনা মখুৎ হায়রম্লগা গোলাই অমদগী মশক উখিদ্রে।

ইবোহনবীনা চলাম্ববু ঙাইদুনা লৈরম্মী। লাপলপ চলাম্বনা লাক্লিবদু উরুবদা 'কমদৌই' হায়না য়ৌফাৎত্রিঙৈদা হঙলকই। থম্মোয় চরাংনরিবা পাখং অদুনা 'লোল-লিদি খঙদবনিনা করি করম্না ৱারী শান্নগনি, য়েংনরগা নোকমিন্নরগা চৎশ্রেদনা' হায়না ইপেন পেন্দবা মতৌদা পাওদম্লকই। ইবোহনবীনা ঙসিদি খঙলক্লে, চলাম্বনা অঙ্গামী ওইরবসু ইলিজাগী ফজরবা শক্তম অদুদা মিতারে, নুংশিরে, পাম্লে। মরম অদুদগী পাখং লৈশা অনীদু জাৎ তিন্নদ্রবসু নুংশি লম্বীদা খোংদামিন্নহল্লগে হায়বসি আশা তৌরক্লে। অনীদু ইমুংদা চংদুনা চাক ঈশিং থোংননবা শেম শাপ্রে। চাক লোয়রদুনা চা থক্লবা মতুংদা ইবোহনবীনা চে কলম পাইদুনা তম্বীরকই। হয়েং অমুক্তি নঙনা ইলিজাগা সিমিত্রিদা উন্নবদা মানা হান্না লৈরম্লবদি ঐনা ইরিবা অসিদগী হৌরগা ঙাঙগদবনি, মানসু ঐনা ইরিবা নাগামি লোন অসিদা অয়াম্বা খুন্নক্কনি, খজিক্তং খেন্নবা য়াওরক্লবসু নশা জ্ঞান লৈবনিনা ৱাখলনা অসুম্না হায়বা ওইরমগনি খন্দুনা ঐনা ইরিবা কয়া অসি ঙাঙ শক্কদবনি। মতুংদগীদি ঐনা নুমিদাং খুদিংদা তম্বীদুনা ৱারী খরা খরা শান্নবা ঙম্লবা হোৎনবিরগনি। চলাম্বনা হঞ্জন-হঞ্জন পারবা মতুংদা মানা হায়নিংবা খরসু ময়াম্লুংগা তান্নদুনা ইশিন্দুনা ৱাখল নুংঙাইনা অহীং অদু তুমথপ্রে।

ঙসিসু ময়াম্লুংনা প্রোগ্রাম শেমখ্রবগী মতুংদা সিমিত্রিগী লৈকোলদা নুমিদাংৱাই অদুদা ইলিজানা মহৌশাগুম চলাম্ববু ঙাইদুনা লৈরম্মী। চলাম্বদু তপ্পা লাক্তুনা ইলিজাগী মমাং অদুদা লেপ্লগা ময়াম্লুংনা ঙরাং ইরকখিবা চেজম অদু ফাক্তোক্তুনা

য়েংলগা ইলিজাদা নুংশিনা ৱারী শাবা হৌরকই।

— অহাতো কিমান দের হোয়ছে?

(লাকপা কয়াম কুইরবগে?)

— দের হুৱানই।

(কুইদ্রি)

— অপনি নাম কি অছে?

(নঙগী নমিংদু করি হায়বা?)

— মোই লগা নামতো ইলিজা আছে।

(ঐগী ইমিংদি ইলিজা কৌই)

— তুমি বেসি সুন্দর আছের।

(নঙগী নশকসি য়াম্না ফজে)

— মিশা কোই আছে।

(হায়জিল্লিবনি।)

— মোয় তুমি লোগোতে হোংসা মোরোম কোরি আছে।

(ঐদি নঙবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজে।)

— মিথা কোরি আসনা মোই পিসোতে সরাকিনা জাবে।

(তৌশিন্নরিনি নতাং তৌরগা হয়েং ঐবু হন্দোকপিরমগনি।)

— তুমি, আমি লোগোতে হুনসা মোন হাকিলেতো তুমি নাসরিবোতো, মোইতু তুমি মণিপুর লোইকিনা জাবে লাগে।

(নঙনা ঐগীদম ক্রুবু লেপ্লবাদি ঐনা নঙবু পুক্নিগী থাদোক্লোই, ঐনা নঙবু মণিপুরদা পুবা পামই।)

— তো মোই না লাগে, মোইতো ভাবনা কোরিবো লাগে।

(অদুদি ঐ তল্লি, ঐনা মদুদি খনবা চংলি)

— ধিয়ান কোরি থাকিপি কলি কোথা পতিবো।

(খল্লুরো অদুগা হয়েং ঙাওনরসি)

অসুম্না অনীদু ঙসিদি লং লং লাওনা ৱারী খরা শান্নজদুনা অমনা অমগী থম্মোয় খরদি খঙনরে। মতুংদা অনীদু কাইনরে।

ময়াম্বুং ইবোহনবীনা মখোয় অনীগী থম্মোইগী ওইপা পাউ খরা ফাওনহনবা ঙম্নবা মতুং অদুদগীদি নুমিদাং নাগামি তম্বীদুনা চলাম্বদু নাগামি খরা খরা লং লং লাওনা ঙাঙবা ঙম্লক্লে। ইলিজাগনু মরি মঙারক মফম কয়াদা উন্নদুনা ৱারী

নুংশিনা শান্নরে, অদুম্নমক ইলিজানা চলাম্বগা লোয়ননা নাগালেন্দ অদুদা লৈমিন্নবা অদুম্মক পান্নি, মহাক মণিপুরদদি চৎপা পাম্বগী মতৌ লৈত্রে। মতৌ অদুনা চলাম্বদু নুংশিবদা ৱাখল নুংঙাইতবা মতৌ অমদি ওইরক্লি।

দিমাপুরদা পুলিসকী এস আই ওইনা পোষ্টিং তারম্বদগী অঙ্গামী জেমসতু হন্দক কোহিমাদা পোষ্টিং তারক্লে। মহাক্না মমাংথক্তা ইনগেজ তৌনদুনা লৈবী শকহেনবী ইলিজাবু উন্ননিংদুনা ইলিজাবেথকী ময়ূমদা লাক্লে। মহাকপু ইলিজা অমদি মবুং জোন অমদি মতৈমা অদুনা মহাক লাকপদা কা হেন্না হরাও নুংঙাইবা ফোঙদোক্লিবা মতৌ অদুদা জেমসকী ৱাখলদা চয়েৎনবা অমা ফাওরক্লে। ইলিজাখোইগী ময়ুমদগী ৱাখল ইনুং নুংঙাইতনা ময়ূমদা হল্লক্লবা জেমসনা ইলিজা অমদি জোনগী ইমুং মনুংগী মরমদা লৈকাই অদুদা থিগৎলগে চপ চানা খনগ্রে।

জেমসনা ইলিজাগা মণিপুরদগী দি সি ওফিস্তা ক্লাক ওইনা থবক তৌবা শকহেনবা পাখঙ চলাম্বগা মরক মরক্তা উন্নবগী পাউ ফংবগা লোয়ননা নুংশিনরে হায়বসি খঙলকপদগী চলাম্বদু উন্নবা লাক্লে। পুলিস এস আই ওইরিবা নুপা অদুনা কন্সটেবল অনীগা লোয়ননা লাক্লুনা চলাম্বদা মহাক্না ইলিজাবু অমুক হন্না উন্নদুনা নুংশি ৱারী শান্নরবদি কোহিমাদা নত্তনা নাগালেন্দ অসিদা ফাওবা লৈহল্লোই, নমদুনা লৈগে খল্লবসু মথায় মাঙগনি হায়দুনা কিহল্লম্লে। মতৌ অদুদা হান্নগা খরা কিগনবা চলাম্বদু কিজবনা মীপাইবা হেঙ্গৎলক্লে। মহাক্না ময়াম্বুং ইবোহনবীদা ইলিজাবু থাদোক্লগে হায়দুনা লেপ্লে হায়দুনা হায়জগ্রে। ইবোহনবীনা নুংশিবগীদমক্তা ওইরবসু চলাম্বনা কিজরকপা অদুনা মহাক্কী উপাইসু লৈখিদ্রে। ইলিজানা কন্না হায়রকপদগী ইবোহনবীনা শিন্দুনা চলাম্বগা ইলিজাগা নোংমা চিক্না উন্নজরে। ইলিজানা মহাকপু নুংশিখিদ্রবা জোন্না নমদুনা লৌখিবা তারে, মরম অদুনা চলাম্বনা হায়জবদু য়াজরগে মণিপুরদা চেনখ্রসি হায়নবদগী নোংমাইজিং নুমিত্তা ইলিজানা চলাম্বগী ক্বাটরদা অহীং পূং অনীরোম তাবদা লাক্লগে অদুগা তুমিন্না চেনখ্রসি হায়দুনা ময়াম্বুং ইবোহনবী য়াওনা য়ান্নখ্রে।

নোংমাইজিংগী অহীং অদু শাবী শানৌ অনী অদুতা নত্তনা ইবোহনবী ফাওবা তুম্বা য়াখিদে। অহীংগী পূং অনী তাবদা বেগ অমগা ইলিজা চলাম্বগী ক্বাটরদা থুংলরে। চলাম্বা অমসুং ইবোহনবীসু মাঙজৌননা শেম শাদুনা লৈরম্লে। ইলিজানা ইবোহনবী অমদি চলাম্বদা জোনগী কাওবুনা অহীং অদুদা পাউ খঙবগুম মখোয়গী য়ূমগী অকোইবদা মহাক চেনখিদনবা গার্ড তৌদুনা লৈরম্লে। মহাক্না

চেল্লক্লিবা অদুগী শামিন ফংবগা শোয়দনা তান্নরক্লগনি অদুনা খরা থুরসি হায়দুনা হায়জরক্লে। ইবোহনবীদগী বিদাই লৌরবা মতুংদা পাখঙ নৈশা অনীদু খোংজেল থুনা বেগ অমমম নম্বো পোদুনা জখমারোমদা খোঙনা চেন্না চেন্না লাক্লে। মখোয়না মখোয়বু থিরকপগী খোঞ্জেল অমদি তোর্চকী মঙাল উরক্লে। পাখং নৈশা অনীদু স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না হুমাং কানা নেম্লেল হায়ৱে ৩৯দা জখমারোমদগী লম্বী অদোমদা য়ৌনবা লাক্লে। মখোয়না কোহিমা টাউন্দগী খরা লাপ্না চৎলগা লম্বীদা লাকপা অরাকপা গাড়ি অমদা হেক্তা তোংলগা মণিপুর য়ৌনবা হোৎনরক্লিবনি। চীং নৈবাক অদুদা অঙানবা মঙাল হায়রপ ফাওরক্লবদা ইলিজানা তাম্না তুং হন্না চেন্না চেন্না য়েংলুবদা জোন্না মখুত্তা নোংমৈ পিষ্টোল অমা পায়দুনা অমুক হন্না চেনখিদনবা লাওরকপগা লোয়ননা চলাম্বা তম্না নোংমৈ কাপলক্লে। খুৎলৈ থুনা ইলিজানা চলাম্বনা পানগদবা নোংমৈ গুলি অদু চলাম্ববু ইম্থোক্লগা মথবাক্লা ওকখ্রে। ইলিজানা ঈখেং তানা লৈমায়দা তারবদা চলাম্বনা ইলিজাবু পমখৎতুনা "নঙনা ঐগীদমক্তা নথ্বায় কখোক্লবনিনা ঐনসু নঙগীদমক্তা থৱাই থারবসু থারগনি" হায়না লাও খোংদুনা কপ্লক্লে। ইলিজানদি "তুমি জাবিতে" হায়না তত্তনা হায়জরক্লে। চলাম্বদু চৎখ্রো হায়বদু ময়াদ্রবদা পিরাংনা চোল্লবা ইলিজাগী মাইথোংনা মথবাক্তা ঈ থোরকপা মেল্লিবা মখুৎ অনীদুমক লোন্নরদুনা "মোই কোথা, মনিবি তুমিজান, বচি-কি না জাই থকিলে মোই সিদা পরা মোরাম পাই অসিলে মোনতে থাকিবো" (ঐনা হায়বসি য়াবিয়ু, নহাক্না নথ্বাই হিংলগা চৎখিবদুনা ঐগী নুংশিবদি থম্মোয়দা অদুমক লৈজগে" হায়দুনা খুরুমজরক্লে। মতৌ অদুদা খাংওমদ্রবা চলাম্বনা মমিত্তগী মপি চদুম চদুম তানা ইলিজাবু চেজেৎ কোনশিঞ্জরম্লগা মাগী য়াথং মতুং ইন্না চৎখ্রে।

ৱারী তারিবী চলাম্বগী নুপী রোম্নিসু মখোল থোক্লা হিক হিক কপলক্লে। চলাম্বসু কপ্লি। চলাম্বনা খঙহৌদনা মচিন্দা মথন্তা শোন্দোরকখি—"খাঙুথক্তা কেন্ননবা শাৎলক্লিব্রনে চীংগী নৈরাংও?"

# মীনা তাথিবা অমদি মীৱাদগী

গোরোবসে পাখণ্ড ওইরিঙৈদগী মরক মরক্তা য়ু অদুম থক্লকই। তৌবতদি মী খ্বাই য়ু খুথক্কা মান্নদে, ফেরে ফেরে হায়দুনা লম্বী থুংবতা নত্তনা মশাগী ৱাখল অদুনা মশানা য়ু ঙাওখ্রগা মহাক্না করি করি তৌখ্রবা অমদি ঙাঙখ্রবা খণ্ডজদে। মতৌ অসিদা মমান্নবা কয়ানা মহাক্না থকমিন-চামীন্নবা তন্নে। মীনা মানা য়ু ঙাওরবা ঙাঙলম্বা অমদি তৌরম্বা নাতে চান্দ্রবা ৱারী কয়া মঙোন্দা তন্নকপদা মহাক মথন্তা মরক মরক্তা অকিবা ফাওবনা মপান থোকপা ফাওবা ঙমজদে, অদুবু মহাক্না য়ু থক্তবা মতম কয়াদদি মহাক্কী মতৌদি সাধুনি। মাগী ইমুং-মনুংনা হায়বদি মতু মচা অমদি মমানচিংবনা মহাক্না য়ু থক্লদ্রা হায়না তত্তনা পাখৎনজে। মচলনুপী অদুসু ময়ুম পানখ্রবনি, লৈত-লৈতা অঙম্বা হোৎদুনা অওং অউন তমজদুনা মদুমদি লোয়খ্রবনি। অদুন্নমক মচল অদুনসু মবুং অদুগী য়ুথক অদুবুদি খণ্ডলগা অয়াম্বা মতমদা শাধুগী লমচৎ চৎপা মতৌনা অদুম্মক নুংশিজে। মমা ইবেম্মা অমদি গোরোবগী নুপী তরুবী অমদি মচা পিশকশিংনা গোরোববু অদুম্মক লুনা চান্না তৌনবা ঙাক্লি। অদুন্নমক মীওই পূন্নমক্কী মাবু নুংশিবিবা, থাজবিবা অমদি মাবু তাথিবা শিংনবা অমদি চানবিবা অদুম লৈবা তাবনি। মচল নুপী অদুগী অনীশুবা মচা অমা পোকপগী ষষ্ঠি পুজা অদু ঙসিনি। মচল অমসুং মশেল নুপাদুনা গোরোববু উৎসপ তৌগদবনিনা অয়ুক্তগী ঙন্না লাকপীয়ু হায়জবদগী গোরোবদু তন্না তন্না পূং ৮ লোম তাবা অয়ুক্কী মতম অদুদা ময়ুমদগী থোরকখি। মহাক সাইকলসু থৌবা হৈবা মী নত্তে, মখোঙতনা চৎপনা মহাক্কী মথৌ ওইবতা নত্তনা পামজবনি। মরম অদুদগী কিমি অনী লাপ্লগা লৈরিবা তুরেল তোৰ্ব্বানগী গোলাইনচিংবা লৈবা লম্বী অদুদা মচলগী ময়ুম তম্না লাক্লি। গোলাই অমগী

ময়াগী লম্বী অদুদা মহাক্কা মরক মরক্তা য়ু ঙাওমিন্নখিবা য়ুথক মান্নবা সেঙ্গোইদু লম্বী থন্না জ্ঞান মাঙদুনা তাদুনা লৈরম্মী। গোরোবনা তারিবা সেঙ্গোইবু য়েংলগা "সেঙ্গোইনিনে, পীকব্রবা লম্বী অসিদা য়ু তপ তানা থকচিন্দুনা মানা ঙাওরগা তুরিবসিবু, হৌজিক্কালগী নহারোল গাড়ি মচা অয়াংবশিং কন্না কন্না থৌনবা অসিনা তকখায়দুনা শিবা তারেনেসে" হায়দুনা শয়েংলোমদা মখুৎ অনীনা কন্না পায়দুনা চিংদুনা ইঙ্খোল ময়াগী শম্বল নাকল, অশোংবা ময়া অদুদা সেঙ্গোইবু তাশিন্দুনা থম্বীরন্নগা অমুক মচলগী ময়ুম পাংলকই।

মচলগী ময়ুম য়ৌরবদা মশেল অমদি মবাইশিংনা তরাম্না ওক্তুনা তৌবা য়াবা উৎসব অদুগী থবক থৌরমশিং শুমিন্নে। পূং ১২.৩০ রোম তবদা উসব চাবা হৌদুনা মশাসু চাবা য়াওশিনখি। উৎসব চাবা লোয়দুনা মরী মরী চৎনখি। গোরোবদি নুমিদাংদা শোনগদবা ষষ্ঠি পুজা অদুদা তেন কাপকদবা ওইবনা অদুমক চৎত্রে। অমগা অমগা ব্রারী তৌনদুনা য়া য়া লেল্লকপনা নুমিৎনা হায়রপ মমথরকপদা ব্রাহ্মণ লাক্তুনা পুজা হৌখ্রে। ব্রাহ্মন্না অঙাংগী মাম্মনা তেন কাপ্পনবা হায়রকপদগী গোরোবনা তেন কাপখ্রে। দান থাদরবা মতুংদা গোরোবদু জ্ঞান তানা মচল অমদি মশেল নুপানচিংবদগী বিদায় লৌরগা ময়ূমদা হল্লক্লে। হন্দক থা অনীরোম য়ু থকপা তোল্লকপনা মরম ওইদুনা ষষ্ঠি নুমিৎ অদুদসু মহাক য়ু থক্লক্ত্রবনি।

নোংঙাল্লমদাই পূং অনীরোম তারকপদা গোরোবনা তুন্নিবা কা অদুগী থোঙ অদুদা দং দং য়েরকই। নুংঙাইনা য়াহিপ তান্নবা মতম ওইবনা গোরোবা নত্তনা ইমুং অদুগী কনানসু থোঙ থীল্লিবা অদু তাখিদে। গোরোবা ফমুংদগী 'কনা ওইরবনো' হায়দুনা হঙজে। অদুবু মপান্দগী 'ঐখোয় পুলিসনি, করিনো অমত্তা হঙজগে তৌবনি থোঙ অমুক্তং হাংবীয়ু" হায়রকখি। মতম অদুদা মমা ইবেম্মা অমসুং মহাক্কী তরুবীসু তাদুনা হৌগৎনরকই। মমা ইবেম্মনা গোরোবা মহাক ফমুংদা লৈয়ু মহাক থোঙ হাংলগা ঙাঙনগে হায়দুনা ইঙ্গিৎ পিবদগী গোরোবদু ফমুংদা লৈরি। মমা ইবেম্মা অদুনা থোঙগী পোনা শত্তুনা থোঙ অদু হায়রপ হাংলগা "ইবুংঙোখোয় করিগীনিনা" হায়না পুলিসশিং অদুদা হঙজে। পুলিসকী এস আই অদুনা "গোরোববু পুলিস ষ্টেসন্দা ব্রা অমখক তান্নগদবা, হঙগদবা লৈবনা তৌজবনি, কুইরোই ঐখোয়না অমুক থিনজরক্কদবনি" হায়রকই। মমা ইবেম্মদুনা "ইবুংঙো অদু ওইরবদি হয়েং নোং হেক ঙানবম্না থাজরক্লগে" হায়জরকই। অদুবু শাওরবা এস আই অদুনা "নচানা মী হাৎপা নখোয়সু

খওলমগনি, নচানা মী হাত্তোক্লগা থনম্নদগী মীনা তম্লক্লুনা ফাবা লাক্লিবনিসে, গোরোবা ফজনা হায়রিঙেসিদা লাক্লো। নৎত্রবদি নাতে চাজরোই” অসুম্না গোরোবরোমদা হায়রকখি। গোরোবদু হৌগৎলদুনা “ঐদি জ্ঞান তাজদ্রে, ঐদি ইচন নুপীগী যষ্ঠিদগী ওরাং কদায়দসু চখোকচদে কনা কনা হাৎলম্নগী কেশ ওইরবনো” অসুম্না চম্না হঙলকই। এস আই অদুনা “নঙনা ওরাং অয়ুক শেঙ্গোইবু লম্বী ময়া অমদা হাত্তোক্লগা মথন্তা শিজবা মালহন্নবা থন্নম্নদু ভাব তারেদনা অচুম-অরান কোন্না খন্নসি চৎসি” হায়রকই। উপায় লৈত্রবা গোরোবাদু ফি শেৎচিন্দুনা পুলিসশিংগা চৎখ্রে।

গোরোবদু সি জি এমগী মমাংদা পুথোক্লবা মতুংদা সেঙ্গোই হাৎলুবগী কেশতা জেল য়ৌখ্রে। মহাক্লা জেলদা লৈবা নুমিৎ অদুগী নোংঙানবদা পোষ্ট মোর্টেমগী রিপোর্ট ফংলে, মদুদি শেঙ্গোই হায়রিবা নুপা অসি য়ু তপ তানা থকচিল্লগা নম্বর ফোর কাপশিল্লুবদগী শিখিবনি। নুমিৎ অদুদা সেঙ্গোই হায়রিবা নুপা অসি মহাক্কী মরুপ গোরোবনা পুরক্লগা লম্বী অমগী গোলাইগী কাচিন অমদা তুথরকপদগী চিংশিন্দুনা লম্বীদুগী মতাই অমদা থন্নম্ননি হায়বসি মমিৎমক্লা উহৌবা শাক্ষিনা শেংনা তম্লক্লবনা গোরোবানা সেঙ্গোইবু মখুৎমক্লা হাৎলুবা নৎত্রবসু মীশি অসিগা মরি লৈনবনা মীহাৎপগী দন্দি অদু ফংফম থোকই হায়না পুলিসনা এফ আই আর অমা কোট্রা থাগৎলকখ্রে। গোরোবাবু সেঙ্গোই হাৎলুবগী মরালনা জেলদা লৈখ্রে হায়বসি লৈকায় অহুম মরিদা পুমনিল নিনখ্রে। মতৌ অদুদা মীপাইরবা মমা ইবেম্মা অদুগী শহুমদগী মশেন নুপা অদুনা কন্না উকিলনচিংবা নেক্লুনা গোরোববু জমিন্দা থাদোক্লে। মহাক্লা জমিন্দা জেলদগী থাদোক্লবা মতুংদা মহাক্কী ইনোসেন্ট অদু মাগী ইমুং-মনুং অমদি কৈরোই লৈকাইগী মরুপ-মপাংশিদা তত্তনা লিজদুনা মাগী মরাল লৈজদবা অদু তমজে। মদুমক মহাক্কী ইমুং-মনুং মরী মতা অমদি মাগী নুংশিজবা খরনা থাজরবসু মাবু তাথিবা মীওইশিংনা অমদি নুংশিদবা মীওই কয়ানা মহাক্কী য়ু ঙাওবগী লমচৎ অদুনা করেম্মনা গোরোবগী শেংলবা থৌদৌ অদুগী ৱারী অদু মবা লৌদবগুম্না তৌরকই। গোকুল কৌবা মাগা মহৌশা খৎনখিবা, সেঙ্গোইনা তাদুনা লৈরিবা মফম অদুগী মনাক্তা মমুম লৈবা নুপা অমনা গোরোবনা শেঙ্গোইবু পুদুনা লাক্লগা লম্বী নাকচি অমদা চিংশিন্দুনা থমখিবদু মমিৎমক্লা উহৌই হায়নরকপা মতৌ অদুমক্লা অমুক হেন্না গোরোবগী ৱাখল অমদি অশেংবা অদুদা মশক থিহনবনা গোরোবদু উপায় লৈরক্তে। কেশ অদুদি তারিখ য়েথোক য়েথোক্লুনা লৈখি,

অদুম্নমক গোরোববু মীয়াম্না লোয়নবা তন্নরকপগুম্বা অমদি মাগী ব্বারীদা তানিংলক্তবা, হুল্লকপা ফাওবা য়াওরকপনা গোরোবগী ব্বাখলদা কা হেন্না ব্বারকপদা নত্তনা মপান থোকপা ফাওবা তল্লকই, অদুম্নমক মপান ইথোক থোক্তবসু ব্বাখলদা হেন্না ব্বাখৎলকপনা গোরোবদু সাইকিয়াটিক্সকী লায়ননা নারক্লে। য়ু শাংনা থক্লকপগী য়ু থকপা লেপ্পকপদা লাকপা ইফেক্ট হায়বদি মহৌশানা মরক মরক্তা মহাক্না জ্ঞান তাদনা ঙাওরুবদগী য়ুঙাওবা ফরগা কিরকপা মতৌ কয়া লৈখিবদুগুম কিখৎলকপা অমদি ব্রেন্দা শেঙ্গোইগী শিবগী মতাং অদুদা মহাক্কী ইনোসেন্ট অদুবু পুর্ণিমা থাজবু রাহুনা উমশিনখিবগুম অচুম্বা অদু কেশ অদুনা নমশিনখিদুনা মহাক শেংনা মীহাৎপা তারগদ্রা খল্লু খল্লুরগা চিংনবা অমদি কিরকপদগী মচিন্দা মথন্তা মুরুম-মুরুম শোনবা য়াওরক্লে। মমৈদদি জ্ঞান মচেৎ-মচেৎ মাংবা ফাওবা য়াওরক্লে।

ঙসিদি বিচারগী নুমিৎনি। পুলিসনা নৌনা পীখৎলকপা এফ আই আর অদুগা মাগা য়ান্নখিদ্রবা গোকুলনা মমিৎমক্লা উহৌবা শাক্ষিগী জাবান পীরিবা অদুগা মীওই কয়াগী অরানবা খোল্লাও কয়াগনা মীহাৎপা শোয়দনা তারক্লগদবা উবদা অশাও মৈরীনা খাঙম্লক্তবদগী জ্ঞান মাংলক্তুনা শেরান তুরান গোরোবনা ঙাঙশিল্লকপদগী লানজদ্রবা গোরোবা শেঙ্গোই হাৎপদা চেন্নবা তাখিবনা চহী কুংগী মীয়াৎতা থবক শুবগী দন্দি ওইনা জেলদা লৈবদা কোর্টনা রাই তাখ্রে।

হৌজিক্তি মমা ইবেম্মা অমদি মাগী লোয়নবী অমদি মশেন নুপা অদগা মচল নুপী অদুগনা কন্না মহাকপু মীহাৎপা নত্তে হায়না রায় তাহন্নবা পৈশা চংদনা লাক্লরবসু কোর্টনা য়াখিদে। গোরোবপু মরাল শুক্লে লৈতনা জেলদা নিংবা কায়না লেল্লক্লে। মমা ইবেম্মা অপোকপীবু নুংশিজবা মাগী লোয়নবী তরুবীবু নীংশিংজনা পিক্লবা মচা অনীদুবু থম্মোয় শেংনা নুংশিজনা থম্মোয় কায়না কায়না থবক শুবা বন্দি অমা ওইনা থা কয়া লেল্লক্লে, চহী ফারক্লে, চহী কয়া ফারক্লে, মরক মরক্তা মিৎলু পিরাং চোৎলবা মমা ইবেম্মা অমদি মাগী লোয়নবী অমদি পিক্লিবা মচাশিং উনবা জেলগী জগা অমদা ফংখি। অদুবু মীকুপ খরতগীনি। মদুনা অমুক হেন্না গোরোবগী লায়না হেন্নবা মচাক ওইহন্দুনা গোরোবা পুরামক ঙাওদ্রবসু অঙাও অফে মতৌ ওইরক্লে। মহাক থবক শূহনখিদ্রে, মহাকপু জেলদা লৈবা অঙাওবা য়েংবা ডাক্তরনা হিদাক থাদুনা লায়েংবা হৌখ্রে।

চহী ৫ রোম শুরক্লে, ঙসিদি নুপা মীয়াই অনীখক তুরেলদা অশিবা নুপা অমা তাওথরকপগী পুলিস ইনভেষ্টিগেসন্দা চিংনবদগী মীহাৎদুদা চেন্নে হায়দুনা ইন্টোগেসন তৌরকপদা মীহাৎপা অনী অদুনা হায়দোরকপদা সেঙ্গোই শিবগী মীশি অদুদা গোরোবা হায়রিবা নুপা অদু মরি অমত্তা লৈনদে। মাদি চুম্নগী মরুপ মপাংশিংনা য়ু ঙাওদুনা কারন তৌবা অমদি চৎপা ঙমদ্রবা অমদি তুরবদা মহৌশানা তেংবাঙবা মীশক্লি মদুমক্তি মহাক্লা ঙাওরকপদসু তৌনবনি। মহাক্কী মরাল লৈতে শেঙ্গোইদি মখোয়গা লোয়ননা নুমিদাং অদুমক্তদা য়ু থকমিন্নবদগী নিশা হায়গৎলকপা অদুদা নম্বর ফোর খজিক্তং কাপ্পগা নিশা হনগদ্রা হায়দুনা কাপশিল্লুবদগী জ্ঞান মাঙলকপদগী মথন্তা মহাক্লা তারিবা লম্বী অদুদা মখোয়না থাদোকখিবনি। মহাক লম্বী অদুদা তুথখিবদগী অদুমক শিরবনি হায়না পুলিসতা অনীদুনা রিপোর্ট পীরক্লে। খুদক্তা পুলিসনা কোর্টতা কেশ অদুগী রিপোর্ট পিখ্রে। মমৈদা জজ অদুনা ফিভম অদুনা কেশ অদুদা গোরোবা মরাল লৈত্রে, মরম অদুনা গোরোবা থাদোক্লো হায়না জজমেন্ট পীরক্লে। জেলর অদুনা নোংঙানবগা গোরোবগী ইমুং-মনুংদা পাউ পিরকপদগী মমা ইবেম্মা, মশেল নুপা অমদি মাগী নুপী তরুবীনা লাক্তুনা ঙাওত্রং ফৈত্রং তৌরবা গোরোববু মীহাৎপা নত্তে হায়দুনা শিন্নরকপদগী পুরক্লে।

হৌজিক্তি গোরোবা মরাল লৈত্রে হায়বসি মীয়াম্না খঙনরক্লে, অদুম্নমক গোরোবাদি মশেন নুপানা মাগী নুপীনা মমানা থেমদুনা নৌদুনা ফাদুনা থম্লবসু নাম্থোক্তুনা লম্বীগী চিদাইদা মুরুম-মুরুম শোন্না চৎলি। অহানবদা মফি-মরোল খরা নান্না চৎলম্বনি, ঙসিদি মোৎলবা শেগাইরবা ফিজোলগা লোয়ননা মকোক মরু ইফ-ফানা অমুক নোক অমুক মুরুম-মুরুম শোন্না চৎলি।●

# এটেন্দেন্ট রেজিষ্টার

পি দব্লিউ দি দা এস ও ওইবা ইঙোদু মহৌশানা মণিপুরগী মপানদা বি টেক তম্বা লোয়রমদাইদগী নম্বর ফোর কাপ্পা হৈনরক্লবনি। হৌজিক এস ও ওইজরবসু মহাক নম্বর ফোর কাপ্পগী হৈনবী থাদোকপা ঙমদনা লৈরক্লি। মপা মমা অমদি লৈকাইদা অফোংননা খঙদ্রবসু মহাক্কা নিশা মান্নবা মীওই কয়ানদি মহাক নম্বর ফোরদা এদিকনি খঙনৈ। মশক মতৌ ঙৌনা ৰাং চাওনা ফজবা পাখং ওইরিবা এস ও ইঙোদু ঙসিদি মসিদা থাদোক্লনবা খরা ললপ ললপ ফোরসে কাপ্পগে হায়দুনা নুমিদাংৱাই অদু কাপ্তনা খাঙখ্রে। মশাদা থোইদোকপা অকাইবা লৈরক্তবগী মতৌনা নুমিদাং অদু তুমথরে। নোংঙাল্লমদাই পূং অনীরোম তারকপা অদুদদি ইঙোগী মশাদু য়াম্না নুংঙাইরক্লে। মহাক্লা ফমদুনা অৱাবা মৈচাক খাঙলমই। মমৈদা উপাই লৈররোই খনবদগী হাওফি অদু ইনশিন্দুনা মখোয়গী যূম অদুদগী কিংমিং অহুমলোম লাপ্পদা লৈরিবা মহক্কা মরক মরক্তসু নম্বর ফোর কাপমিন্নবা দিপকখোইগী যূমদা চৎনবা শাজেল তৌরক্লে। ওক্টোবর থাগী ঈংলবা নোংঙাল্লমদাই অদুদা ইঙোনা মখোংনা মরুপ দিপকখোইগী ময়ূমদা অকি অখং খঙদনা খৌরাংবা অমগা লোয়নননা লাকপনা দিপকখোইগী মাঙ্গোলদা থুংলরে। ইঙোনা 'দিপক দিপক' হায়না কৌরকপদা দিপক্কী মমা ইবেম্মনা লাক্লিবা কৌরিবদু মহাক্কী মচানুপা অহল দিপক্কা তিন্নজবা মরুপ এস ও ইঙোনি হায়বদু খঙখি। তাঙ্গা অদুদা ইঙো নত্তবা অতোপ্পা মচাদুগী মমান্নবা অমা ওইরম্লবদি তথি তথি ঙাওলমগদবনি অদুবু লাক্লিবদু সরকারগী সার্বিস তৌবা ওইবতা নত্তনা য়াম্না ইং তপ্পা অরেম্বা মীওই ওইবনা ইজ্জৎ য়েংনদুনা তুম্লিবা মচা দিপক্তা ইঙো লাক্লে হায়দুনা হৌদোকখি। শাউনিংবদি পোক্লিবনি অদুবু হৌগৎতা য়াদ্রদুনা হৌগৎতুনা

ইঙোবু মাগী কাদুদা পুশিল্লকই। ইঙোনা 'মহাক নিশা অসিদা খরা খরা থাদোক্লবা ঙরাং নুমিদাংব্রাই অদু কাপ্পুদবনি অদুবু অহীং খরা থেংথরকপদদি মশা অদু করিনো অমা তৌনা হায়নিংঙাই লৈতনা ব্রারকপদগী খাঙবা ঙন্নক্রুদুনা ননাক্তা চংজরক্লিবনি খাঙবা ঙম্রদ্রদুনা তৌবনি' হায়দুনা নোঞ্জরকই। দিপক্লা 'ঐদি হৌজিক্তি কদাইদগী লৌরুগনি উপাই লৈতে হায়দুনা শিং নাম্বোরকই।' মতৌ অদুনা হেন্না ব্রাহল্লবা ইঙোনা 'ভাই উপাই অমতদি তৌবিয়ু' হায়দুনা লুপা ১০০ চৎপি অমা পীশিল্লকই। দিপকসু 'নঙনা পৈশা পিজরবদসু মদুদি হেক্তা অনকপা অদুব্রাইদা ফংবা নত্তে ব্রারবসু ব্রানা নোংঙানবা ফাওবদি খাঙলো' হায়দুনা তপথরকই। ব্রারবা ইঙোনা 'ভাই ঐবু অমুক্তদি কল্লু ঐগী হকচাংসে করিনো অমা তৌখ্রে' হায়দুনা দিপক্কী ইমুং অদুদা হিপথরকই। দিপক্তু জ্ঞান তাশিল্লকত্রে, করিগুম্বা ফৎত-নুংদা থোক্লবদি মাগী ময়ুম অদুদনিকো খল্লদুনা মহাক্লা নোংমা নিনি অসিদা কাপশিন্নবা থমজরিবা নম্বর ফোর অদু পুথোক্তবা য়াদা পিছ অমা পুথোকচদুনা ইঙোদা পাম্মু পাম্মুনা পীজখি। হরাওরবা ইঙোনা মমল য়াম্না তাংনা মতাং চানা পুথোরক্লিবা নম্বর ফোর পিছ অদুগা অহনবা সিরিজ অদুগা তপ্না লৌজরগা জ্ঞান তানা পিছ অদু মাগী হকচাংদা কাপশিঞ্জখি। মিনিট তরা অমুক্কী মতুংদা মরুপ দিপকপু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচবগা লোয়ননা মনঙ্গলদা ইল্লক্লিবা হাওফি অদুবু 'নঙগী ওইজরো' হায়দুনা দিপক্তা ইনবিরম্লগা ইঙো থুনা য়াংনা ময়ুমগীদমক খোঙ থাংখি।

খোয়াথোংগী পি দিব্লিউগী হেড ওফিস্তনি। ইঙোদু মাগী চৌক্রি অদুদা ফল্লদুনা খিকাদার অনীগা ব্রারী শাদুনা লৈরি। পিওন অমনা লাক্তুনা ইঙোদু এস ইনা কৌরি হায়রকপদগী ইঙোদু এস ইগীদা চৎখ্রে। খিকাদার অনীদুনা অতৈ ষ্টাফশিংদুগা ব্রারী শান্নে। থবকসু ফনা হৈজরিবা এস ওনি মদুগী মথক্তা কালিফাইডনি মশক মতৌ হায়বা ব্রাৎপা নত্তে অদুগা নুপী অঙাং থিয়ু য়াদ্রিবসিবু করিগীনো করি অব্রাৎপা লৈবনো হায়না ব্রাহং পাওহংননা ব্রা ব্রা নোক্লি। তাঞ্জা অদুদা ইঙোদু চঙলকই ময়ামদুনা নোক্লিবদু করি ব্রারীদনো হায়না মহাক্লা নোকমি নোকমি হঙলকপদা খিকাদার অনীদুনা নুপী থিয়ু য়াদবগী ব্রারীনিদা হায়দুনা ময়ামদু পূন্না নোকমিন্নরকই। অসুম্না ফাগী-ফারাং ব্রারী তৌনরম্বদগী খিকাদার অনীদুনা 'ঐখোয়গী টি এস প্রোসেস অদু লোইশিনবীরো হয়েং লাকচরগে' হায়দুনা চামঙা চৎপী অমা ইঙোদা লানশিল্লকই। ইঙোনা 'হোয়' হায়দুনা চামঙা চৎপীদুমনা হাপচিনখি। অনীদু চৎখি। ইকুই কুইদনা খিকাদার অমসু ইনদে

টকীদমক লাকই। ইঙোনা ফৎ ফৎ শুজম্দুনা থিকাদার অদুনা লুপা চামঙা চৎপী অমা পিশিল্লক্লগা ইশা হেক্তা এস ইগী শোই লৌজরগে হায়জে অদুবু ইঙোনা পিওনগা অদুম চঙমিন্নখো হায়দুনা পিওন কৌদুনা রেজিষ্টারগা লোয়ননা ইনদেন্ট অইবা অদু এস ইগীদা থাজিন্ননা হায়রকপদগী পিওন অদুনা থিকাদার অদুগা চঙমিন্নখি। অসুম্না থবক অমা অমা তৌদুনা ৱারী ৱাতাই শাদুনা লৈরম্লিবা ইঙোদু পুং মঙারোম তারকপদা থোকখি। লৈরিবা ষ্টাফকী গ্লাস শীজিন্নবা কয়ানা ইঙোনা নোংমতা থক চাবা অদুদা য়াওদবা অদুদা অথেংবদুদা ৱারীনহৌই।

ঙসিদি লৈকাইগী মখুরা অমা শিবগী সংস্কার য়াওরুবগী ইঙোদু ময়ূমদা হোবে হোবে থুংলরে। মহৌশানা মাগী ওফিসকী মথৌ অমদি নিয়মদি কাইনা চৎপা হৈনজদবগা মমাদা চাক থিরো হায়দুনা হায়রম্লগা ফিরোলনচিংবা শেৎচিল্লে। চাক চাবা তোকপদদি পুং ১১.৩০ রোম তাশিনখ্রে। থেংলে হায়দুনা হোবে হোবে থোরক্লুনা রিক্সো অমা তোংদুনা খোয়াথোংগী ওফিস তম্লক্লে। থুরবা তানফম অদুদা কৈশাপাৎ জঙ্কসন্দা মরুপ দিপক্লা তনকৌ কৌবদগী রিক্সোদো খাম্লুই। দিপক্লা মহাক্কী ৱারবা মতমদা মতেং পাংবিখিবগুম ঙসিদি ইঙোনা দিপক্কী ৱারবা ফিভম অদুদা পুংজা খরদং মতেং পাংবীয়ু হায়জরক্লে। ইঙোদু ওফিসপু য়াম্না কিজবা মীশক্লি অদুবু থেংলে হায়দুনা লাক্লিবা মতম অদুদা করম্না দিপক্কী মতেং পাংদুনা লৈথোক্কদগে হায়না খল্লিঙৈদুদা দিপক্লা মিৎলু পিরাং শিঙ্কুদেদা খাক্লা মতেং নিরক্লবা অদুদা উপাই মরৈতদুনা ইঙোনা রিক্সোদু থাদোকখ্রে। দিপক্লা লালমোহন্নচিংবা লৈদুনা তাদা মহন্তগী য়ূমদা চংজরুবনি অদুবু ফোর লৈরমদ্রে কনা কনাদগীনো অমুক্তা থিরুসি পৈশাসু ফুল য়াওরি হায়দুনা হায়জরক্লে। উপাই লৈত্রবা ইঙোনা বি ও সি রোমদা চৎপনা ফগদবা মাল্লে হায়দুনা রিক্সো অমা ৱাইদুনা অনীদু বি ও সি তম্লক্লে।

নিশা চাজরবসু জ্ঞান লৈবা মী ওইবনা খোয়াথোংগী পি দব্লিউ দি ওফিস মমাঙদা রিক্সো খামহল্লগা থুরপ ওফিস্তা চংলুদুনা এটেন্দেন্ট রেজিষ্টারদা শোয় তৌশিল্লম্লগা এস এ দব্লিউ অমদি ষ্টাফকী মীওই খরদা সংস্কার অমা য়াওরুবদগী খরা থেংদোকখ্রে হৌজিকসু গেত্তা মমান্নবা অমা ঙাইরি অমুক্তা থাদোক্লুখিগে হায়দুনা থুরপ অমুক থোরক্লে। ৱানা ঙাইরিবা দিপক্কা ইঙোদু রিক্সোদুদা বি ও সি তম্লক্লে।

অমা অমদা খঙনা চান্নবা হঙনদুনা অমদা অমুক চৎ অমদা অমুক চৎ মমৈদা মরুপ অমগী য়ূম অমদা অনীদু পাকথদুনা নম্বর ফোর কাপখ্রে। ইঙোদি

কাহেন্না কাপত্রে, মশাদা ওফিসকী থবক্কীদমক খোইরাংনবননি অদুবু দিপক্তি পৈশাগা য়াম্না য়াওবগা অচা-অথক্কা মরাং কাইবগা ইংনা কাপশিল্লকপদগী খঙহৌদনা লেকথখ্রে। য়ূম্বুগী মরুপ অদুগা ইঙোগা পাখৎপনা লোয়খ্রে। অনী অদুনা অচিকপা কা অদুদা দিপকপু ঈশিং থাদুনা মখুৎ মশা নোইদুনা কন্না হোৎনখি। অদুবু মমৈদা গক গক তৌরম্লগা দিপক্কী অরোইবা য়াহিপ তানখ্রে। মদুমক নম্বর ফোরদা করাম্বা দোজ হেঞ্জিনবদগীনি। অনী অদু খন্নবা য়াবা খন্নরবা মতুংদা দিপক্কা লৈরিবা কা অদু থোং থিংজিন্দুনা থম্লগা হোরেল অহীং তুরেলদা থাদখ্রসি হায়দুনা য়ান্নদুনা ইঙোদু ওফিস তম্লক্লে। মানা চরাং খোইরাংননা ওফিস হেক য়ৌদুনা স্বর শাংনা হোল্লগা চৌক্রিদা ফমথবদা ঙাইরিঙেদা মন্ত্রিগী মী অনী লাক্কুনা ইঙোদা সিমেন্টকী ইন্দেন্ট অনীখক শিন্নররে। অদুমক ঙসিমক নংননবা এস ইদগী শোই লৌদুনা লোয়শিনবীরম্লো মখোয় মন্ত্রিনা কৌরে অদুনা চৎলগে হায়দুনা লুপা চনিখক পিরম্লগা চৎখ্রে। ব্রাখলদা চরাং খোইরাংনরবসু করিসু তৌদবা শারদুনা ওফিসিএলশিংগা ব্রারী ব্রাতাই তৌনজে অদুবু থম্মোইদুদি ব্রাখল অমনা নিক নিক লাওরি। ফমফম খঙদ্রবা ইঙোদু হৌগত্তুনা ওফিসকী লম্বী কয়াদা অমুক চৎ মচি অমদা অমুক লেপ্তুনা মী খঙহন্দা উংদুনা লৈরকপনি। মমৈদা মন্ত্রিগী মীশিং অদুগী থবক্তু লোয়রগা এস ইদগী শোই লৌহৌরুগে খল্লকপা মতমদদি এস ই চৎখ্রে। উংদুনা মফম মরাং খঙদনা লৈরম্বদগী ওফিস কুমখ্রে।

অহীং থেংনা য়ূমদা হল্লকপনা অয়ুক্তা পূং ৭.৩০ অদুব্রাইদা মিকপ থোরকই। ফমুংদা হিপ্পা হিপ্পা রেদিওগী পাউদা ইম্ফাল তুরেলদা মী অশিবা অমা তাওথরকপদগী পুলিসনা লৌখত্তুনা মোর্গতা মশক খঙদোক্রবা থমখ্রে হায়বদু তাখি। কোক ফুঙ ঙাওখি, তৌফম খঙদে, হৌগত্তুনা অয়ুক্কী তৌফম থোকপা তৌরগা লাইরিক পাবা শাদুনা রিদ্দিং রুমদা ফম্লগা করিবু থোক্লগবা হায়দুনা খঙ্গবদা ককঙাওনরকই। মমা ইবেম্মনা ওফিস চৎনবা লোয়শিল্লো চাক লোইরে হায়দুনা অহীং থেংনা হল্লকপগী ঙাঙবোই শোনবোই তৌবদুনা অমুক হেন্না মিপাইবনা ইঙোদু চাবা য়াবা খরা চারগা ওফিস চৎনবা মমাদা পৈশা খরা নীরিঙে মতমদা পুলিস লাক্কুনা ইঙোবু পুলিসতা চৎননবা হায়রক্লে। মমা ইবেম্মা অদুনা পুলিস অদুদা করিগীনো হংজরব্বদা 'ইমা ওফিস য়ৌরগা খঙগদবনি, করিসু থোইদোকপা পাখৎনিংঙাই, ওইদে য়ৌরগা থাদোকরপসু য়াই' হায়দুনা পুলিসশিং অদুনা হায়রম্লগা জিপ্তা ইঙোবু পুখ্রে। পুলিস কস্তসিদা ব্রাহং পাওহং

কয়া তৌরবদা পুলিসকা লোইননা পি দব্লিউ দিগী ওফিস্তা লাক্লবদা এস আই, আই ও অদুনা ঙরাং ওফিস্তা ইঙোনা কারম্বগী এটেন্দেন্ট রেজিষ্টারদা শোয় তৌরম্বা ওফিসিয়েলশিংদা নত্তনা ইঙোবু ঙাইদুনা লৈরম্বা মন্ত্রিগী মী অনীদুনা মখোয়গী থবক ঙরাং শুরম্বনচিংবা অমসুং হৌজিক লোইশিন্দবা য়াদবা অসিনচিংবা হায়নরকপদগী ইঙোবু পুলিসনা অমুক পুরগা এস আই অদুনা ওসি অদুগা তান্নরবা মতুংদা পোষ্ট মোর্টেমগী রিপোর্টতা নুংথিলগী পূং ২ রোম তাবা মতম অদুব্রাইদা নম্বর ফোর দোজ হেন্না কাপশিনবদগী শিবা ওইবনা অমসুং ইঙোনা ওফিস্তা থবক শুরুম্বা লৈরম্বা ওইবনা মহাক্কা শিরিবা দিপক্কা চৎমিন্নদুনা হিদাক কাপমিন্নে হায়বগী প্রমান মতিক চানা ফংদবনা থাদোক্লক্লে। থাদোকপগা ইঙোদু ময়ুমদা চংশিন্দুনা মমাবু মিপাইদনবা হায়রম্লগা ওফিস্তা লাক্লুনা পুলিসনা তৌরিবদু অয়ানবনি ওফিসার অমগী মিংচৎ মাঙহনবনি তৌবা য়াবা করি লৈবনো হায়বনচিংবা ঙাঙন-শক্লরগা থবক শুবা য়াবা শুরম্লগা ময়ূমদা চুমদ্রিং হল্লকখি। ফমুংদা হিপ্লবা মতমদা মহাক্কা মপৃক্সি অদুবু নিন্দা তৌজবগা লোয়ননা মহাক্কা এন্টেন্দেন্ট রেজিষ্টার অদুদা শোই তৌরমদ্রবদি ফিভম চারম্লোই হায়খসি খঙজখি।

# ইপাবু লায়েংলনি

মপাবুং অমসুং মমা ইবেম্মা অদুনা মচা নুপা কোকহন লাইহন্নি হায়দুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী লুনা চান্না তৌজরকপা খেলেম্বা অদু বিএ পাস তৌরবা মতুংদা মপাবুংনা পৈশা চঙনা কন্না ব্রানোমদুনা আই এফ সি সিদা এলদিসি ওইনা থবক তৌজরে। অঙাং ওইনা মপাবুং অমসুং মমা ইবেম্মা অদুগা লোয়নননা অব্রা-অনা কয়াদা শরুক য়ামিন্নরকপা ওইবনা মপাবুং অমদি মমা ইবেম্মনা ইমুংগী থবক থৌরম পূম্বদা মাগী য়াকা য়েংনৈ, খন্নজে। মহাক্কী মচল অমগা মনাও অমগগী লাইরিক লাইশু তম্বিবগী হীরমদতা নত্তনা হীরম কয়াদা ময়াম্বা অমা ওইনা খেলেম্বনা ভার পুরিবনি। মপা মমাদুনা অহল ওইশিল্লক্কুনা থবক শূ-নোমদুনা মহৌশাগুম্ম পৈশা নুংশা তানবা ঙম্লক্তবা মতমদা অদুদা খেলেম্বনা ইমুংগী ভার অয়াম্বা পুদুনা হৌজিক্তি লৈরক্লি, মসিমক হায় হায়দুনা অহল ওইরবা মমা মপা অনীদুসু অঙম্বা শক্তিনা মতেং পাংদবদি নৎত্রে, পাংসু পাংলিবনি। মপাবুং অদুগা মমা ইবেম্মা অদুগনা মচা কোকহন লাইহন ওইরিবা খেলেম্ববু থেম নৌদুনা মমৌ অমত্তং থিননবা কন্না তকশিল্লবনি অদুবু খেলেম্বনা মতম খরদি ঙাইখিসি হায়দুনা খাঙদুনা লৈনখিবনি। খেলেম্বদু মতমদুগী থক চাবদি খরা অদুম ময়াওই, অদুম্মক কা হেনবা মতৌ নত্তবা অমদি চম্মা পূক্সি লেনবনা মীয়াম্নদি অদুমক নুংশিনৈ। মশাগী ওফিস্কী মথৌদা য়াম্না হৈনিংনা পূক্লিং চঙবনা মথক থোংনবগী য়াথং ঙাক্লা চৎচবা অমদি কোলিগশিংদা নুংশি চান্ননা লোয়নবনা মাগী তলব নত্তবা শেঞ্জারম মচা মশুসু অদুম ফংজরিবনি। মশক মতৌসু মমা মপাদুগী মচা ওইবনা চাওদম শাংদম কুচু ঙৌনা চঙখোনবা পাখঙ ওইবতা নত্তনা সরকারগী তলব চাবগা ওইবনা মতমগী লৈশাবী কয়ানা মিতারিবা

খেলেম্বনি। মচল নুপী অমসুং মৌপবা নুপা অদুসু মতমসিগী চঙখোল্লবা অঙাং পুংকক চাওরকপশিংগী মনুংদা শিংথান্নবা য়ারিবা ঙাক্তনি। খেলেম্বদু বিষ্ণুপুরদা থবক তাবনি। মরম অদুদগী ব্রাহেং লৈকাইদগী, মাগী ময়ুম অদুদগী বিষ্ণুপুর তম্না হঙ্গৎ-হন্দা বস তোংদুনা চত্তুনা ওফিস কারিবনি। থাদা ভারাদা লুপা কয়াদি চংলিবনি, অদুবু মঙোন্দা মদুগী মিপাইবদি লৈতে। তৌবগীদি মহাক য়ারিবমখৈ মীঙেন্দা হায়জবা চৎচবা নৎত্রগা পুবা নিবা কয়া তৌজবা পামজদে। মাগী লৈজবা খরদুনা অদুম পাক শন্না কোন্নজনবা শিনবা পামজবা মীতানি। মচল নুপীনা লাইরিক তম্না তম্না ফিরোল লোন খোত্তুনা তাশিঞ্জবা পৈশা কয়াদুদগী মাগী ভারাগী পুবা লংবদি য়াওই, অদুবু পৈশা খরা পায়বগা মথোইগা লোয়ননা মচলদা শিংবিরীবনি। করিগুম্বা মতমদা মপাদগী পৈশাগা লৈব্রা হায়দুনা হঙজবা য়াওই। মপা অদুনসু হরাওনা অরৈবা পৈশা অদুম পীনিংনা পিজে অসুম্না ইমুং অদু চৎনবা য়ানা মীমান্নরিবা মতৌদা য়াম্না নুংশি চান্ননা খৎনা-চৈনবা, লাওন-খোৎনবা য়াওদনা ইং-চিক্লা পানবা মতৌনি।

পে রিভাইজ তৌরগনি হায়দুনা হন্দক মরক রেদিওদা খবরদা তত্তনা নিন্নরকপা অদুনা তলপতু খরদি হেনগৎলক্লগনি খঞ্জরুবদা খেলেম্বগী থম্মোয় অদু নুংঙাইজে। অদুম্নমক মতমদুগী পোৎ-চৈ, চানা থক্লবগী মমল ব্রাংখৎলক্লিবা মতৌ অদুদি মহাক্লা থোইদোক্লা পারুদে। মতমগী খোঙলোয় তুংইন্না অমসুং অহল ওইশিল্লকপগা লোয়ননা অনাবা অমনা হন্দক মরক মপাবুংদো মশা ইঙম ঙল্লক্তবগুম তৌরক্ই। মপাবুংগী ফিভম অদুদা মিপাইরবা খেলেম্বনা মপাবুংদা হোস্পিটালদা চত্তুনা লাথেংননা হায়রজে, অদুবু মপাবুং অদুনা খেলেম্বগী পৈশা লৈতবা মতৌ অদুদা অর্মদি ইমুংগী শোথরিবা ফিভম খঙবনা কোন্না তপ্না য়েংলসি হায়দুনা য়ানদুনা খাঙনরি। মপাগী মশা ঙল্লক্তবা অদুদা মমানসু মাবু বিষ্ণুপুরদগী ইম্ফালদা পোষ্টিং অদু তারকপা য়ানবা হোৎননবা হায়রকখি। অদুবু বিষ্ণুপুরদা কুইনা তারকপগী হৈনরকপা নুংঙাইরকপা অদুনা মাগী ব্রাখল অদুদা চন্নবী মচল অদুনা 'বিষ্ণুপুরদা ঐখোয় তামোগী দারলিং লৈরম্লনি' হায়দুনা মমাদা ব্রারী শাজবা অদু খেলেম্বনা নাপ্লা চিক্লা তাখি। মহাক পাখঙনি, মহাক নুংশি নুংওন খঙদবা নত্তে, মহাকপু নুংশিজবী লৈশাবী থবক তৌবী অমদি তৌদবী শকহেনবী কয়া বিষ্ণুপুর অমসুং ইম্ফালদা লৈতবা নত্তে, অদুম্নমক চম্না চা নুং থকমিন্নবা ব্রারি শান্নবা নত্তনা মহাক্লা অদুগুম্বা মচলগী ব্রাহৈ অদুগা মমা অদুগনা মতাং অদুদা চিংনরপ তৌনা থল্লিবা ব্রাফম অদুনা মপানা নাদুনা শোন্দুনা লৈরা

ফাওবদা বিষ্ণুপুর থাদোক্লিংদবগী মাগী মতৌ অদুদা মহাক মথন্তা নুংনাংবা পোক্লকই। মরম অদুদগী মহাক্লা বিষ্ণুপুরদগী খোয়াথোংগী হেড ওফিস্তা ট্রান্সফার তৌরক্লবা ৱানোম্বা হৌরকই। ময়াম্মদি পে রিভাইস অসি তৌরগা চৎপনা ফগনি হায়জখিবনি অদুবু মহাক্লা ইম্ফালদগী অদুম তপ্পা লৌজরগেদা হায়দুনা ৱানোম্বদু কনশিন্না তৌরকই।

মহাক বিষ্ণুপুরদগী খোয়াথোংগী হেড ওফিস্তা ট্রান্সফর তৌরক্লে। ইমুংগী মীওই পূম্নমক্লা হরাওজরে মপুক্লিংদা ইপেন পেঞ্জদ্রবসু অশোনবা অনাবা মপা ইবুংঙো অদুনা হরাওজবা মতৌদুনা মহাক্লসু নুংঙাইজবগুম উৎচৈ। অদুবু মপাগী অনাবা অদুদি অসুম হেনজিল্লকপগুম তৌরক্লে হায়বসি মহাক খঙলি। মপা ইবুংঙো অদুগী অথুবা থিনবা লেংবা নাবা কয়া লৈকাইগী দাক্তর কয়া য়েংদুনা হিদাক লাংথক থাদুনা, থক চাদুনা মতম খরদি অদুমক ইংনৈ, ফখি। অদুবু মতম খরা লৈরগা অমুক হেক্তা হৌরকই। অমুকসু ডাক্তর কৌনদুনা হিদাক লাংথক অমুক তৌই অসুম্না অসুম লৈরকপা মতৌদা খেলেম্বগী থম্মোয়দা পেন্দবা অমনা তত্তনা ওৎলক্লি। মীঙোন্দগী পৈশা পুরগা মপাবু লায়েংগে খল্লবসু ফরক খরা তারি। পে রিভাই তৌবগী এরিয়ার মীপুম খুদিং ফংনখ্রে, অদুবু মাগীদি বিষ্ণুপুর দিভিজন্দা শাবসু য়াওহৌদবা ইম্ফালগী হেড ওফিস্তা শাবসু য়াওদবা ফরক অমা তারিবা মতমনি। বিষ্ণুপুরদা তন্না চত্তুনা মরি লৈনবা চে-চাং লৌননবা মঙা তরুক্লক চৎলবা মতুংদা উচিন-নাচিন্না ইইগী শোই তৌরদুনা পুরক্লে। মপাদুনা ফমুংদতা লৈরকপা অদুদা খেলেম্বনা মপাবুংদা "পাবুং ঐগী রিভাইসকী এরিয়ার লুপা লিশিং তরারোম ইকুই কুইদনা ফংলগনি অদুগা পাবুংসু মতিক চাবা ডাক্তর অমদা ফজনা য়েংলগা তঙাইফদ্রগনা গৌৱাহাটিদা চৎপা হায়বদুনি" হায়দুনা থেমজরকই। কাহৎলবা মপাবুং অদুগী মাইথোংনা মোমোন হায়রপ তৌনা "হোয়দা হোয়দা মদু ঙাইনবা হায়বদুনি" হায়দুনা অনাবা খাঙখিবা মতৌদা মোমোন্নরম্বা মাইথোংদুনা শুগৎখিবা শক্তমদুনা খেলেম্বগী থম্মোয়দা মৈচাক পীখি। মৈচাক অদুনা খাঙমদনা প্রোক প্রোক চাক্লা ওফিস্তা মহাক্লা ইষ্টাব্লিসমেন ক্লার্ক্তা এরিয়ার বিল অদু খরা থুনা শান্নবা কন্না তকশিল্লক্লে।

মতমগী মতুংইন্না বিল অদু শাবা লোয়খ্রে, অদুবু শোয় তৌগদবা দিদিও অদুদি দেল্লিদা থবক অমগীদমক চৎখ্রে। খাঙফম খঙদ্রবা মতৌ অদুদা যূম হল্লকপদা মপানা শোল্লপ হায়রকই "কয়াম কুইনা লৈরগা নঙগী এরিয়ার অদু

ফঙগদৌরিবনো” মপাগী শোকথরবা মাইথোং অদুনা অশা লৈতবা মতৌগুম ফমুংদগী শোল্লপ্পা ঙাঙলক্লিবা ৱাহৈশি অদুগী অর্থ খেলেম্বনা খঙখি। অদুবু মপাদা হায়জরকই, “পাবুং ইজুকেটিব ইঞ্জিনিয়ারদু দিল্লীদা চৎখিবননি, মহাক হেক লাকপগা অদুম ফংলগদবনিদা” হায়না তপথরকই। মপাবুং অদুনা মখনাও কংলপ “হোয়দা হোয়দা” হায়দুনা তুমিন্না লৈখ্রি। খেলেম্বগী মপুক্লিংদা সরকারগী ফংফম থোকপা পৈশানিনা ফংবদি শোয়দনা ইকুই কুইদনা ফংলগদবনিসে, ইই অদুনা তান ইচা হেক চাদনা দিল্লীদা চখোকখিবা, অদুবু মতম খরদংদি ঙাইনবদা তাপ্রেদনা অসুম্না ৱাখলদু চিংনরপ ফাথখি।

ঙসি তরুক্লি শুবা নুমিত্তদি ইই লাক্লগনি হায়বগী পাউ অদু হেড ক্লার্ককী তাবদুদা বিল অদু মহাক হেক লাকপগা শোয় তৌহনবিনবা ষ্টাফকী চা খেলেম্বনা লৈজে। অদুবু নাকলদা নাপা চিক্লা তাখিবা পাউ অমনা হায়বদি পে এনোমেলিদা অশোয়বা অরানবা কয়া য়াওরকপদগী জেএসিনা সিজ ৱার্ক ষ্ট্রাইক তৌরক্কদবা মাল্লি হায়বদুনা খেলেম্বগী ৱাখল মকোক মমৈ খঙদবা মতৌনা চিংনবা অমা ওইরকখি। ‘হে ঈশ্বর এরিয়ার ফংলগা ঐনা ইপাবু শোয়দনা গৌহাৱাটিদা পুবা ঙম্নবা মঙ্গল আর্শিবাদ পিনবিয়ু’ অসুম্না মপুক্লিংদা ঈশ্বরবু থাজজবগা লোয়নননা খুরুম্লগা ময়ুম তম্রকই। ময়ূমদা থুংলরবদা মনাও নুপানা মপাদু অনাবা হেঞ্জিল্লি হায়দুনা ‘ডাক্তর কৌকদুনা’ হিদাক কাপ্লদুনা লৈরম্বদু য়েংনরকই। ঙসাই পৈশা খরা য়াওরম্লা অদুবু ষ্টাফ পূম্বগী চা অমদি অচাপোৎ লৈদুনা পৈশা ফংলগদবনি হায়দুনা পাখঙ ওইবনী কলেজা তৌথোংক্লুবদা তেংশ্রে। চমম্নরবা মাইথোং অদুনা মপাবুংগী মনাক্তা তপ্প ফমংরকছু। মপানী ম্রা খাঙনিংদবা মতৌ অদু উবদা তপ্পা হৌগক্লুনা মচলগা মনাওগদা ৱানৈ তৌজে। মনাও নুপানা মপাগী অনাবদু খরা হেঞ্জিনবা মতৌনি হায়বদগী ডাক্তর কৌরুবনি অসিনি, পৈশা নুংশাদি হায়না মহাক্লা হঙজরুবদা, মচলনা পীবনি হায়বদুদা খেলেম্বদু হুমাং হন্দোকচৈ। ডাক্তর নহা অদুদা খেলেম্বনা করম করম তৌবা হায়দুনা ৱাহং পাংহংজে। ডাক্তর অদুনা ‘লুপা লিশিং তরামুক্তং পাইরবদি গৌহাৱাটিদা পুদুনা লায়েংলবদি অদুম ফজরক্কনিদা হায়দুনা মখা তারকই। মতাং অদুদা খেলেম্বনা ৱৌরাংনা ‘য়াম্না থুবদি নত্তবদা থা অমা করিমা লৈরগা য়েংলুবদি য়াখিনিকো ডাক্তর সাহেব” হায়দুনা খঙনিংনা ৱৌরাংনা হঙজে। ডাক্তরদুনা “হোয় থা অমা ফাওবদি হিদাক লাংথক খরা তৌরগা অদুম লৈথখিবা য়াগনি, অদুবু থা অমদগী হেঞ্জিল্লক্কবদি চারিবা, কাপ্লিবা, থক্লিবা হিদাক অসিসু সাইদ ইফেক্ট লৈগনি, য়ারগদি থা ফাবাৎত্রিঙৈদা

হেক্তা য়ৌবিরুরো। লুপা লিশিং তরাবু কয়াম য়াম্বা পৈশানো” হায়দুনা হায়রম্লগা দক্ষিনা লৌরগা মোমোন্ননা চৎখি। মপুক্লিংদা খেলেম্বনা খল্লি ইই হেক থোরকপগা শোই তৌহল্লগা ব্রেজরিদা থারগা হেক্তা কাইবা য়াগনিদা, মদুবু ওইরগদি ঙসি তরানিসিগী মনুংদা শোয়দনা ইপাবু গৌহাটিদা পুরগা লোয়রে। ঐখোয় পাবুং শোয়দনা নাবা ফরক্তুনা কনখৎলকখিনি। মতাং অদুমক্তদা মমা অদুনা ‘নঙগী পৈশাদুবু কয়াম কুইনা লৈথখিদৌনো’ হায়দুনা হঙলকই। খেলেম্বনা ‘ইমা তরানি মঙাইদা’ হায়দুনা স্বর ফুইনা হোন্দুনা ফমুংদা লোংনা হিপথরকই। মমাইবেম্মনা ‘ফরে ফরে, মদুগী পৈশাদুনা নপাগী পূন্সি কন্নবা ওইগদৌরিবকো” হায়না শোম্বুরকখি। খেলেম্বনা ‘হোয় ইমা’ হায়দুনা মকোক্তা মখুত্তু হাপ্লগা ব্রাখল তৌরকই। “ঐগী এরিয়াবগী পৈশাসিনা ইপাবু কনবা তারিবনি, শোয়দনা ফংলরগদবা পৈশানি, পৈশাসিনা ইপাসু লায়েংদুনা শোয়দনা ঐগী ইপাবু কনগনি” ব্রাখল অসিনা থম্মোয়দু ফাথজবনি, অদুবু ঙসাই নাপ্লা চিক্লা ওফিসকী কাদা তাখিবা “সিজ ব্রার্ক ষ্ট্রাইক তৌরকপা য়াই” হায়বদুনা খাঙফম খঙদবা ব্রাখল অমনা হুমাং কাংলকইবদুনি মহাক্লা ব্রারিবা...।

হায়বগুম্লদনা ইই হংচিৎ লাক্কনি হায়বা নুমিৎ অদুদগী সিজ ব্রার্ক ষ্ট্রাইক হৌগ্রে। খেলেম্বা হায়ফম খঙদনা ব্রাবা ব্রায়বদু ওইরে। ষ্ট্রাইকসিবু কয়াম কুইনা তৌগদবা হায়বা মাগী ব্রাহংদা, ষ্ট্রাইকনিনা তম্বা ঙমদে, সরকারনা জেএসিগা য়ানদ্রি ফাওবদি মতম লৈতে। সরকারনে হায়দনা তৌরিবসিনা মনা কনবনা, অসিনি, মহাক্লা ফঙলিবা পাউখুম অসিনা পাখৎপ্রদুনা কেসিয়ারগা উন্নজে, ব্রারি তৌজে। অদুবু অরেম্বনি কেসিয়ারগী পৈশা লৈতে, মীঙোন্দা হায়জগন্দবদু তঙাইফদবা ওইবনা মমান্নবা কয়াদা হংজরুই, কান্নদ্রে। নুংঙাইতেদা পীনিংঙিদা হায়বা নত্তনা, সে নঙগীসু ফংগদৌরিবনিনা হায়দুনা পীবিনবা মী লৈতে। ঙরাংদি ইই লাকগ্রে। অরোইবা ওইনা ইই সাহেপ্তা ব্রারী তৌজরুই অদুবু ইইদুগী মচানুপা অমগা নুপী অমগা দিল্লীদা লাইরিক তম্বনি, মখোয়গী পৈশা লোয়না পীরম্লে উপাই লৈতে হায়রক্লে। হৌজিক খেলেম্বগী উপাই লৈতে। ময়ুমদা চংনিংদে, মপা অনাবা অশোনবা অদুগী ফিভম উনিংদ্রে, খাংঙমদনা থক চাবা মমান্নবগা ফম্মিন্নরকই। অসুম্মা চরাংননা ককঙাওননা অসুম হৌজিনখিবনা থা অমা ফাজিল্লক্লে। মপাদুদি অয়ো নাহেদুনা ফমুংদগী হেন্দ্রে। খেলেম্বগী মতৌদুদা মপা অনাবদু অমুক হন্না ব্রা ফাওবা ঙাঙনিংলকখিদ্রবনি। অদুবু অঙাওবগী মতৌগুম্লবা খেলেম্বনা, মীপুম খুদিংদা “মাগী পৈশা ফংলনি, মপাবু লায়েংলনি” হায়বসিদি

ঙসি ফাওবা অদুস্মক হায়জরি।

ঙসিদি সরকারগা জেএসিগা ৱারি শান্নবদগী য়ান্নবা অমা পুরকপ্রে। তানচানা ওফিসতা বিলদু খেলেম্বনা থিজরুরে। বিলদু থিবা খঙদ্রে, বিল ক্লার্কনদি ইইগীদা লৈরমগনি হায়রি, ইইগীদা চঙদুনা হায়জরুরে অদুবু লৈত্রে। ইইগা ফাওবা লাওনরে, ইইনসু মঙোন্দা শাউগৎলক্লে। নুমিদাংৱাইদা কোইথি থিনরবগী মতুংদা ফংলে। শোই তৌখ্রে, বিল থাপ্রে। হয়েংদি শোয়দ্রে হায়দুনা ময়ুমদা থুনা লাকই। ফমুংদা মহৌশাগুম মপাদু তাদুনা লৈরি। খেলেম্বনা তপ্না "পাবুং হয়েংদি পৈশাদো শোয়দনা ফংলনি, পাবুংবু ঐনা গৌৱাহাটিদা হংচিৎমক হেক্তা পুদুনা লায়েংলগনি" হায়রকখি। মপাবুংনা শোম্থাংননা হায়রপ নুংঙাইবা মতৌদা "শোয়দ্রবদি ফরে, ঐ শিবদি শিনিংদ্রিনে ইচাশা' হায়না শোল্লকখি। অদুবু মপাগী ৱাহৈ অদুনা খেলেম্বগী থম্মোয় পুঙমখিদে। মচিন-মনাও অমদি মমাদা ৱারিদু ৱা ৱা তৌরবা মতুংদা নুমিদাং অদু হরাও নুংঙাইননা চাদুনা থক্তুনা লেনখি।

নোংঙানবগা অয়ুক্কী তৌগদবা মথৌ কয়া তৌরম্লগা, ইপা পাখৎনা খেলেম্বদু বারকান্দাজ অদুগা কেসিয়ার অদুগা উন্নবা অমসুং ওফিস য়ৌরুনবা ঙন্না থোরকপ্রে। কেসিয়ারগা মশামক্তা ত্রেজরিদা থুংলরে। মমৈদা এরিয়ার বিল অদুদা অরানবা খরা য়াওরে হায়দুনা য়েংনবা হৌরকই। খেলেম্বনা তম্থদনা বিল অদু ওফিস্তা তনপু পুদুনা বিল ক্লার্ক অদুদা থুনা শেমদোকহল্লে অদুগা ইইগী শোই অমুক তৌহল্লে। স্বর চনিং চমাং শম্নদ্রবা হুমাং কাংলবা খেলেম্বদু ত্রেজরি তম্লকই কেসিয়ারদু ঙাইদুনা লৈরমই। বিলদু উচিন-নাচিন্না পাস তৌখ্রে। খুদক্তা কেসিয়ারগী য়াকাগী মতুং ইন্না লাকখি। ফনদি থেংলবনা তনিক তনিক্লবা খেলেম্বগী হকচাং অদুদা হুমাং কাংববু কেসিয়ার অদুনা খঙবনা বেঙ্ককী মীওইশিং অদুদা মদুমতদি য়াবিনবা তেংবাঙবিনবা হায়রি। পৈশা খরা তিংথোকচবগা ৱারি নুংশিবগনা উচিন-নাচিন্না য়াবিরক্তুনা পৈশা অদু পুরদুনা রিক্সো তোংদুনা ময়ুম মাইকৈ তম্লকই। রিক্সো ভরা থুরপ পিরম্লগা থুনা য়াংনা হরাওনা হয়েংমক গৌৱাহাটিদা চৎননবা শেম শাবা লোয়্গে খন্না চঙশিল্লকই। মাইবা, বামোন, লৈকাইগী নুপী নুপা কয়া অমনে তুমিন তুমিন লৈনরিবদু উরুই। অহল অমনা 'নঙবু কৌবা চৎনখ্রিবদুবু থেংনদ্রবরা' হায়রকপা অদুদা খেলেম্বনা 'থেংনদে' হায়রম্লগা মপাগী মনাক্তা থুনা চংশিল্লকই। মপাগী মিস্না অনীমক মতম পুম্নমক্কী ওইনা উইশিন্দুনা মানা থুংলবা খুদক অদুদা লৈরম্নে। মপাগী মোন নাকল অদুদা লুপা লিশিং তরা অদু তরং তরং থম্লগা, "পাবুং নচানা পৈশাদো পুরক্লে, লায়েংবা চৎলসি"

হায়দুনা তেংথা নাওইদুনা ওন্না থোইনা কপ্লক্লে। মচল ইবেম্মা মমা ইবেম্মা অম্মদি মনে মন্দোলশিংগী কপ্পা লাওনবগী খোঞ্জেলনা মণিপুরগী মচি অদুগী অতিয়া য়ৌনা নিনখ্রে।

## খন্থহৌদ্রবী কনাগী চৈনা

বিহারিগা থাসনাগা নুংশিনরকপা থা অহুমলোম ফারে। থাসনাগী ফজবা ব্রাং চাওরবা ঙৌরবা শক্তমদা ঙাওজবা পাখং কয়া লৈজরবসু মচিং-থিবা বিহারিগা নুংশিনরবনিনা কনানসু চঙশিন্নরকপা ঙম্নদে। বিহারিদু বি এস সি পাস তৌরে। থবক্তি এক্তিব সার্বিস পামজৈ। অদুবু সার্বিস তৌবদা করঁপসন তৌরগা থবক তৌবদুদি পামজদে। মহাক পৈশা লৈতবদি নত্তে, ময়াই ওইরপ শেল-থুম পায়বা ইমুং অমগী মচানি। থাসনাসু মহাক্কী মত অদুতবু য়াজনিংই, হুরান-লান্নদা মাই পাকপা অদুমক্তি পামদে। তৌবতদি মহাক্কী মপুরোইবা ওইগদৌরিবা অদুদি মতিক চাবা মীওই অমদি ওইহন্নিংলি। মহাক্তি বি এ ফাইনেল তন্নি।

ঙসিদি বিহারিনা থাসনাদা ফজরবা মোবাইল হেন্দসেট অমা পিররে। হন্দক্কী বিহারিগী খুদোলপোৎ অসিনা থাসনাদি হুরাওবৈ ঙমখৈ লৈজদে। মখোয় অনীগী নুংশি মরিদো থোইনা হেন্না চেৎশিন্নরগনি খঞ্জে। মসিদা বিহারিনা তত্তনা হায়জখি, 'থাসনা নম্বরসে অতোপ্পা কনাদা পীথোক্কনুকো, শক খঙদবা কনাগসু নোংমতা ব্রারী শান্নরুকো, মোবাইলগী মতেংনা য়ুম পান্নরবনি, মতম লেনগে খল্লুবদগী শোয়বা হায়বসে তম্বা ঙম্বা নত্তেকো''। মতমদুদা হুরাও মথোই কারবী থাসননা হায়জৈ 'মিপাই চাওবা ও, ইবুংঙো, করিগী চিংনরিনো? ঐবু থাজদ্রিবরা? মতমগী লৈশাবীদুমক্তি ঐদি নত্তেয়ে।'' বিহারিগী থম্মোয়বু মকা হেন্না থাজগী নুংশি ব্রাহৈনা থাজবগী মতৌ ওইখি। তশেংনমক পাখঙ লৈশা অনীদু পৃক্সিগী তৎন-থানা য়াদ্রবা মতৌনি। অহিং কয়া-পুংজা কয়া মিকুপ-কয়া নুংশি ব্রারী তত্তনা মোবাইলদা পেন্না ব্রারীনরি। লেপ্পা কৌবা লৈতবা মতম মাগী খোঙচৎকা লোয়নদুনা থম্মোয় অনীদুগী নুংশি ইচেলদু চেম্থরি।

হোংবা নাইবা অৱা-নুংঙাই অনীসিনা শেম্বিবা কায়নবা হায়বসিনা পোলোইনি হায়নরিবা পুন্সিনি মীওইবা। অকাওবা লৈরমদ্রবা নিংশিংবসু লৈররোইদ্রবা মপোকনি হায়বগী মতাগুম্মী। থাসনাদা থোক্লিবা থৌদোকশিংসিনা নুমিদাংগী মতমদা লাইরিক পাগে তৌরকপদা বিহারিবু নীংশিংলকই 'হৈমা ফোন্দি' হায়দনা থাসনানা কোইথি থিরকই। মহাক্কী মোবাইলদো খঙহৌদনা থিবা খঙদ্রে। নীংশিংবসু থোক্রে। মফম-মরাং খঙদ্রে। বিহারিগী নম্বর চিনফা পুবসু নত্তে। মহাক্কী নম্বরদুসু নীংশিংবা ঙমদ্রে। করম থোক্লগদবা খন্না নিঙমদনা নোংঙানবা ঙাইরে। হায়ফম খঙদনা চমম্লরে। থাসনাগী মথা শাবা উংবা অদুদা মমানা থেমজিল্লী— 'অমমুক লৈরগা লোইরবসিবু ইচাসিদি করিগী ৱারুগনি অদুগীদমক্তবু। অদুবু ফোন্দি নুংশি খুদোলপোৎ ওইরুবনিনা...।'

সাইকল অমা তোংলগা থাসনা, মমান্নবী কেবীস্নাগী য়ুমদা লাক্লে। মখোয়নি তান্নরে অদুবু চমম্লরে। কলেজ হল্লকপা ফাওবা করম্বা মফমদা তারমগদবা নৎত্রগা কাউহৌবগা লৈরজাংলা হায়না মওন-মওন খন্নরে। উপায় লৈত্রে, কেবীস্নাগী ফোন্দগী মাগী নম্বরদু য়াওব্রা য়েংই অদুবু ককথৎলম্লে। অদুগা বিহারিগী নম্বরদুসু মঙোন্দা য়াওরমদে। পরিক্ষা মনুংগা ওইবনা বিহারিগী মনাক্তা চৎলুবসু ঙমদ্রে। হান্নসু পরিক্ষা লোয়দ্রি ফাওবদি ফোন্দা ৱারী শান্নবা লেপখিসি হায়নখ্রবনি। মসিনা মরম ওইরগা পারিক্ষাদো লোইদ্রি ফাওবদি থাসনাদু খাঙবা তাখি।

পরিক্ষা লোইরে অদুবু মোবাইল ফোন্দুগী মৈশাদি লোইদ্রি। বিহারিগী মনাক্তা চৎলগা ৱারী পুম্বদো লিরগে খল্লদুনা লাক্লবনি অদুবু থাসনানা চৎলুবদদি বিহারি লৈরমদ্রে। গুৱাহাটিদা চৎলম্লে। থাসনা অৱাবনা ফুম্বংনৈ, মতৌদু উবদা মমানা ৱাজে লুপা লিশিং তরুক-তরেৎ পিবা ফোন্দুগী থাসনানা ৱানা উংদুনা লৈবদো। 'ইচাগীদমক, করিসু তৌবা ঙমদ্রবা, য়াম্লমক তাংবা নত্তবসু অহোংবা অমা লৈবিবা ঙমদবা হায়বদু ওইরেকো।" ইমুংগী শোকচিল্লক্লিবা ফিভমসিনা খঞ্জরুবদা পেন্দনা থাসনাগী মমাইবেম্মনা শোঞ্জে। য়াম্লা তাংবা নৎত্রবসু অমা লৈবিবদি তঙাইফদ্রে হায়বসে মমাগী ৱাখলনি।

নুমিদাংৱাইরমনি, মাগী লাইরিক অমদগী মাগী নম্বরদু থেংনরুবদগী হরাওজবনা মন্দোমচাগী মোবাইল ফোন্দগী মহাক্কী নম্বরদো হোবে হোবে নমলুই। রিং চৎলি নুপা অমনা পায়খৎলকই। থাসনানা হায়জে হন্না হন্না হেন্দ সেটতো মঙোন্দা শিন্নবিনবা, অৱামল ফাওবা তৌজগনি হায়না। নুপাদুনা 'ঐনা কাতু-

কারন তৌগদবা লৈতে সিম শিল্লগা ঐগী ওইরগে খনখিবসু লৈতে। মপু অশেংবা লাক্লকান্দা শিন্নজগে খঞ্জদুনা হাপচদ্রিবনি। অদুবু কনাসু লাক্লিবনি, ঙসিদি নহাক্না ফোন তৌরক্লিবসিনি। শেংদি শেংলেকো।"

থাসনা হরাওবগী ঙমখৈ লৈত্রে, মফম মতম থাদ্রে, ফোন থমজিল্লি। মমাদা ব্বারী পুম্বদু তশেংনা তল্লে, নোংঙানবা ঙাইঙমদ্রে, খোইরাংবনা তুমথবসু ঙমদ্রে।

নোংঙাল্লে, কেবীস্নাগী মনাক্তা লাক্লগা পাউদু তল্লরে, মখোয়নি য়াম্না থুনা চৎমিন্নবা হায়নরে। রাজ পোলিক্লিনিক্তনি, মখোয়নি মপালগী কাউন্তর ময়া অদুদা ফনা কুইনা ঙাইদুনা লৈ, ফোন তৌশিল্লি, নেট ব্বার্ক কোবরেজ লৈতে। থাসনা অমুক মীপাইবা হৌরক্লে। নুপাদু কদায়দগীনোসু হংহৌদে, মমিং মথাসু খঙহৌদে। মীদি কয়া কয়া লেংথৈনৈ। পূং ৯ হায়নবদো নুংথিলগী পূং ১ ফাওবা য়েংলে, অদুবু এয়ারসেলগী নেটব্বার্ক কোবরেজ লৈখিদে। উপায় লৈতদুনা নিংবা কায়না ময়ুমদা হল্লক্লে।

মথংগী নুমিত্তা থাসনানা কেবিস্নাগী ময়ুমদা লাক্লগা কেবিস্নাগী ফোন্দগী অমুক রিং তৌশিল্লি। নুপা অদুনা 'ঙরাংদি লাইবক থিনখ্রে, নেটব্বার্ক চত্তবদনি, ঐসু ইচলগীদমক্তা য়াম্না নুংঙাইরক্লে, হৌজিকমক ঐ কদাইদা লাকউগে তাকপিরকউ, চিল্লবসু চিন্ন ঐ শোয়দনা লাকচরগে হায়রক্লে। থাসনানা 'ঐ থৌবালদগানি, থৌবালগী পার্কিং তম্না হায়থবীরক্লো চানবীদুনা তামোনা পূং ১১ তাবদা থুংবিববো' হায়জগ্রে। হৌজিক্তি থাসনাগা কেবীস্নাগী হরাও মথোই কারদুনা পূং ১১ তারমদাইদগী পার্কিংদা থোরক্লুনা ঙাইরে। মতম অদুদা মশা নানবা মশক মতৌ ফজত্না অমা এরিভা অমা লেংলগা লাকতুদা মীৎয়েং তারুই। মখোয় অনীনা ফোন্দু খিংজিল্লগা লেংই, মহাক ওইরম্বদুদা চংশিল্লগা থাসনানা তপ্না নুপা অদুদা হৌরকই।

— তামো ঐ ফোন মপুদুনি।

— ও, ফরে ফরে, শে শে ফোন অসি লৌজরো।

অসুম্না ফোন লৌরবগী তুংদা হোটেলদা চা থকখিসি, কারিগুম্বা খরা চাখিসি হায়না মখোয়নীদুনা য়াম্না হরাও-নুংঙাইনা হায়রক্লবসু নুপাদুনা ঙসিদি খরা চিল্লি নোংমা মতাং তাবদা থকমিন্নরসি, নখোয় নুংঙাইতবা তৌগনুকো, সে ঐগী এদ্রেস অদুনি, ঐ অমুক য়ৌম্রগে, নখোয়নী শাওনুকো হায়রম্লগা চৎখ্রে। মখোয়নিসু য়ূমদা অদুম্মক স্নান মান অমা ইতা তাদনা হল্লকখ্রে।

থাসনানা মহাক্কী ফোন পিরম্লিবা নুপাদুসু শুম্ম নীংশিংলুরগা নুংঙাইরক্লে।

নুপাদুনা পীরম্বা এদ্রেস অমদি মমিং, ফোন নম্বরদু ফাক্তোক্লগা মুন্না য়েংই। থাসনানা খঙহৌদনা মোবাইল ফোন্দুদগী নম্বরদো নমখ্রে, য়াম্না নুংঙাইতনা হংবদগী রবি, থাংমৈবন্দগীনি হৌজিক্তা এম য়ুগী মেথমেতিক্সকী প্রোফেসর ওইনা খল্লকপদগী কাঞ্চিপুরদা লৈরিবনি হায়বসে খঙলে। থাসনানা ওঝাদুগী অশংবা মতম অমদা উনজদুনা ৱারী শান্নবা হায়জখ্রে।

নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিলগী মতমনি, রবি মাগী এক্টিভা অদু তোংলদুনা থৌবাল পার্কিংদা থাসনাবু ঙাইদুনা লৈরমই। অনী অদু ৱা য়াম্না ঙাওনদনা কিরুপ-কিরুপ য়েংনরল্লবা মতুংদা থাসনানা রবিগী এক্টিভা মনিংদা তোংখৎখ্রগা কাঞ্চিপুরগী রেষ্টুরেন্ট তম্না থৌরক্লে। নুংঙাইবা ৱারী কয়াগা লোয়ননা মখোয় অনীদু চাবা থকপা য়াবা কয়া তৌরবা মতুংদা রবিনা থাসনাবু থিল্লম্লগা রবি মহাক্কী লৈফম মায়কৈ পাংখ্রে। থাসনা ওঝা রবিগী মওং-মতৌ, ৱাঙাং-শাঙাংতবু নীংশিংদুনা আশা অমদা ঙাওরক্লে।

শোমদনা বিহারি সি ডি এস পাস তৌরে। এয়ারফোর্সকী লেফটনেন্ট ওইনা সেলেক্সন ফংলবা মতুংদা ময়ুমদা থুংলরে। ময়ূমদা থুংলবগা থাসনাদা ফোন তৌশিল্লি ৱেটিংদা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা পায়খৎলক্লে। 'নওদি ঐ লৈত্রিঙৈদা ফোন্দা ৱারী অদুম শান্নদুনা অতোপ্পা নুপা অমা থল্লিবরা?' হায়রগা প্রোগ্রাম শেমখ্রে। অদুবু থাসনাগা উন্নবা নুমিত্তা বিহারিগী মতম কুইনদগী নিংজরকপা মংলান পূম্বা থাসনাগী ঙসি ঙসিগী মতৌদুনা নিংবা কাইহনখি। থাসনাগী হোংলম্লিবা পূকচেল অদুতবু নিন্দা তৌদুনা বিহারিবু ৱারৌহনখি। বিহারিনা তত্তনা হায়জখি মহাক্কী মরাল করিনো, 'ঐহাক্কী নুংশিবা আশা পূম্বা থবকসিনা কায়হল্লবরা? ঐ নহাক্কীদমক পূম্নমক কখোকপা ঙমগনি, হৌজিক্তি নহাক্কী অপাম্বদো করিনো হায়রো থাসনা? করিগী নহাক্কা শাউরিবা? ঐবু নুংশিদ্রবরা?' হায়না তত্তনা বিহারিনা হায়জখি, অদুবু থাসনাদি ৱাখলনা ৱারী পূম্নমক অদু অরেম্বা তাহনখ্রে। বিহারিগী শক্তিসু হনখ্রে।

ঙসিসু থাসনানা রবিগী ৱাখলদা ঙাওরক্কি, মরক মরক্তা ফোনসু তৌই, উন্নবগসু চৎলি। ওঝা রবিনসু থাসনানা মহাকপু নুংশিরে হায়বসে তশেংনা খঙলে অদুবু মহাক্তি মতম অদুদা অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংনবা লেপ্লখ্রে। মহাক্কা তোয়না ৱারী শান্নদনবা অমদি উন্নদবা কন্না হোৎনবা হৌরক্লে। নোংমা হোটেল অমদা ফল্লিঙৈদা রবিনা থাসনাদা মহাক্কী লুহোংবগী বার্ত্তন পিরগা 'থাসনা, ঐগী লুহোংবসে লাক্তবা য়াদেকো, কেবীস্নাগা নখোয়নি ঙন্না লাক্কদবনি'

হায়জরক্লে। রবিগী বাহৈসিনা থাসনানা হায়র্ফম তৌফম খণ্ডদা মপি ইরা চেল্লগা 'উম লাকে' শোল্লক্লে। রবি থাসনাগী অবাবদু খণ্ডই, মহাক্কী পূলিবু শেম্রীরকখিবা কৈন্যা ওইংগদৌরিবী অমগীদমক কখোকখিবনা পূলিদো মিনুংশি খণ্ডম্রবা তাদুনা নুপীমচা অমগী অবাবা শরুক য়াবা ঙমখিদ্রে। থাসনানা হৌখিবা পূলিগী তাঙ্কক অমদা বাখল থেনবী ওইখিবদো মদুগীদমক বানা চাকচনা কপচদুনা লেনবা তাখি।

## লম্বীদা চৎলিবী অঙাওবীদো

কুঞ্জবীগী লোয়নবী কেন্সরনা নাবদগী লৈখিদ্রবা মতুংদা মখোয়গী মচানুপী কেথবীবু মমাইবেম্মা লোইয়াঙানবীগী মতেংনা য়োক্লক্লিবনি। মমা ইবেম্মনা মচাবু অনীশুবা মমৌ অমা থিনবা ফনা হোৎনজরবসু মচানুপা কুঞ্জবিনা য়াখিদ্রবনি। মরক মরক্তা স্কুলগী ওঝা মচা অমা ওইজবদুদগী ফংলকপা তলবনা য়ু খরা খরা থকপদি থকই। মদুমক্লা মহাক্কী লৈখিদ্রবী নুপী অদুবু নীংশিংজদুনা লোন্না কপচে। মাতবু নুংশিজবগী ব্রাখল নত্তনা অমত্তা পোকচবী মচানুপীবু পোক্তবী মমানা য়োকখিবী মোইরাংপর্বগী কুঞ্জামলাগুম ব্রাহ্নবা পামজদবদগী নুপী অমুক হন্না থিগে নীংখিদ্রবনি। তলব মচা অদুগা মমাগা লোয়ননা ইংখোল শম্বল খরা শূজবদুগনা লৌ লৈজদ্রবসু মখোয়গী ইমুং অপিকপা অদু কোন্ন-কোন্ননা অদুমক চাজরি। মতম কয়াদা মচাবু কেনা নৌনা স্কুলদা থিনবা লৌরুবা, ময়ুমদা হল্লক্লগা মচাগা শান্নমিন্নবা, লাইরিক তম্বীবা, চাক থোংদুনা পিজবা অসুম্না মচাবু নুংশিনা চান্না তৌবা মতৌদা মীয়াম্না থাগৎনরিবনি। মবোক লোইয়াঙানবীনসু মশুবু চেৎনা চান্না নাওকোঞ্জবনি।

মতমনা কনাসু ঙাইবিদবনা ঙসিদি কেথবীদু লৈশাবী পুংকক ফারক্তুনা ক্লাস টেন তমজরে। সহরদা লৈবনিনা মপাগী তলব অদুনা কেথবীগী মনিংমক থুংজদ্রবসু অদুম্মক অখাং কন্না মাগী লাইরিক তমজরি। কা হেন্না ফবি ছাত্রি নৎত্রবসু অদুম্মক চংনবা য়ানা ফবি ছাত্রি অমা হায়বদুদি হোৎনবা কনবদগী ওইরক্লি। ব্রাইখোম লৈকাইদগী কাঞ্চিপুরগী স্কুল অদু তম্না চংপনি। মচাগী শক্তম ঙৌনা রাসি লৈনা ব্রাং চাওরিবা ফজরিবা অদুদা মমানা নাওকোনবীদবগী অব্রাৎপা খরদি লৈবনা মাগী নেচরদা অশোয়বা খরদি অদুম মরৈ মহাক খঙই।

অদুমমক মচাবু নোংদোল থাজগুম য়েংজরিবনি।

কুঞ্জবীগী মচে অমা য়ুরেম্বমদা লৈ। কর্ম্মনা চিংবা কয়াদা মচিন-মৌপরা চৎনৈ, মমা তিন্নদবনি। মচে অঙ্গৈংবীগী মমাদি লৈখিদ্রবনি। অদুমমক কুঞ্জবীগী মমাবু মমাক্কুন্না কুঞ্জবী অঙ্গৈংবীনি। মখোয়বু পোকপা মপাদি লৈখিদবা কুইখ্রবনি। কুঞ্জবীনা মচাবু অঙাং ওইরিঙৈদগী য়ুরেম্বমদা কর্ম্মনচিংবা চৎপদা অদুম পুবনা জ্ঞান খরা খরা তারকপদগী য়ুরেম্বমদা মনে অমা লৈ হায়বসি কেথবীনা খঙই। হন্দক মহাক্না ক্লাস টেন তম্লকপদা মপানা য়ুরেম্বমদা মনেগী মচানুপা অমা লুহোংবদা নোংমা নিনি লৈরুবদুদা য়াইফবা কৌবা য়ুরেম্বমদগী পাখং অমগা খঙনরকখিবনি। অদুদগীদি অনীদু মরক মরক্তা স্কুল থাপ্পরবসু উনবা হৌরকই। য়াইফবদি তেরাগী স্কুল অমদা তম্বনি, মহাক্না স্কুল কারকপদা ঙন্না লাক্কুনা কাঞ্চিপুরদা কেথবীগা তত্তনা উনবা হৌরকই। অসুম্না য়াইফবগা কেথবীগা নুংশি-নুংওলদা খোংদামিন্নবা হৌরকই।

য়াইফবগী মপা মৈরাবদি নুপী অতোনবী অমা লৌদুনা তেরাদা অদুম লৈরিবনি। মমাগা মবোক্কা মনাও অনীগা পূন্না য়ুরেম্বমদা লৈবনি। মখোয়গী লৌ-শিং ফজনা লৈজে। মৈরাবদি খোয়াথোংগী পি দব্লীউ ডিগী ওফিসতা ইউ ডি সি ওইবনা মরক মরক্তা য়ুরেম্বমদা লাক্কুনা পৈশা নুংশা পিরবে, মচা মশু য়েংশিল্লবে। মরক মরক্তা হুম্নি মরিনি য়ুরেম্বমদা লৈরম্লগা অমুক হেক্তা তেরাগী য়ুমদা চৎখি। য়াইফবা অমসুং মচিন-মনাওসু মপাগী মনাক্তা করিগুম্বা কুইনা কুইনা লৈবসু অদুম ময়াওই।

হৌজিক্তি লাইরিক্তা খরা থব্রাই য়াওজবী কেথবীদু ক্লাস টেন পাস তৌরদুনা এলেভেন ক্লাস্তা মিং চনখ্রে। পরিক্ষা ফেল ওইহৌরবা য়াইফবদি খুঙ্গংদা শা য়েন লোইদুনা লৌ উদুনা লেনবদা তারক্লে। মমা মপা পু-পাং শুনা য়োক্লক্তবা অমদি অহল ওইরবী মবোক্কী কা হেন্না চেকশিনবা ঙমদবা খুৎয়োক্লরা করিনো কেথবীদু মনিং মখা খরা তমই। কেথবীনা করিগুম্বা মতমদা ছুটি নুমিৎতা মরক মরক্তা য়ুরেম্বমদা মনেগী মনাক্তা চৎপনি হায়দুনা চৎলকই। মতৌদুদা চিংনরবা মপাবুংনা হায়রপ হঙনরকপদা য়ুরেম্বমদা লৈবা লমহেনবা পাখঙ য়াইফবগা নুংশিনরে তারক্লে।

মচাবু কদাইদা শোইখিগদগে খন্না শেন্নজরিবা কুঞ্জবীনা থাজগুম য়েংজরিবা মচা অদুদা মহৌশা অকনবা মীচৈ অমত্তা থম্লমখিদ্রবসু, জুগোৎ চাদ্রবা নুপা অদুগা লোয়নদনবা উন্নদনবা চৈ থাংবা হৌরকই। অদুবু অহোয়নননা নুপা অদুগা

হৃন্দক্তা অমুক উন্নরে তারকপদগী মপানা নোংমা খরা থিনা ফুরুরে। পোকপদগী খুবাক্লা খুনম্লা শেৎ থারক্লিবা মপা অদুনা মচা অদুদা ফুরকখিবা মতৌ অদুম্নমক্লা কেথবীগী থম্মোয়না করি খনখিবনো খঙদ্রে, কেথবী মাংখ্রে, অহীং অদুবু হল্লকত্রে। মথংগী নুংথিল ফাওবা হল্লক্তুবদা কুঞ্জবীনা থম্মোয় কাহ্না য়ুরেম্বমদা মনেগীদা মচাবু থিরক্লে। অদুবু মনেগীদসু লৈরমদ্রে, পাওনিল ওইনা য়াইফবগা চেৎখ্রেদি তারে। য়াইফবগী খোংগুল লিরক্লে, অদুবু য়াইফবগী মমা অদুনা মাগী মচাসু থিবা খঙদ্রি হায়জিল্লক্লে। কুঞ্জবীদু ককঙাওননা ময়ুমদা হল্লক্লে। মথং নোংঙানবদা হায়দোকপা লাকই, শাওরবা কুঞ্জবীনা য়াইফবদা মচানুপীদুনা তৌগে মতাগুম চেল্লবা অদুদদি নুপীমচাদু য়ূম অসিদা হান্না থিনবীরকখো হায়খ্রে, অদুবু য়াইফবগী মপা মৈরাবনা নুপী মচানা মহাকপু থিনবীরগনু হায়না য়াদ্রে হায়ররে। খৎনবগা লাওনবগা তৌবদগী নুমিৎ কুম থাজগুম য়েংজরিবা মচা অদুবু মচা নৎত্রে, নখোয়না থোকপা তৌখ্রো হায়না ইস্তোকখ্রে।

নুপা ময়ুম্না শিন্দুনা শেম শাদুনা তেরাদা মপা ইবুংঙো মৈরাবনা কেথবীবু য়াইফবদা ধুম ধামদা লুহোংখ্রে। কুঞ্জবীদু অহিং তুম্বা য়াদবমখৈ, লৈখিদ্রবী মমা অদুবু নীংশিং নীংশিং পিরাং খাঙওমদনা অহীং অদু খাঙখি। কেথবীদি য়াইফবগা লোয়ননা মপাবুংগী য়ূম তেরাদা লৈখ্রে। পোকপিরকপা মপা অমসুং অহল ওইরবী মবোকপু কাওরবগুম্না নুংশিজরবা মপুরোইবনা লুই হায়না খনখ্রে।

মপানা পেন্দবদগী শাওদুনা ফহন্নীংদুনা ধমকা তৌখিবদুনা মচাগী মশক উখিদবা থা অনীরোম ফাজিল্লক্লবা অদুদদি মপাদু মবুক্লিং নুংশিবা অমগা লোয়ননা নুংঙাইরকত্রে। অদুবু মচেনা লাক্তুনা কেথবীদি য়াম্না নুংঙাইনা লৈহৌরি, মতম অমদা লৌখৎপিবা হায়দুনি মতম খরদি য়েংখিগনি হায়দুনা ঙাঙ শক্তুনা মৌপৱাবু থেমথরকপদুনা কুঞ্জবীদু খরদি ঈংথখি। অদুম্নমক মচানা কাফৈ কাফৈ শুমাংদা শান্নবগী শক্তম অদুদি ঙসিসু মীৎমাং অদুদা অদুম্মক উরি।

থা অহুমগী মতুংদা নোংমা কেথবীদু পোংয়োম অমগা অয়ুক অঙনবদা মবোক্কী মনাক্তা লাক্লে। মবোক্লা কুঞ্জবীবু কৌশিন্দুনা খন্নরবা মতুংদা করিগী কেথবীনা লাক্লিবনো হংলকপদা, ৱা খরা লৈরে মরম অদুনা চৎহল্লগুমসি, মরাইবক্কীনি হায়দুনা লেপ্পরে। কেথবীবু মকুবোক অদুনা নত্তবা মিংয়েং য়েংলকপদগী লাকপনি হায়বদুদি তপ্না-তপ্না খঙনরক্লে। পাও অদুনা অশাও মৈরি হৌরবা কুঞ্জবীনা করিগুম্বা কৌবগা লাক্লবদি মতিক থোকপা তৌরগে খন্না খাঙদুনা লৈখ্রে। কুইদে হুম্নি শুবদা মনেমবোক অদুগা অতোপ্লা নুপী অনীগা

লাকই। কুঞ্জবীনা মাগী মখুরাগী মচা অমগা মখুরা অদুগা লোয়ননা লাক্লিবা নুপী অহুমগা ব্বারী তৌনরবা মতুংদা মকুবোক্তু পুরকউ নৎত্রবদি ব্বা ঙাঙনবা য়াখিরোই হায়দুনা নুপীশিং অদুবু থাদোকখ্রে। মথং নোংঙানবদা মকুবোক লাক্লে। মকুবোক্তু য়ু খরা থকচিল্লগা কেথবীদুদা মাবু অমসুং মাগী ইমুংবু মাঙহনগে খনগনু য়ূমদা চৎলসি হায়না থেম্লে। অদুবু কুঞ্জবীনা অরোনবা অমা লৈ হায়দুনা য়েৎনরকপদগী খৎন-চৈনবা লাওনবা কয়া তৌনরবা মতুংদা নুপীমচাদু থাররোই হায়না চপ চানা লেপখ্রে। নুমিৎ তরানিরোম লৈরগা য়াইফবগা কুঞ্জবীগী মচে অঈংবীগী মচা অমগা ভেন অমা তোংদুনা লাক্লে। কুঞ্জবীনা কেথবীগী মতৌ অদুদা ঙাইহাক ব্বারী শান্নরসনু হায়দুনা মশামক্লা শংদুনা য়াইফবা অমদি কেথবী ব্বারী শান্নহল্লবা মতুংদা কেথবীদি থারক্লোই নহাক চৎখ্রো হায়দুনা য়াইফববু তাম্থোরক্লে। মখুরাগী মচা অদুদি মতৌ অদুদা শাওবনা লোয়খ্রে, অমুক হন্না উন্নহনগনু, ঙাক শেন্দুনা লৈয়ু হায়না অঙাংশিংদা য়াথং পীখ্রে। নোংমা কুঞ্জবীনা স্কুলগী অরুবা অমাগী লম্ফেলগী হেড ওফিস্তা চৎথোক্লুবদা, তাঞ্জা য়েংলগা য়াইফবনা চংলক্তুনা কেথবীগা ব্বারী শান্নবগী তাঞ্জা অদু ফংখ্রে। চৎসি ময়াদ্রবদি মহাক শিজরনি হায়দুনা ধমকা তৌদুনা থেমদুনা নৌদুনা তৌবদগী কেথবীদু অমুক চেনখ্রে। কুঞ্জবীনা ময়ুমদা হল্লকপদা পাও অদু তারদা ককঙাওনখ্রে। অদুবু করিদি উপাই লৈরি।

য়াইফববু য়ুরেম্বমদা মতম খরা লৌ-শিং য়েংশিল্লু, অদুগা কেথবীনা ইমুং-মনুংগী থবক তৌদুনা মতম খরা লৈজসনু হায়না য়াইফববু থাদোকপ্রগা শারমচৎ চৎপা মকুবোক অদুনা নোংমা কেথবীদা থাংনা থিনগনি হায়দুনা কিহন্দুনা কেথীববু নমজা নমথেক্লদুনা ইজ্জৎ মাংহনখিবনি। উপাই লৈজদ্রবী কেথবীনা মকুবোক্কী ধমকা অদুদা পাখৎখিবদগী ব্বাখল লাইনা নাবা হৌরকখি। নিংবা কাইরবা কুঞ্জবীগী পোকপদগী নুংঙাইবা শরুক থুংলক্তুবা পুন্সিদুদা অব্বাবগী মথক্তা অব্বাবতা হাপলক্লি। অহল ওইরবী মমা ইবেম্মা অদুসু অমুক কন্না নাশল্লক্লে। য়ুম অদুদা ডাক্তর কৌদুনা য়েংবা য়াবা য়েংলে, মচেসু মরক মরক্তা লাক্লি, কেথবীদু পাও থাখ্রে অদুবু মবোক্লা য়োকচরকপী কেথবীদি লাকখিদ্রে। কেথবীদু হৌজিক্তি তেরাদা লৈত্রে য়ুরেম্বমদা লৈম্ব্রবনি।

কুঞ্জবীদু মাগী স্কুলগী মথৌনগা চিনবগা মীগী মতেংগা লৈতবগা মচানা লাক্তবা অদুদা হংনিংবা খঙনিংবনা ককঙাওনজে। মমাদুসু য়ূমদা অসুম লায়েংলম্বদগী থা অমরোমগী মতুংদা জে এন হোস্পিতালদা লায়েংলক্লে। কেথীবদু অঙাও লৈনানা নাবদগীনি হায়দুনা মাইবা মাইবীনা লায়েংবদা খরদি

ফরবগুম্মী অদুবু মীরক তিনবদি য়াম্রি। নোংমা তাঞ্জা অমা লৌরগা য়ুরেম্বমদা ফং হায়থরকপদা কেথবীদু কা অমদা মথন্তা লৈরম্‌ই। মপাদু লাক্লবা অদুদা মথন্তা পংকপ্তা কপলকই। মচাগী মতৌদুদা কুঞ্জবীনা শাওরংননা মকুবোক অদুদি লাকত্রা হায়না কেথবীদা খঙনিংনা হংলুই। নোংমা ফদোক লাক্লগা পৈশা নুংশা লায়েংনবা পিরম্লগা অদুমক হনখি হায়না কেথীবনা তমজে। শাওরবা কুঞ্জবীনা মনেম অদুদা মচাবু ডাক্তরদা পুখৎতুনা তঙাইফদ্রগনা মণিপুরগী মপান্দা পুদুনা মচাবু ফহনগদবনি করিগুম্বা অশোয় অঙাম য়াওরবদি শিনবা য়াওননি, মকুবোক মৈরাবদসু হায়গনি, পূম্নমক অসিগী মরম মহাক্লনি হায়দুনা লাও খোঙলম্লগা চৎখি।

শোমদনা কুঞ্জবীগী মমা লোয়াঙানবীদু ডাক্তরনা য়াররোই হায়দুনা য়ুমদা সেবা তৌননবা পুথরে। থা অমা স্কুলগী ছুটি লৌদুনা মমাগী সেবা মপুং ফানবা তৌরক্লে। মচেদুসু হেক পোকমিন্নবা নত্তবা অমদি মাগী মথৌনা পাক পাক লাকপা ঙমদবা মতৌ ওইরক্লিবনি। মরক মরক্তা মচেনা লাকপদা কুঞ্জবীনা মচাবু হংজবদা কেথবীদু মাইবা অমনা কন্না লায়েংলি খঙলে। তাঞ্জা অমা লৌরগা লৈকাইগী মনাও অমগা তেরাদা লাক্লুনা শাওরবা কুঞ্জবীনা মৈরাবদা রিমসকী অঙাওবা লায়েংফমদা থুনা য়েংউ নৎত্রগা মপান্দা য়েংলুগদবনি হায়দুনা শাফু পিরম্‌ই। চৎমিন্নরিবা মনাও অদুনসু শিবা নাবা য়াওননিকো হায়দুনা ধপ তৌরম্মী। মমা অনাবদুগী ফিভম ফৎচিল্লক্লে। মমাবু থাদোকপা য়াদবা অমদি পৈশা ব্রাংলকপদগী কুঞ্জবীদু হায়ফম তৌফম খঙদনা ব্রারক্লে। মচেনা পুরকপা পাওদা কেথবীবু মকুবোক্লা রিমসতা পুখত্তুনা লায়েংলি তারে। তান চারিবনা কেথবীনা ছাত্রী ওইরিঙৈদা খঙনবা কেথবীবু য়াম্না পামজবা ছাত্র অমা মফম অদুদা ডাক্তর ওইরম্বদগী মহাক্লা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলি হায়রকখিবদুনি। কুঞ্জবীদু স্বর খরা হোম্বরগা মমাগী অরোইবা মিকুপ অদুগীদমক্তা পেন্ননবা সেবা তৌজরি, অদুবু কনবা ঙমখিদ্রে। কপ্লা নত্তনা উপাই লৈত্রবা কুঞ্জবীনা মমা কাইনবগী ব্রাবতা নত্তনা মচা নুপী নাইতোম পোকপী কেথবীবু য়ুমদা লাক্লুনা মমা শক্লা নাওকোনবীরকখিবী মবোক অদুনা শিরবা ফাওবা সংস্কার য়াওরদবা অদুদা হেঞ্জিন্না থম্মোই শোকখি। ব্রানা ব্রানা তৌদা য়াদা সার্থ কর্ম্ম লোয়ম্ব্রে। অদু হেক লোয়বগী নুমিৎ শুম্নি শুবদা তারক্লে কেথবীদু ডাক্তরদগী ফবা ঙমদ্রদুনা ময়ুমদা পুথম্ব্রে। পম্বা তৌদনা কুঞ্জবীনা মচানা লৈরিবা য়ুরেম্বমগী য়ুম অদুদা থুংলরে। কেথবীবু কা অমদা থৌরীদুনা শুন্দুনা থম্লম্মী। মচাগী ফিভম কাইরবা শক্তম

অদুদা খাঙমদ্রবা কুঞ্জবীনা লাওখোংলম্নগা থুনা য়াংনা তেরা তম্লক্লে। মৈরাবা চেনখ্রে, থম্মোই কাইরবা মৈচাক্লা খাঙমদ্রবা কুঞ্জবীনা কোইথি থিদুনা কেথীবগী মকুবোক মৈরাববু থাংনা মবুক্তা থুম্না লেঙদুনা হাৎখ্রে। কুঞ্জবী মশানা পুলিস্তা সরেন্দর তৌরবগী মতুংদা জেল য়ৌখ্রে।

কুঞ্জবীগী লায়রজরবসু তরু-তনাল্লম্বা য়ুম অমসুং ইংখোল অদু হৌজিক্তি মোংশোং ওইখ্রে। জেলদা কুঞ্জবীগী চহী নিফুগী মীয়াৎতা লৈননবা রাই তাপ্রবনা মপুন্সি অদুবু নিন্দা তৌদুনা কপ্তুনা লেপ্লি। শোমদনা মপা ইবুংঙো মৈরাবগী কর্ম্ম লোইখ্রবদা য়াইফবনা কেথবীবু ফাজিন-পুনশিন্দুনা শেন্নদুনা থম্বা ওন্নক্তবদগী থাদোরকখ্রে। লম্বীদা মুরুম-মুরুম শোন্না অমুক কপ অমুক নোক তৌদুনা কেথবীদু চৎলক্লে। মোংশোংদা,লম্বীদা, চীংয়াদা, লবুক্তা য়ারেক্লক্লে। অমদগী অমদা নিদুনা অরেম অখাক চাবা অঙাওবী অমা ওইনা মরাইবক থিরবী কেথবীনা মুরুম-মুরুম শোন্না চৎলিবদু মীয়াম্না শোন্নরি। করম্না কেথীবনা অঙাওবী ওইনা শরক্তা চৎলিবা। খুঙ্গংগী হোটেলদা লম্বীদা লমন্মাংদা ফন্নিবা মীওই কয়ানা ফজরমখ্রবা কেথবীনা করম্না ঙাওবগী মশক ওইরকখিবা হায়বদু ৱারিনরি। কেথবীবু খোইদাজবা অমসুং অঙম্বা শক্তিনা লায়েংলম্বা ছাত্র ছাত্রী ওইরিঙৈগী মরুপ ডাক্তর অদুনা লম্বীদা লোংবা মাগী নুপী অদুগা লাকপদা কেথবীনা মকোক মরু ইফ ফানা শেগাই তুগাইবা ফিজেৎ শেক্তুনা চমোৎননা কপ্তুনা চৎলিবদু উবদা ৱাবিনরদুনা পিরুং শিন্থনখি।

## অইবগী মরমদা



ফুরাইলাৎপম রেবতি শর্ম্মা শোক ১৯৫৫গী ওক্টোবর ১৭, নিংথৌকাবা নুমিত্তা থৌবাল অবাং লৈকায়দা পোকই। লৈখিদ্রবা ফুরাইলাৎপম কৃষ্ণদাস শর্ম্মা অমসুং ফুরাইলাৎপম ওংবী নিংথৌলৈমা দেবী অইবগী অপোকপা অমদি অপোকপীনি। গুৱাহাটি বিশ্ববিদ্যালয় (১৯৭৫)গী আর্টস গ্রেজুয়টনি। এল এল বি (লো) সেকেন্দ ইয়ার ফাওবা তম্লমই। ছাত্রগী পুন্সিদগী হৌনা সাহিত্য অমদি কলাবু পামজবা মীওইনি। ছাত্রগী পুন্সিদা মশামক্তা শুমাং লিলা অহুম ইদুনা মশামক শক্তম লাংবা য়াওদুনা শান্নখ্রবনি। পি দব্লিউ দিদা ড্রাফ্টসমেন্ট (গ্রেসর) ওইরম্বদগী শোক ২০০৩ইংগী সেপ্তেম্বরদা ভোলুন্টরি ওইনা রিটয়ার্দ তৌখ্রে। মণিপুর সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, দি কলচরেল ফোরম, ইম্ফাল লাইফ মেম্বরসু ওইরি। কলম্নিষ্ট অমা ওইনা মণিপুরগী অখন্নবা পাউ চেখরদা ৱারেং, শৈরেং, ৱারিমচা অমদি চিঠিনচিংবা কয়া সেপ্তেম্বর ১৯৯৯দগী হৌনা ইজরিবনি। মদুগী মথক্তা মণিপুরদা ফোঙবা জর্নেল কয়াদসু ৱারিমচা শৈরেং ৱারেংনচিংবা কয়া ইরক্লি। মশামক সনা লৈবাক পাউ চেগী সব ইদিটর (ট্রেনি) ওইনা থবক তৌরম্মী। হৌজিক হৌজিকসু থাগী ফিল্মগী চেফোং ইমেজগী এসিস্টেন্ট সব ইদিটর ওইরি। ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফালগী প্লে রাইট অমসুনি, লিলা কয়া শান্নখ্রে। টেলি প্লে অমসু মশানা ইদুনা মশামক কুমদুনা পাম্থোইবী ফিল্মসনা পুথোকখ্রে। মণিপুরগী দিজিটেল ফিল্ম বেন্মা বেন্মাদসু শো উৎখ্রে। ভারতিয়া দলিট সাহিত্য একাদেমী নিউ দেল্লিগী দাঃ অমবেদকর ফেল্লোসিপ এৱার্দ (২০০৪) অমসুং মহাত্মা জয়োটিয়া ফুলে নেস্নেল এৱার্দ (২০০৯)সু ফংখ্রে।

**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি**

**ৱারিমচাঃ**

১। তাল্লক্কী খোইমু
২। অশিবগী খয়াত্তগী লিৎথোরক্লবা জুরা
৩। নিশা বন্দনা ফারবা য়ু ঙাওবা অমগী আপিল
৪। মমি শামখ্রবা ইথৎ
৫। ইচারা মীচারা খঙলুদ্রে অশিবদো
৬। মীশি অমগী পাউখোঙ
৭। ঈশ্বরগী শক্তিনা

**উপন্যাসঃ**

১। চীংলোন ৱাংমগী চিদাই মোরেদা
২। হৌনবীনি তাইবঙগী

লক্ষ্মি এন্দ মোনালিশা পব্লিকেসন, মণিপুর